*Approved as the 1st Winner Book for Neo-Literaters,*
*Orders by the Chief Commissioner, 1961,*
*No. 1/9 (1)/61—ED.*

# মতমগী মঙাল

A book relating to culture and custom.

---


লেংজবা :—
শ্রীএসঃ লালবাবু সিংহ,
টিচর, এনঃ টিঃ ( ইম্ফাল )।


মমল—লুপা ২.৫০

# ৱাহৌদোক

হৌজিক ভারত নীংতম্বা লৈবাক অমা ওইবনা ঈরৈবাক মণিপুরস্থু নীংতম্বা লৈবাক অমনি। ঈরৈবাক্কী চৌং-তমগী নহারোল ঈচৌল-ঈনাওশিংগী মফমদা নীংতম্বা সমাজগী মমিনা তাবদা ৱাখল্ তেঙবাং ওইনরিবশিংগী মরক্তা অমা ওইগদ্রা খল্লদুনা ঐনা 'মতমগী মংাল' হায়বা লাইরিক মচা অসি ইজে। মবি লৈনবা ৱারী অমগী লীচিংদা থৌরম কয়ামুক হাপ্ত্ ্না ইজে, মসিগী মরমদি পাবদা তন্দনবা অমস্থুং খঙনীংবা য়াম্মা হেল্লবগীদমক্নি।

নুংশিরবা মণিপুরগী চৌং-তমগী প্রজা নহা-অহলশিংনা পাবীনবা হায়বা আশাদগী ঐনা লাইরিক অসি ইজবনি।

লৈবাক্কী অওম্বশিংনা থৌরম অসি পাংথোকহনবীরবদি হোৎনজবগী মহৈ য়াল্লে খঞ্জগনি অমস্থুং মতুংদস্থু অতোপ্পা হোৎনজবগী পুক্নিং থৌগৎপীবা মরম অমা ওইগনি।

শ্রীএসঃ লালবাবু সিংহ

ৱাহৈ খরগী বানানস্থু শেমদোকচদুনা ৱাকোই ঙাঙলম্বশিংস্থু লৌথোকচদুনা লাইরিক অসি অহুমশুবা খুৎনমদা খরা শেমদোকচরে। লাইরিক অসিগী মনুংদা 'মৌপৱা' হায়না লৈরিবা ৱাহৈ অসি 'মৌপ্ৱা' হায়গদৌবনি, ময়েক লৈতদুনা তৌবনি।

শ্রীএসঃ লালবাবু সিংহ

# হায়জবা

লৌশিনবীযু ঈমা ! নচাগী শেংলবা থম্মোইদা
চেক শন্না থ'জবা আশাগী সাহিত্য 'মতমগী মঙাল'
The light of the present days সে
লৈনম চেন্দবা, লৈহি যাওদবনি খনবীহুনা
শবাইনা তৌবীগনুংবা ঈমা, নিজবি নচানা খুযাদা।
পলেম ঈমা মৈতৈ পোকপী। ঈমাগী থৌজান্দগী
পিল্লবা খোম্লাং অমৃত কোকচন্দ্রিবা নচাশিংবু
মমলবা ৱাখন্দগী কনবীহুনা থম্মোই শেংহনবীযু,
পাঙথোক্লবা 'পুম্বগী হিনাওস্থ শাবীযুকো ঈমানা।
ৱানা থাজবনি লাযববগী আশাগী লৈকোন্দা,
পোমশাৎনববা লৈরাং 'সিবু হেক্তুনা কনান।
কৎপীবনি অফ-হীবী কোঞ্জগে মাগীদমক।
লৈবাং লৈওকপীহুনা লৈযেনবীবা নচাশিং
নিজাব মপুগী খুযাদা যাম্বা 'ভম্বশি হুগী
অফ-নুংঙাই পুন্সি তোলোক্তবা নচানা।
লৈফংলবা দেশকী নোনা তৌবক্লিবা ঈনাওশিং
নুংঙাই যাইবী মবা' কাযনা পুন্সি তোলোযনা
ঈমাগী সেবা তৌসি ৱাখলনী মঙাল ফংহুনা।
শেনবীনিকো ঈমানা এখোযগী হৃদৌ উবদা।

শ্রী এসঃ লালবাবু সিংহ

# হীরমশিং

পিক্লিবা অঙাংশিংগী রাখল করম তৌবা, মমা-মপা অমস্তুং ওঝানা অঙাংবু মতৌ করম্না রারক রাতেম্বা, অফবা অমস্তুং ফত্তবা ছাত্র-ছাত্রীশিংনা করম্বা লমচৎ-শাজৎ চৎপা, মখোয়না সমাজদা কয়া কান্নবা অমস্তুং মাংনবা তৌবা, মখোয়বু মতৌ করম্না শেমগদগে, সমাজগা সরকারগা দেশ অমা চাওখৎনবা হোৎনবদা লৈনবা মরী, জাতি অমগী ধর্ম্ম-কলচর-লো ঙাক্না চৎলগা করম্বা অফবা ওইবা চৎত্রগা করি মাঙবা, সমাজ অদুনা ঈরাংদা লৈবনা কয়া য়াম্না ফত্তবা, সঙ্গনা মীওইবনা অফবা অমস্তুং ফত্তবা ওইবা, লিংজেল মান্নবা দেশকী প্রজানা করম্বা কান্নবা ফংবা, মতৌ করম্না প্রজাশিংবু পুকচেল তিন্নহন্দুনা চীং-তম রাখল কোক্তুনা অপূনবা রাখল খলহনবা ঙমগদগে, য়ুম্বানবগী নুপী-নিপাগী শাজৎ অমস্তুং সমাজগী চাওখৎপগী খোঙথাং অসিনচিংবা মতমগা চুনরবা থৌরম-হীরম কয়ামুক মরী লৈনবা রারীনা উত্তুনা পুথোকচরি।

---

# মতমগী মঙাল

## ১ বা পন্দুপ

## আশাপুরদা মাধব-থম্বাল

ভারতকী মনুংদা অসিগুম্বা লমদম অমা লৈ, মফম অসিগী ফজবা দৃশ্য্যদি শীংথাদুনা লোইবা লৈরোই। মায়কৈ অপুম্বা চীংনা পূমকোয় কোয়শিল্লগা মনুং মপাম 'পূম্বা ফজরবা উ-রা, হৈ-লৈ খিবিক্লা লৈতেংই, ঋতু তরুক্লা লৈবাক অসি থোগন তৌই, পোম্বী-চেক্লা 'পূম্বা অরাৎপা লৈতনা লৈবাক অসিদা লৈ। বসন্ত ঋতু চঙলকপদা অনৌবা য়েনিং হুল্লকপা, ফজরবা হৈ-লৈ খিবিক্লা মাগী মাগী মতম চানা পাল্লক-শাৎলকপা অহুগা নীংথিরবা তুরেলগী ঈচেলনা থেক্লা কোইনা চেন্দুনা সহরগী ময়াইমক্তদা ফাওবা লৈ-তেংহুনা খুৎশেমগী নীংথিবগা মহৌশা লাইরেম্বীগী ফজবা লৈশেমগা তান্নহুনা অমুক হেন্না ফজহনবা অহু থাহুনা লোইবা ঙম্লোই।

লৈবাক অসিদা লৈরিবা মীশিং অহু জাৎ য়ামই, অহুবু হরি ভক্তি লৈবা গৌরধর্ম্ম চৎপা মীনা অয়াম্বনি। মালেমগী মনুংদা তোপ তোপ্পা লমদম অমনি, লৈরিবা মীশিংস্ু লাইগী

মচাগুম্নবা ইংলোপ তেংঙ্গনি হায়নৈ। য়েংহ্লৌইংদগী হৌনা মকম অসি অংগোইবা মকম অমনি হায়না শীংথানরম্মী। বৃটিশনা ভারত-পূম্বা লোয় চনশিল্লকপা মতমদা ইকোন কোম্না মায়থীবা কয়া ফংলবা মতুংদা লৌখিবা মকমনি হায়বা য়াই। মকম অসিগী মওং মতৌশিং অসি অস্থুম খল্লবগা ঐখোয়গী ঈরৈবাক মণিপুরনি হায়দবা কনা অমত্তস্থ ডয়োই, অদুবু থাঙ্গৈশেংবদি নত্তে, মসিদি 'রাখলগী পাক্লবা ভারত লৈংকোন্দা লৈবা আশাপুর' হায়বা লমদম অদুনি।

মতম খরগী মমাঙদা লৈবাক অসিদা মাধব কৌবা নিপা অমা লৈরম্মী। মরায়বক থীবদগী পিক্লিউদা লাইরিক য়াম্না তম্বা ফংলৌ-দদুনা মহাক লৌমী অমা ওইরম্মী, অদুবু মহাক ইবা-পাবা ঙম্বা লাইরিক হৈবা মী অমনি হায়না খঙনৈ। লম্বাল হায়বী মাগী নুপী অদুস্থু হৌনবী, মবম ওকপী অমস্থুং মুম্বাল্লোল খঙবী নুপী অমনি। মমা-মপানা মমৌ অসি লুহোংবীদুনা লৌবা চহি মরিগী মতুংদা মখোয় অনিমক লাই খুয়া তানখিদুনা থম্বাল অসি মকু-মনেম লৈজদবী ওইরৌই। মাধব-থম্বাল অনিমক অহল লম্মন লৈজদবা মরম্না য়ামা রাজ খ। সমাজগী মীনোক কবি লাকনি, মতৌ করম্না মীনোক চাউরবা তাইবং মরক্তা লেনগনি, কবম তৌরগা মীমাম্নমা পানবা ঙমগনি হায়বা অসি তান্নদুনা লৈজবা ঈমুংনি। ময়ুম পাল্লবা মতুং চহি মনি হেল্লক্রুবা ফাওবদা মচা ধাবা মমিত্তা উদবা অদুদা মখোয় অনি নীংবা কায়রক্তদোরে, মরমদি মীওইবনা মচা লৈত্রবদি নুপী-নিপা কায়নবা হায়বা অসি য়াম্না লায়থ্রবা অমস্থুং হৌনশ্না ওইবা অমনি।

মখোয় অনিনা লাই নীংজবদগী ঈশ্বরগী কৃপাদগী মতম খরা লৈরগা মমোম অমা পোকলে। তাঙনা ফংজবী মচানি, মহাক্কী মশক উবদা মমা-মপাগী অরাবা 'পূম্বা কোনই হায়রুনা মমোমগী মিংলেন 'সনা তাঙবী' হায়না কোলোয় মিংথোল্লে।



**মচা অনিগী মতৌ উবদা মমা-মপানা হরাওজরি।**

লোমী মাধব-থম্বাল অনিনা মচানুপীবু য়োক্কুনা লৈরকপা মতূং চাঁহি অহুমগী মনুংদা মচা নুপা অমগা অমুক পোকচরে। হন্দক্কী মচা নুপা অসিনা 'সনাতোম্বা' হায়না থোল্লে। মতম কুইনা পোকচরু-দবদগী তাঙনা মচা অনিদং পোদচরগা মতূংদা অমুক মপারী-মমোম অমত্তা পোকখিদ্রে। মচা অনি অসিবু লৈজববদি পোকত্রবস্থু ওক্লে, শিদ-নাদনা পুন্সি তোলোইনা লৈরগা লোইরে খন্দুনা মচা অনি

অসিগী ফনবতা নীংদুনা নীংথিনা নাওয়োক নাওকোল্লি অমস্তুং মীথোয় মীহেনবা পীনবীয়ু হায়না ঈশ্বরগী মকমদা তত্তনা ভক্তি কচ্চরি।

মতমগী মতুং ইন্না চাউশিল্লকপদগী মচানুপী নাহুৎ নারেং তস্বা লোইদুনা বিদ্যা তস্বা মতম য়োরক্লে। তাঙনা ফংজবী মপারী-মমোম অনিবু আশাপুর লৈবাক্তা মীথোই মীহেনবা অমমম ওইহন্নবা হোৎনগে হায়বা অসি মাধব-থম্বাল অনিগী অচেৎপা রাখল্লি। মরম অসিদগী মচানুপীগী বিদ্যারম্ভ মতম য়োরক্লবদা মাধবনা কোঠি ইখিবা পাঞ্জি অদুদা চত্তুনা খ্বাইদগী ফবা নুমিৎ অমত্তা য়েংবীয়ু হায়জরম্মী। মহাক্কী রা তাবদা পাঞ্জি অদুনা নুমিৎ অমা পীনবীরে, অদুম্নদি ওইরবদা মীথোই মীহেনবা মী অমা ওইদুনা মমা-মপাগী সেবা নীংথিনা তৌ হায়বা লৈতে হায়রে। নীংবা কায়রবা মাধবনা করি গতি লৈজদদুনা অপিকপা মচানুপা অদুগী বিদ্যাগী মরমস্তু য়েংবীয়ু হায়জরম্মী। অহানবদদি য়ারমদে, অদুবু তত্তুনা তক্লরবগী মতুংদা তঙাইফদনা করি নুংগী হায়রুরবনো খন্দুনা মচা অতোনবা অদুগী তুংগী লম্বী ফাওবা য়েংথরম্মী। মহাকস্তু মচেগী মতৌগুম্না ফল লৈ, থোইনা চাওখৎনীংঙাই লৈতে হায়রম্মী।

আশা ময়োল তেক্লবা মাধবনা মথং মথং লৈবাক্কী অহৈবা পাঞ্জি 'অদুম, মরি য়েংজরুরে। মখোয় 'পূম্বা চীনখুম চপ মান্নবা অদুম হায়রক্লে। চিন্তা কোক্তা হাপতুনা মাধম ময়ুম মায়কৈ পাংলক্লে। মচা অনিদি পিক্লিবনি, অদুবু তাপ্রগা ফত্তবস্তু খঙদে খন্দুনা মাধবনা লোল্লা থম্বালগী মফমদা থম্মোই শোক্লবা য়ারমশিং অসি তমখি।

মপুবোইবা নীংলবী, নুপীগী থোইদোকপা গুণ চেল্লবী খম্বালনা মেংলবী য়ারানা হায়বকই, "মচুগীদমক চিংনবীহুনা পুক্নিং হুনবীগনু। মীওইবা হায়বা অসিদি অস্তুম মওইবে হায়নীংঙাই লৈতে। বিধিনা যাম্না কনা তম্লম্বা মীশং অদুস্মু খাংউথক্তা মাঙবা হায়বা পাউবৌ অমা লৈ। কত্তনা তম্লম্বা অদুস্মু ঐগী তৌজবা কর্ম্মগী ফল হায়বা অমা লৈবনিনা, ঐখোয়না তৌজবা ফলনা খোযুম লাইগী নোংদম-দগী কয়া য়াম্না পাঙথোকপা ঙম্বগে হাযবা অদু হৌজিক য়েংবা তাবে। ঐখোয়না চেকশিঙ্গগদোবাদ নিতি কম্ম কায়দনা চচ্চবা, মীঙান্দা লাল্লুদবা, নীংলিবা আশাগী পনথুং য়োননবা কম্ন। হোৎনবা হায়বা উকস্থা অসিনি। মসিগী আশাদা হোৎনবীয়ু, ঐস্তু ঈশ্বরগী কৃপাদনী ইনবা ঙম্নবা হোৎনজগে।"

মাধব লৌমীমক ওইববস্তু মহৈগী মমিৎ হায়ফেৎ পাঙজবা নপানি। মাগী নুপীগী মচীন্দগী মমল যাম্লবা তম্বদা থোক্লোয়দবা রাঙাঙশিং অসি তাবদা খোৎবাংলম্বা 'পুম্বা কোক্লে, শোযদনা মাগী পনথুংফম আশা তানবা ঙমগনি হাযনা খল্লক্লে, মবম্দি—মমা, মপা অনিনা চপ মান্নবা মচাগীদমক হোৎনরবদি ঈশ্বরগী থৌজাল শোযদনা লাকনি হায়বা অসি মহাক্না নীংথিনা থাজখি।

মতমগী খোঙচৎ অঙকপনি, মচানুপী হৌজিক ক্লাস টু তম্বা চৎলক্লে অদুগা মচানপানা ক্লাস ব দা ভর্ত্তি। মমা-মপানা কন্না রায়ক য়াতেমহুনা হোৎনবদা মচা অনি অসি চাওখৎপগী লম্বীদা চৎকদোবা মান্দে! খম্বকুরগাদি য়াম্না নীংবা কায়নীংঙাইনি,

অঙ্গবু নীংলিবা আশাগী ঈচেলদি হুলহনবা ফত্তে খন্দুনা মখোয় অনিনা রাশঙ্কা লোয়ননা মচা অনিগীদমক হোৎনজরি।

---

২ শুবা পন্দুপ

# মচা অনিগী লমচৎ শেন্বা

মচানুপী সনাতাঙবী হায়বী অসি ওস্থোক্কা শাধীনা ভাওরবী নুপীমচা অমনি। মতম লৈবা খিবিক্তা মমান্নবগা থৎনৈ, মথুৎ শাংবী নুপীমচা অমনি, ক্লাসতগী অমদি য়ুমলোন কৈয়োন্নবা মমান্নবদগী অফংবা পোৎ হূরান্নি। করিগুম্বা মতমদা পৈশা ফাওবা লোন্না মমা-মপাদগী হূবগা মহুনা মৌপরাগা অচাপোৎ লৈহুনা চাখোকই। মখোয় অনিদা নত্তনা মমান্নবী ময়ামদস্থু পোৎচৈ লৈরগা পঙপীদা মপীজৈ, অহুনা মমান্নগী খরনদি মাবু লুনা তৌবস্থু ময়াওই। মাগী লমচৎ অসিদা মৌপরাস্থু ইনখিহুনা মাঙনবগী মংশক ওইরক্রে, মহৈ তম্বদা পুক্নিং চঙখিদ্রে। মমা-মপানা কন্না রাবক্পা অহুদা তৌশিন্নহুনা লাইরিক পাশিন্নবতা মঙাইরে। ক্লাস ফাইভতি উচিন্না কাজবে অহুগা সনাতোম্বনা ক্লাস থী দা তম্লি। মরক্কী পরীক্ষাগী ফল য়েংবদা মখোয় অনিমক লাক্লিবা চহিগী পরীক্ষাদদি শোয়দনা কেল ওইরগনি হায়বা খঙলে। মচা অনিগী ভুংগী কিতম খল্লুবদা মাধব-থম্বাল অনিগী আশা কায়রে।

লৌ লোকপা লোইরগা কুম অমগী চাবা ওক্লবা কৌ থমজিঙ্গবগা মাধবনা মতৌ কবম্না মচা অনিগী তুংগী ফিক্কম শেম্বা ভমগদগে হায়না খল্লক্লে। হন্দক্তি মহাক্না মুমিৎ তরেৎনি থবক



**মপানা মচা অনিবু চৈনা ফুজনা ৱারক্লি অদুবু মবুক্লিং লূহনবা ওমদে।**

অমত্তা শূবা, চথোকপা তৌদনা মচাবু ৱারক্লে অমশুং লমচৎ হোংহনা অকবা মী অমমম ওইনবা হোৎনরক্লে। জ্ঞান তাক্লিবা অপিকপা অঙাংবু অহুম্না ৱারকপা অহুনস্থ মখোয়গী লমচৎ

হোংহনবা ঙমগনি নীংত্রে। করি করিগুম্বদম্ থীনা ফুহনা ৱারক্লবনি, অদুবু কান্নবা ফংদহনা লাক্লবনি। নিপাম্নি গুরকপা নুমিত্তা মাধবকী অনৌব। ৱাখল অমা লাক্লে। মহাক্না খল্লকই, "ঐদি লৌমী অমনি, শূজমনগী খরা অদুক চাজবনি, পুংনুং নুংঙাইবা মী নত্তে। ঐনা মতৌ অসুম্না মনাক্তা শঙহনা লৈরবদি মখোয়বু শেম্নবা শেল তানশিনবদি লায়রহনা শোয়দনা চারা হেনবা তারে। মখোয়না অঙাং ওইবগী অপঙবা জ্ঞান অদুনা তুংগী অফ-ফত্ত খঙদহনা তৌরিবনি, অদুনদি মখোয় অনি অসি মীওইবগী অৱা নুংঙাই, অফ-ফত্ত 'পূম্বা মমিত্তা উহন্দুনা ভাব তানবা হোৎনগে; মখল মখা অৱাম্বা পাম্বৈনা মখোয়গী লমচৎ শেমহনা অফবা মী ওইনবা তৌরগে ?"

ৱাখল অসি খল্লহনা তবানি চনবা নুমিত্তা মাধবনা মাগী নুপীগা তান্নরহনা রিক্সো অনি রিজার্ভ লৌরে। অয়ুক চাকঙন চারহনা মাধবকা মচানিপাগা অমদা তোংলে, মচা নুপীগা মমাগনা অমদা তোংহনা সংসার তাইবংবানগী কুম্মৈ য়েংলুসি হায়হনা ময়ুমদগী যাত্রা তৌরক্লে। মচা অনিনদি সংসারগী কুমৈ য়েংলুগনি হায়হনা হরাও লুতোন কানা রিক্সো মথক্তা ঈশৈ ঙংলি। ময়ুমদগী মাইল অমুক থাপ্না চৎলগা মখোয়না চাকনিবা অমগা খোঙতেকপা অমগা নক্না চৎলম্বা থেংনরম্মী। মাধবনা রিক্সো থামহনা মখোয় অনিগী মনাক্তা চঙলক্লে। মখোয় অনিবু ঙাইহাক্তা লেপ্লিখো, করিগুম্বা খরদং কচ্ছখিগে হায়হনা খান্নগা মচাশিং অমসুং থম্বালবু কৌশিল্লে। মহাক্না মখুত্তা পায়রিবা খাও মচা অনি অদু মচা

অমমমদা পীরে, মনুংদা পৈশা হাপ্তুনা য়াওরিবা বেগ অদু লৌথো-ক্লগা শেল খরা খবা কৎখো অদুগা হোবেল ফাওবা মখোয় অনিনা অদুম পায়রবো তাকপীরে। মচেনা মখোয় অনিদা অনা অমমম অদুগা মৌপরানা শিকি অমমম কৎপ্রে।



**পিক্লিবা মচা অনিবু অরা অনা উহন্দুনা**
**তাইহং-জ্ঞান ফংনবা হোৎনরি।**

মচা অনিনা গৌরিবা অদু যেংদুনা লৈবম্বা মাধবনা নুংঙাইতবা অমদি অতপ্পা খোঙ্গেলনা নিপা অনিগী দিনা ওইথ্রিবা ফিভম্শিং অদু কবিদগীনো হায়দুনা হংজবকই। পুকচেল শেংলবা মাধবকী রাডাও তাবদা খোঙতেকপা তদুনা খুমখি, "ঈবুঙো, ঈয়াম্বা অহানবদা অস্থুম তৌরম্বা নত্তে। চহি মঙারোমগী মমাঙদা লম্বীদা চৎলিঙৈদো

হৌরানা শোকখিবদগী য়াদহুনা ডাক্তরনা ককপ্রবনি।" চাকনিবা অহুনা অমুক হায়রকই, "ঈয়াম্বস্মু মতম অমদা ঈচানিপা অমতংগা ঐগী নুপীগা ঐখোয় অহুম লুংঙাইনা লৈজরম্বনি। লাইবক থীবদগী ঐগী নুপীনা শিপ্রবদা ঈপা-ঈচা লৈমিন্নরকই। ঐগী ঈচা অহু ঐনা ফনা রারকপনি, অহুবু সঙ্গ ফত্তবা তিল্লুবদগী ড.কু প টি য়াওরুই হাযহুনা চ হ মঙা ক্যাদোক তাখ্রে। শোল্লবা ঐনা ঈরন্দস্মু লৈজদবগা ইপাঙ্গলগা শোঙ্জিল্লকপগা কাম্নদ্রে খন্দুনা ভিক্ষা নিহুনা চারবনি। থাঙ্গৈশেংনা নাম ফংবা লম্বোইবা অমা ওইখিগদৌবস্মু বাৎসল্য প্রেমগী থৌরীনা পুন্দুনা মহাক্না থোরক্লগা য়ুমলেপ চারা অমত্তং তম্বিহুনা মাগী কর্ম্ম অমত্তং লোইরমদ্রদি খন্দুনা লেল্লিবনি।" অম্মুম্না ঙাইহাক ঙাঙনরবা মতুংদা মখোয় অনিস্মু চৎখ্রে। মাধবনা মাগী নোটবুক লৌথোকতুনা মখোয় অনিগা উন্নবগী মরম অহু ইশিনখি অমস্মুং মচাশিংদা কাউগনু তাকপীখি। অহুদগী থীন্দনা মখোয় অমুক অরাং পাংনা লাক্লে।

খরা চৎলগা ফি অমোৎপা শেংতুনা লম্বীদা থবক শূবা মী খরা উরম্মী। মাধবনা খোংনাং অমগী মখোঙদা রিক্সো খাল্লগা থবক শূরিবা মীশিং অহু মচা অনিদা য়েংহন্দুনা মখোয়শিং অহু মরাইবক থীরবা উপায় লৈত্রবা মী ঙাক্নি, খরনা মপোকঙৈদগী মরাইবক থীরবনি অহুগা খরনা মমা-মপানা হায়বা ইন্দহুনা মহৈ তম্বদা থৌশাদবদগী তৌথ্রিবনি হায়হুনা তাকখি। মমা থম্বালদি করম তৌরি, মহাকস্মু মপুরোইবগী রাঙাঙ মতুং ইন্না তেঙবাংহুনা লাকপিবনি, তূমিন্না লৈবা নত্তে। মমানা মচা অনিদা অরাবা ফিভমশিং

অহু ওইনীংব্রা হংবদা কনা অমত্তনা ওইনীংই হায়দ্রে। ঠিকাদার অহুনা ফজবা ফি শেৎতুনা থবক শূবা য়েংলিবা অহুদি ওইনীংব্রা হংবদা নোকতুনা ওইনীংই খুমখি। অহুদি নহৈ তম্মু, নমা-নপানা হায়বা ইল্লু হাযহুনা ঙাওনরিঙৈদা মাধননা মচা অনিগী মমাঙদা মাগী নোটবুক লৌথোকতুনা ইশিল্লে অমস্তুং মসিস্থু কাউগনু হায়হুনা মচা অনিদা হায়খি। হৌজিক মখোয় বিক্লো মথক্তা কাখৎতুনা অমুক চৎপা হৌবক্লে।

মফম অহুদগী ফার্ল অমবোম চৎলগা চেক্কী দলানদা লৈবা, তিপ্পা মযুম মকৈ পূমলং লংবা, চেকপলগী থোঙ্গাল ফাংগা নুপা অমগী মযুম যৌহুনা থোঙ্গাল মনাক্তা হৌবা উজাও তমগী মনাক্তা কুমথহুনা মচা অনি অহু মনাক্তা কৌশিল্লগা হায়বকই, "যুম অসিগী মপুদি তোলেন সাহেব কৌই। মচীন-মনাও মরি পোকপদগী মানা অতোনবনি। ময়াম্বা অহুর্মদি মমা-মপানা হায়বা লৌদবা, অমদি সঙ্গ ফত্তবা তিনবদগী মাগুম্মা নুংঙাইবা মী ওইদ্রে। শাগৈগী মৈতাল অবাবা হায়হুনা মানা হৌজিক ময়ামগী মপী মপা শক্লে। কবিগীনো হায়ববু—মাদি মবম ওকপা, মমা-মপাগী য়াথং ইনবা অমদি অহল লম্মন, লাইগুরু অমস্তুং মাগী ওঝাশিংবু মশক খঙনা চৎপা নিপা-নিনা মহৈ নীংথিনা তমহুনা লৈবাক অসিগী অচৌবা বিচারপতি ওইবি। নখোয়স্থু অহু মঙাই, নুপী খঙদে, নিপা খঙদে হেক্তা মাগী ফিভম অসি ওইবা যাই, ওইনীংদবা?" মপাগী রাঙাঙ তাবদা মচানুপী সনা তাঙবীনা নুপীস্থু অচৌবা মী ওইবা য়াবোইরে হাযহুনা হায়খি। নুপী-নিপা খায়দে, মতিক মগুণ লৈরগা লোইরে, লালগী

মবেম্মা দুর্গানা ওইবি, মহৈগী মপু সরস্বতীনি অদুগা লনগী লাইবেম্বী লক্ষ্মীন হাযদুনা তাকখি। মপাগী রাঙাঙ তাবদা মচাগী পেনবা লোইজবে অমম্মুং হবাওনা মোমোন নোকচখি। মাধবনা নোটবুক লৌথোকতুনা খরা ইশিল্লে, মচা অনিদা মসি কাউগনু হাযখি।



অফ-নুঙাই উহন্দুনা নুঙাই-য়াইফ ওইনবগী মরম তাকতুনা মচা অনিবু শিংহল্লি।

অদুদগী মখোয মম ব নোংচুপ পাংনা অমুক বিক্লো তোংদুনা লাক্লে। চৌজিক্কি স সাবগী কুইম্ম হাযবদো যেংলুবসি হাযদুনা মচান-মৌপ-রানা মমা-মপা অনিদা তবপা হৌবক্লে। মচা অনিগী নীঙবা কাযদনব। মপান। মতম খরা রাংলি কোয়বখিসি হাযদুনা মচা অনিবু যে জিল্লি।

হন্দক্তি মাধবনা মচা অনি পুহুনা রায়েনশঙ তান্না লাক্লে। মীহাংপা, হূবানবা, পোংলাকপা অমদি নুপী চিংলুবগী বিচার মবিশ্বক মথং মথং য়েংলে। উকিল, বাদী, বিবাদী, সাক্ষী অমদি বিচাবপতির্শিংনা ভাঙনরিবা রাপুম্বা লোইনা তাহল্লে। হৌজিক




**ওক্তবা লমচৎ চৎপা মীবু কনানসু নুংশিদে হায়বা উহন্দুনা মচা অনিবু জ্ঞান তাক্লি।**

পুং মরি তাবা মতম য়ৌবক্লহুনা মপা-মচানা খরা হান্না বিচাবশঙদগী থোরক্লে। রিক্সো ড্রাইভর অনি অহুদি নুমিৎ অসিদি রাদনা শেল ফংবা হায়হু'নি খন্দুনা উরুমদা তুমহুনা লৈবম্মী। মচা অনিগী 'মমাঙদা মপানা নোটবুক পুথোক্তুনা মরমশিং অহু শম্মা ইশিল্লে। মচা অনিনা মতম শাংনা ময়ুমদগী থোবকপা অহুদা রাররিন্নি খন্দুনা

অনকপা হোটেল অমদা পুশিন্দুনা পিজ পিথক্লি। তাঙ্গা অসিদা য় ঙাওবা পাখং অমনা লম্বীদা ফৈরেং তুরেং লাক্পগা লম্বী চৎলি ী নুপী খরদা রাহৈ নত্তবা খরা ঙাংলে। মখেয়গা নিপা অনিগা লাকমিন্নৈ। অহানবদদি নিপা অনি অহুনা মাবু য়াম্না য়েংলম্মী, কা য়াম্না হেঞ্জিন্না ঙাওহুনা নুপীশিং অহুদা ফুগে তৌবক্লবা অহুদা নিপা অনি অহুনা নমহুনা মাবু ফারে। মীনা পূমকোয় কোয়শিল্লে, য়েংবদা হিয়াং কুম্মৈগুম্লে। তাঙ্গা'সিদা থানা সিকাই অমা লাক্তুনা নিপা অসি মখজাইদা খুপাক্না থাহুনা ইন্দুনা থানা তান্না অহুম পুখ্রে। থোক্লিবা থৌদোক অসিস্থু নোটবুক্তা ইশিল্লে। মপাগী মতৌ অমস্থুং থৌদোক অহু উবদা মচা অনি পূমঙক ঙকখি অমস্থুং করিগী হেক হেক ইশিল্লিবনো হায়দুনা হংখি। কাউদনবনি, হোরেল যুমদা ঐনা হংগনি, তাক্কনি খুমখি। অহুদগী থোরক্তুনা রিক্সো তোংহুনা মপা-মচা মখোয় মরি সংসারগী কুম্মৈ য়েংলুরসি হায়হুনা লাক্লে। মাইল মখাই অমরোম অরাং পাংনা চৎলগা সনা কৈলেল য়ৌহুনা ড্রামা, সিনেমা হোল মনাক য়ৌরক্লে। মখোয় বোক্সতা টিকেট লৌরহুনা পুং ৬॥০ তাবদগী লিলা য়েংবা হৌখ্রে।

"অঙকপনি সংসার" হায়বা ড্রামা অসি য়েংবদা মতিক চারবা লিলা অমনি। মসিদা মরু ওইনা শান্নরিবদি মীওইবনা সঙ্গদগী কয়া য়াম্না মাঙবা অহুগা অফবা ওইরকপা, মমা-মপাগী থৌদা-থৌতাক ইন্দবা মীনা কয়া য়াম্না মাঙবা অহুগা অইনবা মীনা কয়া চাওখৎপা, মীওইবা সমাজদা লায়রবা-ঈনাকথুনবা অনিগী খেন্নবা, সমাজদা চৎলিবা শাস্কৎ অসিনচিংবা 'পূম্বা উত্তুনা লিলানা তাক্লি।

ভাংবোকপূম্বা য়েংবদা মিৎকম হোংনদে, নোকপা মতমদা রা-রা নোনই, রাবা মতমদ তুমিন্না কপ্পুনা মপি তৈথোররি। মপা-মচা মখোয় মবি পুন্না ফমমিন্নতুনাময়ামগী অন্না-সুঙাই অহু মখোয়স্থু শকক যাজরি। অহাঙবা মতমদা মাধবনা মচা অনিবু ভাব তানবা অমুক শন্দোক্না তাকপীবি। মতৌ অস্থুন্না লিলা অহু লোইশিন্নক্কুনা মী 'পূম্বা মযুম পাংথ্রে, মখোয়স্থু থোবক্কুনা। হান্নগী রিক্সো অনি অহু তোংহুনা অমুক মযুম তান্না লক্লে। মযুম যৌববদা বিক্সো ড্রাইভর অনি অহুদা লুপা তবা তবা পীথ্রে। মখোয়স্থু মযুমদা চঙলক্কুনা চাক ঈশিং থোংহুনা চারগা তুম্নথ্রে।

বিক্সো ড্রাইভব অনি অহুদি ইন্না রাদনা শেলবুন ফংবদা য়াম্না পেনখি। নিপা অসি যাম্না ভাব তাবা অমা নম্রগা পংতক-শুদক তৌবা মথোঙ চাদবা অমা ওইবা তাই খন্দুনা মাধবকী অবোনবা রাখলগী কিশি থোকপা ঙমদনা ককঙাওনহুনা মযুম মায়কৈ পাংনখি।

---

## ৩শুবা পন্দুপ

# মচা অনিগী লমচৎ হোংবা

নোংঙাল্লে, মাধবনা অয়ুক অঙনবদা হৌদুনা মখোয় 'পুস্বা হোদোক্লুনা নোংমগী অয়ুক্কী তৌগদৌবা মথৌ লোইরগা মখোঙ-মখুৎ হামদোক্লুনা মপা-মচা মখোয় মরি কক থাহুনা ফম্লগা ঙরাংগী



উথবা থৌদোকশিং অদুগী অফ-ফত্ত মরম থন্নদুনা মচা অনিগী পুক্লিং লুনবা মপা-মমানা জ্ঞান তাক্লি।

নোটবুক অদু পুথোক্লুনা অমমম ওইনা মচাশিংদা হংদুনা অফ-ফত্ত 'পুস্বা থন্নখি। মাধবনা মচা অনিদা হায়খি, "নচীন-নৌপরা তাও, ঈপা রা তায়গে। (ক) চাকনিবা অদুনা রারিবগী মরমদি মচা

কত্তুবা পোক্তুনা মপানা ছায়বা ইন্দবা মচা ওইখিবদগী মপা-মচা রামিল্লখ্রিবনি। নিপা অহুনা মখোঙ তেক্তুনা রানা লেল্লিবা অহুদি মাগী অস্তুম থোকউ তমথ্রবননি। ঐখোয় 'পূম্বা অহুগুম্বা অৱাবা অহু থোক্তনবা চেকশিনগদৌবনি। (খ) মী খুদিং মীমাঙ থোক্তুনা অমোৎপা ফি শেত্তুনা চোপনীংবা য়াওদে। মৱাইবক থীবদগী য়াদহুনা তৌবনি, অহুগা খৱা অমদি অঙাং ওইরিঙৈদা মমা-মপাবু থৌশাদবা অমদি মতমগী মমল খঙদবদগী ময়ুম মকৈ পাল্লক্লবদা মচা-মশু থাক্তবা য়াদহুনা তৌরিবনি। নখোয়স্তু নখোয়গী দমক ফনবা নীংহুনা হোৎনরিবা ঐখোয়গী য়াথং থৌশাল্লবদি তুংদা অৱাবা নংগনি।"

অস্তুম তৌহুনা ঙরাং মখোয়না উখিবা থৌদোক 'পূম্বা অহুগী মৱম মথং মথং মপানা তাক্লবদা মচা অনিগী থম্মোইদা মমা-মপানা হায়ৱা ইনবনা অফবা মী ওইহুনা তুংদা নুংঙাইবা মী ওইবা ঙম্মগনি হায়বগী রাখলগী মঙাল ফাওরক্লে। রারী অস্তুম শানরিঙৈদদি মাধবকী মায়থোং মকা লাম্মা নোক্লম্মী। ঙাঙগদৌবা রা মখৈ লোইশিল্লক্লবা মতমদা মাগী মায়থোং খেণ্ডম লাংশিল্লক্লে অমস্তুং মমিত্তা পিগী ঈবা শিস্থবা হৌরক্লে। মপুরোইবগী রাখলগী কৌক্লোয়দা ইঞ্জরক্লবী থম্বাল মাধবকী মতৌ উবদা মরু লৈদা লুকখ্রে। মমা-মপাগী মতৌ উবদা মচা অনিগী ঙকপা থেংখ্রে; ঙাইহাক লৈরগা রাখলগী লংজিল পুঞ্জরবী মচা নুপীনা করি মৱমদগী কপ্লিবনো হংলকই। নুংশিরবী মচাগী থুম্নবী য়ারানা খঙনীংবগী রাহং হংলক্পদা মাবনা হায়বকই, "নখোয়দি অঙাংনিনা ভাব তাত্রিমাল্লে।

নখোয়না নপা-নমা ওইরিবা ঐখোয় অনিগী হৈক্না লৌদবা, নহৈদা পুক্নিং চঙজবা ফত্তবা মী অমমম ওইবা অসিদা নখোয় অনিগী তুংগী ঋিন্তমদা অরাবা নংগদৌবা অদু খল্লুবদা ঈপানা রাহ্নুনা কপ্লিবনি। ঐখোয়গীদি হন্দক্কী মপোক্কী চাওখংপা লোইরে, নচীন-নৌপরাগী-দমক্তা ঐখোয়না য়ায়া রাই। ঙসিদগী হৌনা নখোয় অনিনা ঐখোয়না ঙাঙবা-তাকবা ইন্দুনা নহৈদা পুক্নিং চঙতুনা মীথোইনবা হোৎনজরবদি ঈপাদি নখোয়'নি থাদোক্কুনা মফম অমদা চৎখিবা ত্তারে।"

মপাগী রাহৈ ত্তাবদা মিপাই চাউরবী মচানুপীনা মমিত্তা পিগী ঈরা শীন্থনা ঙসিদগী হৌনা হায়বা ইনবী মচা ওইজবগনি, মীথোই মীহেনবগী রাখলগা লোয়ননা ইহৈদা পুক্নিং চঙনা হোৎনজবগনি, মখোয়বু থাদোক্কুনা চৎপীখিগনু হায়জখি। মৌপরাসু মচেনা হায়বা আহুগা চপ মান্নগা হায়খি।

হৌজিক মাধব করম তৌরি, কপ্লস্বা তোক্কুনা মচা অনিবু চেৎনা কোন্দুনা চুপ্লগা লৌরক্লে অমস্তুং হায়ববু ইস্লবদি ঈচা অনিবু থাদোক্কুনা ঈপা কৈদা চৎলোই হায়না হায়খি। মপাগী রাহৈ ত্তাবদা মচা অনিগী মুংঙাইবা পন্দোরে অমস্তুং হৌজিকমক করি করি তৌ হায়বগে হুংখি। অদু ওইরবদি চাক চারগা স্কুল চৎনবা ত্তোক্লো, নখোয়না চৎকদৌবা লমচৎ-শাজৎ'পুম্বা ঈপানা ইহ্নুনা শন্নগে হায়খি। পুং মাপল ত্তাখিদুনা মচীন-মৌপরা স্কুল কাখ্রে। ঙসিদগী হৌনা মখোয়গী রাখল হোংখ্রে, মহৈদা পুক্নিং চঙলক্লে। মহাল মখৈ মখৈ য়না চৎলম্বা লমচৎ অসি ফত্তমাল্লে, অফবা মী

ওইদগে হায়বনী রাগ্‌লগী মঙাল কাওরে। মাধবনা অথাবা চেবাং অমা লৌথোক্লুনা মাঙ্গোলদা থেৎলিবা মিংশেল চনবা লাই লোথরগা মথাগী রারমশিং অসি ইতুনা হান্নগী লাইথেৎকমদা থেৎচিনখি।

## মমা-মপাগী য়াথং

১। মমা-মপাদি মচাগীদা ফনবা হোৎনবিবনি, মতম 'পুম্বদা মখোয়গী য়াথং ইনগদৌবনি।

২। অযুক ঙন্না হৌদুনা চীন-য়া শেংদোক্লগা য়ুমগী থবক ঙাইহাক তৌবগা চাগদৌবা খবা চারগা নহৈ তমগদৌবনি।

৩। চাকলেন চাবা লোইরগা মতম চানা স্কুলদা চৎকনি। লম্বীদা অমদি স্কুলদা ফত্তবা রা ঙাঙকদে, ক্লাসতা ওঝাগী য়াথং ইনগদৌবনি অমসুং নহৈদা পুক্নিং চঙগনি।

৪। করিগুম্বা শান্নবা—চখোকপা মতম খুদিং মতম চানা তৌগদৌবনি। লূ-হেন্না লৈগনি অমসুং হকচাং ফনা থমগনি।

৫। ফত্তবা সঙ্গ ত্রিনকদে, ময়াই কাবা পোৎ চা-থককদে, মীশক খঙনা মীতিন্নগদৌবনি অমসুং ওইদবা রা ঙাঙকদে।

৬। হুরাও-কুমৈ য়াম্না য়েংক্লরোই, মহৈ তম্না মীনা থেঙনা চৎকদে।

৭। লৈবাক্কী মীকোক থোংনবা হোৎনগনি, মহৈতনা ঙমগনি মচু 'পুম্বা।

৮। মত্রম অরেম্বদা মাঙহনগনু, মত্রমগী মমল খঙদ্ধ।

৯। মহৈ মপুং ফাহুনা মতিক চাবা ওইদ্রিবা মখৈ য়ুমলেপ চায়া তম্ফরোই।

১০। মচীন-মনাও, মচে-মচল খক প্রেম কায়নফদে। মমা-মপাগী সেবা তৌগদৌবনি।

রায়মশিং অসি ইহুনা থেৎলগা মাধব-থম্বাল অনিনা মচা অনিনা হল্লকপা ঙাইহুনা লৈখি। ছুটি থাহুনা মচা অনিনা লাক্লবদা মমানা মচাশিংবু মখোঙ-মখুৎ শেংনা হামদোকহল্লগা চাক-ঈশিং পীজরগা মপানা ইহুনা থেৎলিবা অহু পাহল্লে। খেয়রুম মোমোন তৌনা পারগা মখোয় অনিনা মাপলগুবা নম্বরগী রাহৈশিং অহু ব্যাখা তৌহুনা তাকপীয়ু হায়জখি। মাধবনা নোক্কুনা রাহৈশিং অহুগী অর্থ অহু য়াম্না ফজনা মচা অনিদা তাকখি। মপাগী রাহৈ তাবদা থরা চাউজরবী মচানুপীনা 'অহুবুদি' হায়হুনা ঈকাই-নুংশি য়াম্লনা খুমখি অমস্তুং মমা-মপাগী রাথং ইনবা অফবা মচা ওইগনি হায়হুনা অচেৎপা রাশক লৌখি। নুমিৎ অহুদগী হৌহুনা হৌখিবা মতম ফাওবা পাম্মুবা নীংঙমদবগা লোয়ননা মখোয় অনি মহৈ থরাই য়াওনা তমখি। মচা অনিনা লাইরিক মথরাই য়াওরকপা অহুদা মচাগীদমক ফননবা হোৎনরবা 'মাধবনা ওঝা অমা থা তরেৎলোম মচা অনিগী পরীক্ষা ফাওবা প্রাইভেদ তম্বীয়ু হায়হুনা থাগী শেলহুন লুপা কুন্থ্রা পীগনি ঙাঙনহুনা অয়ুক খুদিংগী তমহনখি। স্কুলদস্তু ওঝানা তাকপা থরাই য়াওনা হোৎনবা, অহুগা য়ুমদস্তু স্কুলদগী ওঝানা পীরকপা মথৌ 'পূম্না ওঝা অমনা নীংথিনা তাকপীরবা অহুদা মচীন-মৌপরানা খঙদবা হৈতবা বিষয়

লৈত্রে। অনিশুবা মরক্কী পরীক্ষাদা মচেনা সেকেণ্ড অহুগা মৌপ-ব্রানা থার্ড মানা মানা তম্বা স্কুলগী ক্লাসতা ওইখি। মথং মথং ফগৎলকপনা চহিগী পরীক্ষাদা মচীন-মৌপব্রা ফার্ষ্ট ওইখি। মচা অনিগী চাওখৎলকপা উবদা মমা-মপাগী হরাওবা পেন্থংলে অমস্তুং ওঝাশিংনস্তু হরাওবগা লোয়ননা য়াম্না থাগৎখি। অদুক কৎলম-দবদগী অস্তুক থুনা ফগৎলকপা অসিদি অওকপনি, মসিদি মহৈ তম্বগী চঙজ্রবা য়াজ্রবা—অহানবদা তম্লিবা মী মশাগী হোৎনবা কনবা, অনিশুবদা মমা-মপাগী থরাই য়াওবা অমস্তুং ব্রারক হৈবা অহুগা অহুমশুবদা ওঝাশিংগী তম্বিবদা থরাই য়াওবদগীনি হায়ত্বুনা মীপুম খুদিং ভাঙনখি।

হৌজিক মচেনা ক্লাস সিক্স অহুগা মৌপব্রানা ক্লাস কোর কারক্তুনা মাগী মাগী ক্লাসকী রোল নম্বর ব্রান্দা লৈত্বুনা ক্লাসকী কেপ্তেন অমমম ওইত্বুনা লাইরিক তম্লি। মাধব থোইনা ঈনাকখুনবা মী অমা নত্তবনিনা প্রাইভেদ তম্বীরিবা ওঝা অহু খরা অমুক্ক লেপখিসি হায়ত্বুনা বিদায় তৌনখি। মতম অসিদা মাধবনা খনখি, "ঐনা মতম শংবা ইহৈ হৈবা মী অমা ওইরমত্বুনা লৌমী অমা ওইরমজ্রবা নত্রগা মমানা মহৈ হৈবী নুপী অমা ওইরম্লবদি প্রাইভেদ থমজ্রবস্তু য়ারমগনি অমস্তুং ঈচা অনিগী মহৈ তম্বদা য়াম্না খুৎলোয়রগনি।"

মমা-মপা অনি তাম্লত্বুনা মচা অনিগী অনৌবা মমিং থোনখ্রে। নুপীদি মতম খরা মপামদা লৈজবনি, মপামদা শিউ হাম্লবা লৈতে অমস্তুং মমা-মপাগী আশাগী পান্দম ওইরিবনি খন্দুনা মচানুপী

সনাতাওবীবু আশালতা অহুগা মচা নুপানা লেংঙ্গ্রেবা আশাগী য়ুক্ষমগী মশক্লি খন্দুনা আশাকুমার হায়না কৌগ্রে। খিথিনা মরাই-বক্তদি মহে হৈয়ু লৈগ্রে হায়রীবা পাজিগী খুৎহোৎ থুগাইহুনা মীথোই-মীহেনবা মচা ওইবা ঙম্নবা হোৎনগানি হায়না মমা-মপা অনিগী অক্নবা রাখক লৌ.খ অমস্তুং মচা অনিনা ফগৎলকপা মতম অসিদা লেপ্পমক পন্থ্রুং অহু য়ৌবা ঙমগানি হায়না খঞখি। নোংমা নোংমগী হৌখিবদা চহি তংখাই চনশিন্নক্লে। মতমগী মমল খঙনা মমা-মপাগী পাউতাক লৌহুনা হোৎনবদগী অকবা মী অমমম ওইরকপদা নত্তনা লৈবাক্কী মীকোক থোংবা ওইগে হায়হুনা মচীন-মৌপরাগী থম্মোই মন্দিরদা আশাগী পামেল থাখ্রে।

মিহৌজাওবা হায়বা অসি মৈতৈ রাহৈদা ফত্তবা ভাবতা অয়াম্বনা পুনৈ, তৌইগুম্বস্থুং মসিদি থোইনা ফত্তবা গুণ অমা নত্তে। মী অমগী মশাদা মিহৌজাওবা পোকপা রাখন চেন্দ্রবদি মী অহু চাওখৎপগী থাক য়ৌবা ঙমদে। মসিদি অঙকপা মীওইবগী মগুণ অমনি। গুণ অসি মশক খঙনা শিজীন্নবদি মীথোই-মীহেনবা চাওখৎপা ওইবা ঙম্মী, নত্তহুনা ফৈরেংনবা মরমদা শিজীন্নবদি মখুৎ শাংবা, মীগী ফত্তনবা তৌবা তুক্কচনবগী মশক ওইবা অমনি। গুণ অসিবু অফ-ফত্ত মরমদা শেমগৎনবগী অথোইবা মতমদি নহা ওইরিঙৈগী মতম্নি। অঙাং অহুনা মহৈ-মশিং নীংথিনা তমখৎলকপা সঙ্গ ফবা গুইরবদি মঙোন্দা চেল্লিবা ফত্তে হায়বা গুণ ছু মহৈদা মীনা হেনখিবদা নীংঙমদবা, মমান্নবদগী মানা হেন্নীংবগী মিহৌবা অমস্তুং কল্লকপা অসিনচিংবা ওইহুনা মশাগী অমদি সমাজগী

মকমন্না কন্ননবা মরম অমা ওইবকই। অসিগুম্বা শুপ চেলম্বা মাথরকী মচা মুপী অনি অহানবদদি শিঙ্গীমকম শোয়হুনা মীপী মপোৎ কাওবা লোম্না লৌনীংবা মত্তবা অঙাং অমা ওইরম্বনি। হৌজিক্তি মপা-মমা অকবা মচা ওইখিবদগী মিহৌজাওরবী মচা মুপী অনিগী রাখাল হোংখিহুনা মহে তম্নীংবগী মিহৌবা, মীনা মাবু হেনখিবদা বল্লকপা মুংঙাইতবা পোক্তনা মশাবু অকবা অমা ওইনা শেমজবী মুপী মচা অমা ওইরকখি। মাগী মতৌ তমহুনা মৌপন্না কাওবা অকবা অঙাং ওইখি।

মতৌ অম্মুম্না থোকখিবা এখোয়গী ঈরক্তম্মু অতাওবা নত্তে। মরম অসিনা মৈতৈ রাহৈদা "মসিদি মিহৌ-কারাম চাউইদা তুকচৈদা" হায়বা মী অত্তুদি অঙাং ওইবিতৈদা শেমহৌবা রাত্তুনা তৌখিবনি হায়বা খক কাউরোইদৌবনি।

মীথোয়নীংলবদি আশালতানা ক্লাস সিক্স কারক্লবা মতমদা লাইব্রিক তম্নিতৈদা ক্লাস টু কাওবদা অঙাং অমনা করম তৌরগা তুংদা কন্দায় কাওবা ঙবা, ক্লাস থ্রীদগী সিক্স কাওবনা করম তৌরগা তুং কাওবা করম্বা মী ওইবা অসিনচিংবা তাকপীয়ু হায়হুনা নোংমা ক্লাসতা ওঝাদা হংজখি। মাগী খঙনীংবগী মতৌ উবদা পেল্লহুনা ওঝানা মঙোন্দা তাকপীখি, "অহানবা তমখৎলকপদগী ক্লাস টু কাও-বা অসিদি পিক্লিবা অঙাংনিনা তুংগী ফননবা শেমগৎপগী অথোইবা মতম্নি, মরমদি মখোয়গী মশাদা পাপ চেন্দ্রি, অকবা রাখলগী মমি তাহনবা য়াই। মতম অসিদি পিক্লিবা মতমনিনা থাম্না চত্তুনা মমাঙবা ভিন্নবম্মু ঙমজদে। মমা-মপানা মখোয়বু য়াম্না কনা

শেমগৎপা য়াই অমস্তুং অরায়বা মতম্নি। মতম অসিদা ওইখিবা অঙাংগী অক্নবা মওং-মতৌ অহুনা মতুংগী ক্লাসতস্থ অক্নবা ওইখিনবা শেম্বদা য়াম্না খুদোং চাই। অহুগী মতুংদা ক্লাস থ্রীদগী সিক্স ফাওবা মতাও অসিদা মখোয়গী অক-কন্ত হোংদোক-হোংজিন মতম অমা য়োৗরকই। ক্লাসশিং 'সিদা অক্নবা সঙ্গ তিন্নদবা ফত্তবা সঙ্গ তিন্নবা অঙাং ওইখ্রবদি অহুগা ব্রারক খরা শোয়খিহুনা মহৈদা পুক্লিং চঙবা অঙাং ওইখিদ্রেবদি মাঙননবগী মশক অমুক ওইরকই, অহুনা য়াম্না চেকশিনগনি। ক্লাস টু ফাওবদা ফৎলকত্রবা ছাত্র অহু ফননবা শেম্বদা মতম চঙবা অমদি ব্রাবা খরা ওই। ক্লাস থ্রীদগী সিক্স ফাওবা অক্নবা অঙাং ওইরক্রবদি মতুংগী ক্লাসতা অক্নবা অহুম ওইখিবা য়াম্না খুদোং চাই। সঙ্গ ফত্তবা তিনখিবা অহুগা ব্রারকপদা খরা শোয়হৌরবদি ফত্তবা অহুম ওইখি। অহুবু অহানবা তমখৎ-লকপদগী ক্লাস VI ( সিক্স ) ফাওবা অসিবু য়াম্না ফগ্রবা ছাত্র ওইরবদি মতুংদা ফত্তবা পঙওই ওইগন্দে। করিগুম্বা মতমদা ক্লাস সেভেন্দগী খংফ হেক ফখিবা অঙাংস্থ য়াওই। মখোয় অহু মথক্কী ক্লাসতা য়াম্নদি অক্নবা ওইরকত্রবস্থ ইনবদি ঙম্নবা হোৎনজরকপা ছাত্রশিংনি। মতম অসিদা খংফ ফরকপদি য়াম্না হোৎনবা ব্রাগ্রবা অমস্তুং মতম চঙগ্রবনি। অহুনা হৌবদগী অহুম ফরকপনা মীথোই-নবগী অথোইবা শক্তিনি। মরম অসিনা নখোয় 'পুম্বনা হৈনবা, ফনবা অনদি মীকোক থোংনবা মতম চারিঙৈ 'সিদগী হোৎনখৎকনি।"

অসিগুম্বা মমল য়াম্নবা পাউতাকশিং অসি তাবদা আশা লতাগী হোৎনবগী শক্তিবু অনুক নৌনা ময়া থাংখি। য়েঙ্গ্লোৗঙৈদা শোয়খিবা

মাগী লমচৎশিংবু নিন্দা তৌজখি অমসুং মমা-মপা ক্তবগী মচাসুপী ওইরম্লবদি মীরেম ওইরমগনিদা হায়রতুনা খনখি।

মতুংগী নুমিত্তা অতোপ্পা ওঝা অমদা ছাত্র-ছাত্রীশিংগী নিতিগী তৌগদোবা মথৌ করিনো তাকপীয়ু হায়রতুনা হংজখি। ওঝা অতুনা থোক্লিবা বিষব অতু তৌসি হায়রতুনা অহানবদা য়ারমদে। মানা হন্না হন্না হায়জবদগী মমৈথংদা ওঝা অতুনা হায়খি, "ছাত্র ছাত্রীশিংগী নিতিগী তৌগদবা মথৌ তাকপা অসিদি অরায়বা নত্তে, য়াম্না শাংনা মতম চঙগদৌবা থীরম অমনি। অতুবু নখোয়গী ফনবগীদমক ঐনা শম্পৎনা তাকে।" অসি হায়রতুনা মখোগী ব্লারমশিং অসি বোর্ডতা ইতুনা তাকখি।

## ছাত্র-ছাত্রীশিংগী নিতিগী মথৌ

ছাত্র ছাত্রীশিংনা অয়ুক ঙন্না হৌগৎতুনা শূমাঙ-থেলোংনচিংবা লম তু শেংদোক্লগা নচীন-নয়া শেংদোকতুনা নখোঙ-নখুং হাম-দোক্কনি। য়ুমগী নুংশিৎসু শেংনবা ধুপ থাতুনা ইমুং-মাঙ্গোল হাইদোক্লগা অপিকপশিংনা চারা ব্লানগনি, খবা চাউরবশিংনা হকচাং শাজেল ঙাহাক তৌগনি। ঈশ্বরবু খুকম্বদি হেক য়াহৌবগা নত্রগা হকচাং শেংদোকপা লোইরগা ওইরবসু মতম অমদা তৌগদবনি। হকচাং শাজেল অসি কনাগুম্বগীনা য়ুমগী থবক শূবা ওইনা অতুম তৌবসু য়াই। অতুগী মতুংদা পুক্লিং চঙমা লাইরিক পাগনি। স্কুলগী মতম ওইরক্লগা ইরুজতুনা চাক চারগা লাইরিক তম্বা কাগনি। লম্বী লমখাং অমসুং ক্লাসতা

ক্তুবা রা ঙাঙবা, মীগা খৎনবা ফত্তে। ক্লাসতা ওঝানা তাকপা পুক্লিং চঙনা তাগনি অমস্তুং নংগী ক্লাসকী কেপ্তেনবু নচে নত্রগা নবুং-নৌপরাগুম্না খনগনি অমস্তুং মখোয়না হায়বা ইনগমি। কেপ্তেন্নস্তু ময়াম্বু পোকমিন্নবগুম্না খন্দুনা ওঝাগী য়াথং ইন্না লোয়নগনি। ছুটি হূরানবা, তোয়না মপানথোকপা ফত্তে। হাপ্তুদি মপান থোকতুনা শান্ন-খোৎনবনচিংবা তৌদুনা পুক্লিং-হকচাং তেকখৎহনগনি। স্কুল ছুটি থারগা য়ুমদা হল্লকনি, কনাগুম্বনা শাম্নরবস্তু হেক লোইবগা য়ুমদা হনগনি। খোঙ-খুৎ হামদোক্লগা চরা খরা রাল্লগা নত্রগা করিগুম্বা খরা চা-থক্লগা নোংমগী রুটিন্নচিংবা খন্দোক্কনি অমস্তুং করিগুম্বা বিষয় খবা ঙাইহাক য়েংলগা নমান্নবা লাইরিক তম্বগা লোয়ননা ঙাইহাক চথোক্কনি। ছাত্রী-শিংগীদি য়ুমগী থবক তৌদুনা হকচাং শাজেল ওইবা কৈ। কনাগুম্বনা মতম থেঙনা কোয়থোকপা নত্রগা মতম শাংনা থবক নোমদুনা অদুম লৈখিবা ফত্তে। ঐখোয়গী লৈবাক্কী তম্নিবা লাইরিক মতম অসিগী মতুং ইন্না হয়েংগী বিষয় হোৎনগনি। মতুংদা চাক ঈশিং চারগা তুমগনি। নিতিগী পারা ফাবা অসি ছাত্রশিংগী শোয়কত্রবা মথৌনি নত্রবদি ফাহৌদবা অদু শিঙ্গংপা মতম য়াম্না চঙই।

ছাত্র-ছাত্রীশিংনা সোসিয়েল ৱার্ক থোরকপা মতম, করিগুম্বা ডিবেৎনচিংবা তৌরকপদস্তু য়াওহুনা মীমাঙদা রা ঙাঙবা ঙম্নবা তমগনি। মহুনা তুংদা মী কিদবা অমদি মীথোয়-মীহেনবা ওইবা ঙমগনি।

অস্থুম্না ওঝানা ইরিবা অহু ময়াম 'পূম্বা শিঙ্গিলহনখি। হৌজিক আশালতা ওঝাগী পাউতাকশিং 'সি শোয়দনা ঙাকনি হায়না খনখি। মতূংগী নুমিৎ অমদা ক্লাস মিষ্ট্রেসতা কেপ্তেনগী ডিউতি তাকপীয়, মতৌ করম্না ওঝাগী য়াথং ইন্দুনা মমান্নবা 'পূম্বগী ফননবা কেপ্তেন্না হোৎনবা ঙমগনি হংখি। মাগী রাহৈ তাবদা পেল্লহুনা ওঝানা ঐনা হায়রিবা রাহৈশিং অসি ইশিল্লু হায়হুনা ময়াম 'পূম্বদা ওইনা ইশিলহনখি অমস্থুং মহু ঙাক্না চৎকদৌবনি হায়খি।

## "কেপ্তেনগী মথৌ"

১। নখোযগীদা ফননবা হোৎনবিবা ওঝাগী য়াথং নখোয 'পূম্বনা ইনগনি। ওঝাগী থৌদা ইন্দুনা কেপ্তেন্না মমান্নবশিংবু লোয়নগনি অমস্থুং মথৌ পাঙথোক্কুনা ক্লাসপু ফজহন্নবা খনগনি।

২। কনাগুম্বনা শাউনীংবা রা ঙাঙলবা ফাওবদা ঐদি ওঝাগী তেঙবাংবা মীনি খন্দুনা শাউবোইদবনি অমস্থুং ময়াম্না খৎনচৈনবা য়াওববস্থু ওঝা তাইন্দনা তোক্নবা থেমজিনগনি।

৩। ওঝা লৈতবা মতমদা মী অমদগী হেন্না মপান থোকহল্বা য়াদে, য়ারক্তবা মতাঙদা অনি ফাওবা থোকহনবা য়াই। মহুগীদমক রাদনবা আউত পাস মচা অনি থমগনি।

৪। কেপ্তেনবুক অমা ওঝাদগী তান্দুনা লৌগনি, মহুদা মাগী শক্তিনা ঙমদবা মরমশিং অহু ইহুনা ওঝাদা পীগনি। মহুদা কনাগুম্বনা য়াম্না শাউরবদি ভাব তাম্রিবা অহু শন্দোক্না তাক্তুনা মাবু তেহনগনি, মহুদস্থু য়াগ্রবদি অমুক হন্না ইহুনা ওঝাদা পীগনি।

ওঝানা স্কুলগী নিয়ম মতুং ইন্না বিচার মরাইনা তৌজগনি।

৫। কেপ্তেন্না মাগী তেঙবাংবা এসিষ্টেন্ত কেপ্তেনগা রাখল তিন্নবা হোৎনগনি। মানা ক্লাসতা লৈতবা অমদি কারক্তবা মতমদা মহুৎ শিনবা মী অমা ওইহনগনি।

৬। লাইরিক ফত্তবা মীদি ছাত্র ওইবগী লমচৎ অমা শোয়রবনি। অদুগুম্বা মী অদুনা কেপ্তেন ওইরবদি ফত্তবা মরম লাক্কনি, অদুনা কেপ্তেন অনিমক লাইরিক ফনবা:হোৎনগনি।

৭। মখোয়না মীনম্বা ঙাঙবা, ফত্তবা থবক তৌবা অমসুং নত্তবা রাখন খনবা তৌরোইদৌবনি। ওঝা অমসুং কেপ্তেন্না কুপশিন্না য়েংশিল্লবদি ছাত্র কা হেনবা খক ঙমদে হায়বা কাউরোইদবনি।

অসিগুম্বা কান্নবা হীরম অসিগী নিয়ম অসি ফংজরবদা আশালতানা থোইদোক্না পেঞ্জখি অমসুং মদু ঙাক্লবা হোৎনগনি হায়দুনা খঞ্জখি।

নোংমা নোংমগী হৌখিবনা মচীন-মৌপরা চহিগী পরীক্ষা থা মরিরোমদা মঙাইশিলক্লে। মমাঙদৈগী প্রাইভেট টিউতর অদু অমুক হন্না থমদুনা কন্না হোৎনরক্লে। মপাগী নীঙবা মতুং ইন্না আশাপুরগী অপুনবা ক্লাস সিক্সগী কোম্পিটিটিভ একজামিনেসন্দা ছাত্র ছাত্রী অপুম্বগী ফাষ্ট ওইরে, মৌপরা আশাকুমারস্নু মাগী ক্লাসকী ফাষ্ট ওইরে। মমা-মপানা ক্লাস সেভেনগী লাইরিক তাকপীবা ঙমদবা অমদি কনাগুম্বা তাকপীনবা মবুং-মৌপরা লৈজদবা মরম্না থা মরি অমুক চোম্বনা প্রাইভেদকী ওঝা অদু থমখি। মক্তুংদদি মশানা

অতুম হোৎনবা ঙম্লরুহুনা লেপখি। মচীন-মৌপরাগী থাগী চে-সুং অমসুং থাউনচিংবগী খরচতি মচেগী বৃত্তিগী শেলনা শীনবা ওকই। মমা-মপানা মচা অনিগীদমক শেম্লবা শেল তাল্লি অমসুং খরচতগী লেম্বা মখৈ তূংশিল্লি। মতৌ অসুম্না হোৎনজরকপদগী চহিগী পরীক্ষা অমুক লোইরহুনা মচেনা ক্লাস আইথ অহুগা মৌপরানা ক্লাস ফোরদা মকোক অমমম ওইহুনা কাররক্লে। নোংমা নোংমগী অঙাং অনি অসি কগৎপা হেনগৎলকই। মতৌ অসুম্না মচীন-মৌপরা লাইরিক তম্লি।

## ৪ শুবা পন্দুপ

# নহারোলশিংগী লোনচৎ অমসুং লমচৎ-শাজৎ

মতম অসিদা আশাপুর লৈবাক্কী নৌনা হৌরক্লিবা নাহা-রোলশিংগী মনুংদা অনৌবা লোনচৎ-শাজৎ অমা কম্না চৎলক্লে। মী অমনা অমবু মুংশিনরকত্রে, উৎশিংনরক্তে। ঐনা মাবু ফূদৎপা ঙম্লবদি অসিনচিংবা রাখল ঙাক্তা ফৈরেং-তুরেং খম্লরক্লে। মহু পাঙথোক্লবগী মখল-মখা অয়াম্বা পাম্বৈ লোম্লা শীজিন্নৈ। মু খক্ত্না, নেশা চাহুনা, শা চাহুনা ঙাওশিল্লবা, মীবু লঙ্গনবা, লম্বীদা কত্তবা রা ঙাঙবা অসিনচিংবা য়াম্লা তৌরক্লে। থাঙ, ছুরি, শীংজংমচা অমসুং মখল-মখা অয়াম্বা খুৎলাই লোম্লা ফিজুংঙ্গা

পুরগা মখোয়গা য়েংথীনবা মীগা হেক্তা থিন্নবা অমসুং হাৎনবনচিংবা তৌরক্লে। লৈবাক্কী অঙম-অথৌশিংনা ৱারক-ৱাতেম্বা অমদি দগিও পীবনস্থ মখোয়গী লমচৎ থিংবদি লায়ৱন্থনা অহোয়নন্থম হেঙ্গৎলক্লে। কুম্মৈ-ফিয়োং পাম্বা আশাপুর লৈবাক্কী নুমিদাংগী লিলা-পালা থোকপা মফম অয়াম্বা মখোয়গী খৎনফম ওইরক্লে। কনাগুম্বা তৌবা ঙম্বা পাখংমচা অমনা মাগী মমান্নবা খরা খোম্নগা ময়াইকাবা পোৎ চা-থক্তুনা মীগী মচানুপী লাইরিক তম্নিবীশিংবু স্কুলদগী কুম্নকপদা ফাহুনা জীপ্তা পুগ্রগা মশানা য়াদবা অদুবু কিহন্দুনা য়াহল্লি। করিগুম্বা মতমদা ফাহুনা ফাদোপ থম্বা অমদি জরিনচিংবা তৌই, অদুবু কান্নরক্তে। ছাত্রীশিংদদা নত্তে, লাইরিক তমদ্রবস্থ মহু মঙাই, মখোযনবু নীংলবদি য়ুমগী কোম্থোং মপান্দগী ফাওবা চিংহুনা পুখি। অস্থুম তৌরকপা অসিদা নিংঙোল চাউরকপদা মমা-মপাগী মিপাইবা লোইনবে। নহারোম্দা শিৎলিবা নুংশিৎ অসিনা কনখিবনা হাইফেৎ অহল ওইরবা কনা কনাগুম্বা ফাওবনা তম্নবা য়াওরক্লে। খৎন-চৈনরবদি হেক্তা হাৎলগা লোইরে, অশিবদনা মাঙজবনি হায়বা ৱাখল খন্দুনা থবক তৌনরক্লে। অসিগুম্নবা জাতিগী মাঙনবা মওং অসি নোংমা নোংমগী হেঞ্জিল্লকপ'সিদা কনাগুম্বা ভাব তাবা প্রজাশিংগী থম্মোইদা নুংঙাইতবা, অকিবা অমসুং মিপাইবা পোক্লে। করম তৌরগা অসিগুম্বা তমথীরবা শাজংশিং অসি থিংবা ঙমগনি খন্নবা য়াওরক্লে। অদুবু করিগুম্বা পাম্বৈ অমত্তুনা ঙমদবদগী মতু শোনবা লায়ৱ-অনংশিংনা য়াম্না ৱানরক্লে। মতমগী থোঙলৈ মতুং ইন্না মখোয়, অয়াম্বা ছাত্র

ঙাক্কি, লাইরিক তমহৌবা ঙাক্কি। অদুবু, মহৈগী মমিৎ পাঙদুনা অক-ফত্ত খঙবা ঙম্বগী শক্তি মখোয়দা লৈশিল্লক্কে।

অসিগুম্বা তুজুংবা মতমদা মখোক কারক্লিবী নুপীশিং অদুগা ছাত্রীশিংদি করম তৌরি। কনাগুম্বীনা ফত্তবী ওইবা য়াওরম্বদি য়াই, অদুবু অপূনবা রাখন্দা খল্লগা ফত্তে হায়বা য়াদে, মখোয়দি অকবনি হায়না শীংথানবা য়ারি। মখোয়াদ ফিজেৎ-চাকচাস্তু মফরি। মখোয়স্তু নিপাগী ফত্তবা শাজৎ লৌথ্রবদি জাতিপুম্বা পূম্নমক্ত মাঙথ্রগাদৌবনি, ঈশ্বরগী থৌজান্দগী মখোয়দদি লমচৎশিং 'সিদগী থাপ্পা লৈরি। নুপীমচাশিংগী মতৌগুম্না নহারোল পাখং অফবা কয়াস্তু লৈরিবনি, অদুবু ফত্তবা মশীংনা য়ামখিবনা মখোয় অদু শীংথানবদা ফত্তবদা চনখ্রে।

মমাঙডৈদা বৃটিশনা পাল্লিডৈদদি আশাপুর লৈবাক অসি মীগী মীনাই ওইববস্তু অদুক য়াম্না ফত্তবা তৌবমদে হায়না কনাগুম্বনা খল্লবা য়াওবক্লে। কনাগুম্বা অমত্তনা য়ু থক্নু না লম্বীদা ঙাঙ-শিন্নবমদে। খৎন-চৈনবা, হাৎনবদি থোক্লম্মী, অদুগু চহি অমম্ম' চাংচত্তা মী অমা ফাওবা হাৎনরমদে। চহি মঙা-তরাদা অমা-অনি অদুক য়াওবা মঙাই। নহারোলনা অহল-লম্মনবু য়াম্না ব্যবহার তৌনা চৎনরম্মী, অস্তুক ফত্তবা রাখলশিং অসি লৈরমদে।

অসিগুম্বা ফত্তবা মরমশিং অসি কনা কনাগুম্বনা অঙম্বগী বিচার রাৎপননি, দণ্ডি রাৎপদম্লীনি, য়ু থকপদম্নীনি, ওঝানা স্কুলদা ছাত্রশিংবু তম্বিবা শোয়রবননি, মমা-মপানা রারক্প। রাৎপননি, হা অদুননি অসিনচিংবা মখল-মখা অয়াম্বা মোক্ত পীনরক্লে।

মহৈ মহৈ খন্নবদা কোল্লবা পাম্বৈ লৈবক্তু হুনা শাউনবা য়াওনরক্লে। মমৈদদি অঙম্বশিংনসু য় থিংগ্রে, অথকপা অমসুং অ:য়ানবা কারক্লে। অদুবু কদাইদগীনো খঙদে, পূমথিং থিংবদি ঙমশিল্লক্তে।

অসিগুম্বা তুজুংলবা কান্দা মাধব-থম্বালনা মচা অনিবু তমথীরবা নহারোলশিংগী লমচৎ-শাজত্তগী মতৌ করম্না কনবা ঙমগদগে হায়না খনবদা চীনবান মথক-মখা কংবা মখৈ রাখ্রে। মচা অনিবু তমথীরবা লীচৎশিং অসিদগী থাপ্পা থম্মু, ফত্তবা মী তিম্নগনু হায়না ঙাঙবদনা মখোয়গী অথোইবা পাম্বৈ ওইজরি। মচা নুপীনা লৈশাবী ফারক্লবনিনা কনাগুম্বনা লম্বীদা ফাবিথিহুনা তোল্লগদ্রা নত্রগা সঙ্গ নত্তবা তিম্নহুনা হেক চেনখি চোংখিগদ্রা হায়বগী চিংনক্লে; মরমদি—মহৈ মপূং ফানা তমহুনা মতিক চাবী নুপী অমা ওইরগা মখোয়না পাম্বা মতিক চাবা নুপা অমদা কন্যাদান কংগে হায়বা অসি মমা-মপাগী অথোইবা রাশকনি। মাধবনা থম্বালদা ভাব তানবা তাক্লগা নোংমদি মচা নুপীদা মমানা হায়খি, "ঈমাগী ঈবেম্মা! নং হৌজিক চাউরক্লে, অহুনা ঈমা জ্ঞান তাক্লে, মুম্না তাও। হৌজিক ঈচাগী ফত্তবা লমচৎ অমত্তা ঈমানা উদে, অদুবু ঈচাগী তুংগী লৌশিং ওইননবা হায়হুনা তৌবনি। পিকলিঙৈদদি মচাশিংবু করিগুম্বদা ফু-চৈহুনা রায়ক্লম্মী, হৌজিক্তি মতম অম্ম হৌগ্রে, অহুনা ঈমানা হায়রিবদি অসিনি :—

## "মখোক কারকপীশিংগী চৎকদবা শাজৎ"

১। নিপাগা নুপীগা অসি ফনা হায়হুনসু মাম্নবা য়াদে। অহুনা, মখোয়দগী য়াম্নিবা মখৈ থাপ্পা লৈগদৌবনি।

২। মহৈ-মশিং মপূং ফাদ্রিবৈদা যুম্লেপ চারা তম্ফদে, নুংশি পরৈ থম্ফদে। অদুনা, কনাগুম্বা নিপা অমত্তগা চান্নদুনা লন্নাই ব্রা ঙাওনফদে।

৩। লম্বী-লমখাং চৎপদা মখে লাংফ.দ, মিৎ-না চোইদুনা কনাগুম্বগী ঙাওনীংবগী মতেঙ পাংলুগনু। ময়াই কাবা নেশাগী পোৎ চা-থক্কনু, অদুগা মীমাঙ-পোমাঙদা অচোয়-অপা চাগনু, নোক্নগনি।

৪। যৌবনগী ঈথক ঙাকপা ঙমদবী পেমচানা মথন্তুগী মথরাইবু হাৎচৈ। মপামদা লৈবী।শংনা শাজৎ অদু চৎফদে।

৫। তুংগী য়াইফনবগীদমক মাঙলমচৎ অসি চেকশিনসি। ইন্দ্রি খুদুম চনবনা অফবা মী ওইরকই। অদুনা, ইন্দ্রি ব্রাবক্তুনা মীথোইনবা হোৎনগনি।

৬। কনাগুম্বা নিপা-নহানা কৰিগুম্বা করেম্নবকপা নত্রগা মরম চাদনা ঙাঙলকপদা খুমলোইদর্বানি। অশাউবা থাদোক্তুনা তুমিন্না চৎকনি।

৭। মহৈ-মশিংগী মরম, চাওখৎপা হীরমশিং, সমাজগী অমস্তুং য়ুমগী কান্নবা থৌরমশিংদদি নিপাদগীস্থ হেন্না হোৎনগনি।

৮। নংগী জাৎকী ধর্ম্ম, চৎনবী লোনচৎ, ফিজেৎ-চাকচা অমস্তুং ঈকাই খুম্নববু ঙাক্তুনা মীজাতিনা তমনীংনবা হোৎনগনি।

অসিগুম্নবী মমাগী নুংশিরবী ব্রাঙাঙশিং অসি তাজরগা পেঙ্গদুনা আশাল তানা মোমোন নোকতুনা মমাগী য়াথং পূম্বা ঙাকনি খুমজখি। মচাগী পাউখুম তাবদা মমাগী নুংঙাইবা পান্দম লৈখিদে।

মতৌ অসুম্না লেল্লকপনা আশালতা ক্লাস আইথ কারক্লে। মহাক্কী লৈকাইদা মাগা য়াম্না লুনা তিম্নরবী ক্লাসস্থু মান্নবী নুপীমচা অমা লৈ। মহাক্কী মমিং ঈবেমহল কৌই, মমা-মপানা মচা মরি পোকপগী মনুংদা অহম্নি। মহাক্কী মপা তোমচৌ হায়বা অহুস্থু মপাগা য়াম্না লুনা তিননবা, বিঃ এঃ পাস তৌহুনা স্কুলগী ইন্সপেক্টর ওইরিবা য়াম্না ভাব তাবা নিপা অমনি। মাধবনা অস্থুপ জ্ঞান তাখ্রিবা অসিবু মাগী পাউতাক য়াম্না য়াওই হায়বা য়াই। মচানিপা য়াইমা চাউথোই অসিস্থু আশাকুমারগা য়াম্না লুনা তিম্নৈ। মাগী মখাদা যামিনি হায়বী মচন অমগা কৃষ্ণকুমাব হায়বা মনাও অমগা লৈ। ঈমুং অনি অসিগী মমা-মপাশিংনা মচাশিং লুনা তিম্নবা অহুদা য়াম্না পেন্জৈ, মরমদি—অমনা মহে হৈবা ঈমুংগী মহে তম্বা চাওখৎপা মচা ঙাক্লি, অহুগা অমনা মপা-মমা য়াম্না ফবা মীথোই-মীহেনবা মচা ঙাক্লিনা ফত্তবা ওইরোই হায়বা রাখন্দগীনি। স্কুল তম্বা চৎপস্থু করিগুম্বা অমা চৎপদস্থু মতম পুম্বদা মচে মচে, মৌপরা-মৌপরা খক থাদোক্লদে।

মথোক কারকপগী মপুং ফাবা মতম ওইরক্লবী ছাত্রী অনি অসিগী মশক-মতৌ উবদা মখোয়বু শোম্নদবা য়াওদে। অহল ওইবশিংনা মচা-মমৌ ওইজনীংই, অহুগা মিহৌচাউগনবা পাখং অমদি ছাত্রশিংনা মথরায়গী পামজবী লৈরাং ওইজনীংই। শাওং-শাদা, কুচু-কুমেন অমস্থুং রাঙাঙ-শাঙাঙ য়াম্না মাম্নৈ। কুপশিম্না য়েংশিল-থিজিল্লগদি আশালতানা লাইরিক ফবা হেল্লি অমস্থুং রাশি-গুণ চঙখোনবা খরা হেল্লি। মহাক্লা ঙাঙথোরকপা নোকথোরকপদা

কল্লকলোইদবা কনাস্থু লৈরম্লোই নীংই। য়াম্না শিংথী নুপীমচানি, মশাগী মগুণবু মশানা খণ্ডবগুম মীনা কল্লকতুনা মাগী পুক্সিগী তাঙলবী মতম অসিদা মাঙহনবীখিগদ্রা হায়বগী মরমদা য়াম্না চিংনজে। মতম 'পুম্বদা মীনা মাবু করি হায়খিগবা, করি খনখিগবা হায়দুনা য়াম্না চেকশিন্না লৈবী ঈকাই থীবী অমা ওই। অদুক ঈকাই থীবী মহাক্না মমাম্লবগা করিগুম্বা অমা ঙাঙনবকপা, করিগুম্বা ডিবেৎ অমা তৌনবকপা মতমদা নিপা মবাই অমা হেল্লি। মসি মহাক্কী তোপ তোপ্পী গুণ অমনি। মতা ঈবেমহলস্থু মহাক্কী মতৌ য়াম্না তমজে, অদুনা রাখল তিন্নবদগী চান্নবা তিন্নরিবনি। অম্ধুক লুনা তিন্নববা অসিদা মহাক্না খেন্নবা অমত্তং লৈ। মসিগীদমক আশালতানা মাবু য়াম্না হায়জৈ, অদুবু মবক মবক্কা তৌগনু হায়বা য়াদে। স্কুল কাবদা নত্রগা করিগুম্বা অমা চথোকপদা ক্ষত্তবা ছাত্র নত্রগা ওক্তবা পাখংনা করিগুম্বা রাহৈ নত্তবা হেক ঙাঙলকপদা মাদি চপ চাবা রাহৈনা থুমই, মসি আশালতানা পামজদে। ফত্রবশিং 'দুনা কবিগুম্বা ঙাঙলক্লবস্থু তূমিন্না তাশিননদনা চৎপা অমদি মখোয়দগী নাম্থোরবা শক্তি হোৎনবা অসি আশালতানা পাম্মী। রাখল, শাজৎ অনি অসি খেন্নবদগী ক'ব ক রগুম্বদা মাগা লোয়ননা চৎমিন্নবদা মিপাইবা অমদি ঈকাই তুজুংবা ওই।

নোংমদি ঈবাই নুমিত্তা স্কুলদা ছাত্রীশিংগী মিটিং অমা লৈদুনা খবা থেঙনা মখোয় 'নি স্কুলদগী হল্লকই। ফত্রবা ছাত্র খরনা মখোয়বু উবদা লঙনবা হৌরক্লে। মীস্থু খবা লংলি, খুমগন্নুসি তূমিন্না চৎসি হায়দুনা মখোয় অনি থুনা একাগাড়ী থোরকই।

ফজ্রবশিং অদুনা অহনবা লৈতনা মখল-মখা অয়াম্বা রাঙাও শী.জিন্নে। তমথীবা লীচৎ চৎপশিং 'তুগী কল্লবা রাঙাওশিং অদু তাবদা খাঙবা ঙম্লক্ত্রদুনা ঈবেমহলনা হায়রকই, "অহল-লম্মন্না রারক্তবা, জাৎ নাইদবা রাঙাও ঙাঙদুনা ঐখোয়বু ঈকাইবা পীগ-দবগী হোৎনবিবা নখোয়গী রাখল অদু শাদগী হেন্না তোল্লবনি। মদুগুম্বা শাজৎ চৎপনা ঐখোয়দগী নখোয়গী করিগুম্বা অমত্তা কান্নবা ফংলোই, নশাগী নগুণ হস্তহনবনি। ইমান্নবা ওইরম্লবদি নথজাইদা খুপাক্না থাগদৌবনি।" মখা ঙাঙথগে তৌদনা মিপাই থীরবী আশালতানা মপি তাবমখৈ খাম্বদা হায়নীংবা 'পুম্বা খাঙদুনা তোক্লে। মাগী রাহৈ তাবদা ফজ্রবা অমনা হায়রকই, "অহল-লম্মন্না রারকপী ঈবেম্মা, লমচৎ ফবী! নহাকপু নখুৎ পায়দুনা য়ুম তান্না চিংদুনা পুরগা চাক থোংহনগে অদুগা হাওনা চাগে। হায়বা ইল্লগা লুনা থম্বীগনি॰য়াদ্রগা মঙানিশুবা নুমিত্তা নঙক লাক্ত্রনা ইনগে, অদুগা নথক থোংবী অমা নমাঙদা চাউনা লুহোংগে। অখোয় নাপন কাদুনা লৈরাং মকা ফনগনু, তাইবং খোঙনেৎ ওইগনি............" অস্থুম্না ঙাঙদুনা মখোয়গী মতুং ইল্লক্লে। মখোয় অনিদি অমুক খুম্বা তৌদনা অদুম প্রপ-প্রপ চৎচরি। ময়ুম য়ৌগদবা ফার্জং অমরোমদা ঙায়শিল্লক্লবা মত্তমদা মী খরা লৈবা উরদুনা নোকখী করেম্মরম্নগা ফজ্রবশিং অদু হনখ্রে। অনিমক খোইরাং খোয়শাওদুনা মহৈ-মহৈ ময়ুমদা রা অমত্তা ঙাঙনদনা চঙনখি। মমা মমানা মচাশিংগী নুংঙাইতবা উবদা করি তৌরে হায়দুনা হংলম্মী। মমা হায়বী অসিদি

মচানুপীশিংগী পুক্লিং থুপ্পা ঙমদমাল্লে, মরমপুম্বা তমহনা ঈমুং অনি অসি নুংঙাইতবা পোকখি। দেশকী য়ুম্বী ওইরগদৌরিবা নহারোলশিংগী ফত্তবা লমচৎশিং অসি মতৌ করম্না কল্লুনা জাতি অসিনা লৈখা তাগদৌবদগী কন্নবা হোৎনসিগে হায়বা অসি ঈমুং অনি অসিগী মীপূম খুদিংনা খনবা হৌখ্রে। অহুবু, মচা মচাবু চেকশিন্না হৈনা চৎলু হায়হনা পাউতাক পীবা নত্তনা অতৈ পাম্বৈ লৈজখিদে।

মথংগী নুমিত্তা স্কুল কারকপদা আশালতানা হায়খি, "ঈবেমহল, ঐ নঙোন্দা ৱা অমত্তং হায়গে। ঐনা হায়রিবা অসি লৌব্রবদি নহাকপু য়াম্না শাউদবা ঙমলোই। কনাগুম্বা ফত্রবা অমনা ঙরাংগী অহুগুম্বা লমচৎ নাইদবগী ৱাঙাও ঙাঙলকপা মতমদা করিগুম্বা ৱাহৈ অমত্তা খুম্বা তৌবীগনু। ঐনা নঙোন্দা হায়জরিবা অসি লৌবীব্রবদি ঐহাক নহাক্না চৎমিন্নবা কিরক্লনি, মরমদি—ফত্রবশিং অহুগী ঙাঙনবগী অমদি করিগুম্বা ফত্তবা থবক মখা চত্থনবগী অনৌবা ময়া থাংবগুম থোকই। সরকারনস্ম উখোঙ খুদিংগী পোলিশ থমহনা মখোয়বু ফাহনা ৱারকপা ঙম্বা পোৎ নত্ত্রেদো।" মাগী মমল তঙঙলবী ৱ ঙাঘ অহু তাবদা ঈবেমহলনা খুমখি, "আশালতা, নহাকনা ঙসি হায়বীরিবা অসি য়াম্না চুম্মি; নহাকনা ঐঙোন্দা তোয়না তোয়না তাকই, ঐস্মু খঙদবা নত্তে, খঙই। অহুদা, মখোয়গী তমথীরবা ৱাঙাঙশিং অহু তাহনা লৈবহু ওম্বোকনা ৱাজখ্রে, খাঙবা ঙম্রক্তহনা ঐনা খরা খমখ্রে। চুম্মি, মহু তারগা মখোয়না অমুক হেন্না পেনবগুম তৌই। ফরে,

ঙসিদগী হৌনা নহাকনা হায়বা ইল্লগনি। ঐবু অমুক হঙ্গোই-বীরগনু।" মুমিৎ অসিদগী হৌনা ঈবেমহন্না আশালতাগী রাখন তিন্নবী অমা ওইখি।

মখোয়বু লণ্ডনথিবা ক্রবা মরি অদুদি লাইরিক য়ামনা ক্রবা ছাত্রশিংনি। নোংমক্তা নীংথিনা লাইরিক পাদে, বোর্ই মচা অমা থেকচিন্দুনা খোঙগ্রাওগী ফুরিৎখাওদা থেৎলগা স্কুল ক্লাই। ক্রিজেৎ য়াম্না নাল্লি, ফুরিৎ খোঙগ্রাও মখল মখল শেৎলি, মশা য়াম্না নাল্লি অমস্তুং একাগাড়ী অহনবা ঙাক্তা তোংই। শমকক ল্যাককস্তু য়াম্না তুপ্পচৈ। স্কুলদস্তু য়াম্না চাং নাইদে অমস্তুং ছুটি হুরাল্লগা মখোয়গুম্বা খরা তিন্নরগা লোন্না য়ু থকই, শা চাই, জ্বর শাম্লে। ওক্তবা পুম্বনা তাদুনা মশা অদু শাবগুম তৌই। মখোয়গী মমা-মপা কনাগুম্বনদি মচা চাউরক্লে, য়েংবদা হিয়াং কুম্মৈগুম্লে, মচাগী মপাননা নুংঙাইরনি খন্দুনা পেম্লে। খরা জ্ঞান তাবনদি মচাগী ওক্তবা অদু করম্না চুমথোক্কনি খন্দুনা রাজবস্তু ময়াওই। অসিগুম্বা নহারোলশিংগী মতৌ অসি মথং মথং তম্নজুনা ছাত্র য়াম্না মাঙলক্লে। মতৌ অস্মুমনা আশাপুর লৈবাক অসি নোংমা নোংমগী লৈখা তানবগী মরম ওইরক্লে। অরাবনি, মতৌ করমনা তমথীরবা অকনবা নোং-নুংশিৎ অসি ঙাক্তুনা শোল্লবা য়ুম-কৈ, হৈপাল-লৈপাল, মহৈ-মরোং 'পুম্বা কল্লুনা আশাপুর লৈবাক অসিদা নামিবা নুংশিৎ শিৎহনবা ঙমগবা, রাদবা ঙমদে।

---

৫ শুবা পান্দুপ

# ওক্তবা ছাত্রশিংগী তমথীবা শাজং

ঙসিদি নহানগী ইবাই অহুগী থংনবা ইবাই নুমিৎনি। ছাত্রী অনি অসি স্কুল কাররক্লে। ফত্রবা ছাত্র মরি অদুগী মরক্তগী কালা সাহেব কৌবা খ্রাইদগী হেন্না ফত্তবা লুচিংবা অমা য়াওই। মহাক ঠিকাদার অচৌবা অমগী মচা নিপানি। ঈনাক-কৈবাক খুনবা মচা ওইবনা মহাকনা মমা-মপা তাহন্দনা লুপা লিশিং অমা লোন্না লৌরগা মমান্নবা গুণ্ডা তবেৎ খক্তা তাম্নহুনা জীপ অমা রাযবহুনা মখোয়গা চীন্দান্নবগী লমন খুম্বা শক্তে, মশানা য়াবা-য়াদবা খঙদে, নমহুনা কাবগে হাযহুনা স্কুল কাবকপা ঙাইহুনা লৈরে। স্কুল কাবা মতম ওইবনা লম্বীদা ছাত্র-ছাত্রী সঙ্গ সঙ্গ চৎলি অহুগা মী অতৈ অতৈস্থ চৎলি। ছাত্রী অনিমক একাগাড়ী অমমম তোংহুনা লাকপা স্কুল যৌগদোবা তংখাই অমা কাজিল্লকত্রে। মাঙ-তুং ফবক তারকপা মতমদা থুনা জীপ থৌজিল্লক্তুনা ফন ফন চোংথবগা অমনা মমাঙদা মখুৎ তিংথোকতুনা থৎলগা অমনা গাড়ী মনীংদা য়ান্দুনা ফারে, অদুগা অমনা মশা স্থপকোন কোনশিল্লগা গাড়ীদা থাঙ্গৎকদৌবগী হোৎনবক্লে। আশালতাদি একাগাড়ী হুন্দোক্লম্লগা লাউহুন্না তুং হন্না লাক্লিবা মী তম্না কম্না চেনখ্রে। নুপীমচা ওইবনিনা লুনা তিন্নববী, পাম্মুববী মতাগী মতেঙ পাংবা ঙমজখিদ্রে। তোল্লিদা নুপীগী মপোক! মরুপকীদমক লেপ্পা ঙমদবী হৌনবা খঙদবীনি খনবীগনুকো মাবু, নুপীগী পাম্বোম তিংবা য়াবা মতম নত্তবনিনা। মশানা য়াদবনিনা মখোঙ-মখুৎ

ফ্রং ফ্রং কাওহুনা শিরবস্নু শিথ্রশনু হায়না অরৈবা শক্তি পুথোক্নুনা হোৎনবা মরমদগী ক্যাবা ঙমদহুনা লৈমায়থক্তা তারে। তৌনরিবা থৌদোক অসি পংলাপ লাপ্তুনা গাড়ী তোংহুনা চৎলম্বা মৌপরানা উরহুনা থুনা গাড়ী থৌজিল্লকতুনা মচেগী মতেঙ পাংবদা মহাক্কী মমল য়াম্লবা আত্মা অহু কথোক্লগে লেপ্লহুনা গাড়ীদগী চোংথরক-তুনা লাম্বা পাবা হৌরক্লে। নুংশিরবা মৌপরাগী য়াৱা তাজবদা মচেগী শাম-পাঙ্গল খরা ওইজখি, অহুবু অরাবনি—শাগী শাজৎ চৎলবা মীনুংশি খঙত্রবশিং অহুনা ফিনুংদগী থাঙ পুথোকতুনা থোৎলবা মৌপরাগী লরাই তম্মা হাইথখ্রে, থাঙগী চৈনাখোল কংলহুনা মচেবু কৌরম্লগা মালেম পৃথিবী 'থক্তা হাইথখ্রে। মিপাই থীরবী মচেনা মৌপরাবু কনগে খন্দুনা ফ্রং ফ্রং চোংলম্বদগী হায়ক্কেৎ লৎপা মতমদা মখোয়না মাবু ফাহুনা জীপ্তা থাঙ্গৎতুনা ময়াদা ফিবুন নমহুনা লেঙবা য়াদনবা ফিনা পুনখ্রে। চরাম্নবা নোংশাগী মমাঙদা শজি অমোম্না মচা কনগে তৌজবদা মশাবু লাক্নুনা ফাবগুম লাইবক থীরবী মচেগী মফমদা থোকখ্রে। খাল্লা নুংশি হৈতবা মীনোক নৌক্লিম্লগা "খঙত্রদো! নচে কনবা ঙমত্রদো!" হায়হুনা চৈরম্লগা থুনা জীপ থৌখ্রে। হায়রিবা থৌদোক অসি মিনিট অহুম-মরিগী মনুংদা থোকখিবনি, কনা অমত্তা নংহৌদে। ময়াম নকশিল্লকপা মতমদদি গাড়ী থৌখিবনা হান্দুনা লৈমায়-থক্তা ওন্দুনা লৈরিবা মৌপরাবু লায়কম্নবা নত্তনা করিগুম্বা অমত্তা তৌবা ঙমখিদ্রে। মিনিট মঙারোম লৈরগা অশোকপা অহু মকম অহুদা লাক্লবা ম্যারয়োই হায়হুনা খরা অমনা অনাববু ডাক্তরদা

পুনবা হোৎনরে, খন্না অমনা থানাদা রিপোর্ট পীখ্রে অহুগা খন্না অমনা মমা-মপাগী মফমদা পাউ পীখ্রে। মপা তোমচৌ স্কুল ইন্সপেক্টরদি ময়ুমদা লৈতে, ওক্সিসতগী পাউ তাররুনা ডাক্তরদা অহুম চেল্লক্লে। মথরাইদগী হেন্না মমল তাঙলবা মচা অনিগী অঙকপা, অরাবা পাউ তাবদা মমাগী জ্ঞান মাঙখ্রে। "মাঙলে! মাঙলে!" হায়রল্লগা লৈমায়থক্তা রাম্বখ্রে। ঙাইহাক লায়কল্লরগা জ্ঞান তাররক্লবা মতমদা মচা অশোকপগী মনাক য়ৌনীংবনা লৈবা য়াররকত্রহুনা লৈকাইগী মচা-মনাও অমবু একাগাড়ীদা থিলহল্লে। ডাক্তর য়েৌরক্লবা মতমদা "ঈমাগী ঈবুংঙো! ঈমা লাক্লে অমুক্তা ঙাইরমখো!" হায়তুনা খোঞ্জেল রাংনা কপ্লক্লে। কপ্লগী খোঞ্জেল তাবদা লৈরম্লিবা মীশিংনা কপ্পা মখোল তারবদি অনাবা খুদোংথীবা হেনখিগনি হায়হুনা খামখ্রে। অরাবনি, নোংদম থীরবী মমানা মতৌ করম্না মচাগী মৈচাকশিং খাঙহুনা লৈবা ওমগনি। মচাগী মনাক্তা কাওবা মী চঙবা য়াখিয়োই হায়হুনা থিংখ্রে। আশা-লতাগী মমা-মপাস্থ তাঞ্জা অসিদা থুংলরে। মপা ইন্সপেক্টরনা মচাগী ক্ষিভম হাইফেৎ য়েংলল্লগা থানাদা থুনা রিপোর্ট অমা পীহৌবনা কৈ খন্দুনা থোরকপদা উনরহুনা আশালতাগী মপাগা লোয়নমা থানাদা চৎমিল্লখ্রে।

---

৬ শুবা পন্দুপ

# গুঙ্গাশিংবু ফাবা

হান্নবা থানাগী পোলিসনা মায়কৈ খুদিংদা চাইনা মখোয়গী খোঙ্গুন লীবা চৎপ্রবনি, মানা কন্না হায়জবদগী অমুকস্থু অনৌবা গ্রুপ অমা থান্নবা থিবা চৎপ্রে অদুগা মায়কৈ খুদিংদস্থু ফোন তৌখ্রে। পুংখাই অমা খরা হেন্না খেন্নখিবা মরমদগী থানানা খোঙ্গুন লীবা ঙমখিদ্রে। থানাদগী মাইল নিপাল লাপ্পা চীংয়া ওইরপ তৌবা মফম অমদা য়ুম নিফু-য়াংখৈমুক লৈ, মদুদা কত্রবশিং 'দুগী মরুপ অমা লৈ। য়ুম অদুদা নুপীগা নিপা অদুমগা খনয়গা জীপ অদু থুনা মখা পাংনা খৌথপ্রে। কয়াদা শিংথ্রবা ফত্তবশিংগী ফত্তবা লৌশিংনো, কনা অমত্তনা মখোয়না খনস্বা মীশিং অদু খঙহৌদ্রে। মফম অদুদগী মাইল মঙারোম চৎলগা সরকারগী থানা অমস্থু ফম্লি অদুগা মনাক্তুস্থু অচৌবা কৈথেল অমা লৈ। নুপী য়াওদ্রবনিনা লায়রে খন্দুনা থানা অদু লাম্থোক্লগা কৈথেলদা হোটেল অমদা অরাবা পোথারুসি খন্দুনা জীপ থোরক্লে। হান্না ফোনগী পাউ ফংলম্নবা থানাগী সিফাইশিংনা মখোয়বু খামদুনা কদাইদা করি তৌবা চৎলিবনো হায়দুনা হংপ্রে। লৌনম তৌবশিং অদুনা কৈথেল মনাক্তী খুল অদুদা মচে অমা লৈ, কুইনা চত্রে অমুক্তা য়োরুখিগে সাক্লিবনি হায়দুনা য়াম্না থাজবা মওংদা খুম্নদুনা অদুম থাদোরক্লে। মখোয়দি কৈথেলগী হোটেল অমদা চঙদুনা অচা-অথক লৈরগা নীংঙাইদনা ময়াল

করি অমত্তা লৈতবা শারহুনা চা-থক্কুনা অহুম লৈখোক্লে। মিনিট ১০ রোম লৈবগা মখোয়গী খোঙ্গুন লীরকপা থানাগী গাড়ী থুংলরে। মক্কম অহুগী থানাদা চঙহুনা অহুগুম্বা মীওইশিং থেংনত্রা হংলরে। লৈরম্বা সিফাইশিংনা গাড়ী নম্বরদি অস্নুক শুবা অমা পাখং মরি-মণ্ডা তোংহুনা হৌজিক্তা মচেগীদা চৎকনি হায়হুনা চৎখি, নুপী য়াওদবনিনা মখোয়বু ফাহৌদ্রে হায়খি। লাক্লিবশিং অহুস্থু নুপী পুখিবা গাড়ী নম্বরদি রিপোর্ট তৌরকপদা তাক্লক্কবনিনা খণ্ডদে হায়খি, অহুবু চিংনরক্কুনা মক্কম অহুগী সিফাই অমগা লোয়নননা জীপকী খোঙ্গুন লীরক্লে। ইরাপ লাপ্তবা হোটেলদা থাহুনা লৈরম্বা অহুদা থানাশিং অহু চোংথরক্লে। মরাল লৈরবনিনা মখোয় মণ্ডা খংপ্রেক খংহুনা তল চারম্বদগী ফুক ফুক হৌগৎতুনা লৈবা উবদা পোলিসশিংনা মখোয় মণ্ডাবু কোয়শিনগ্রে। মখোয়গী মতৌ উবদা শোয়দনা ময়াম অহুগী মনুংদা য়াওবা মী ওইরম্লগনি খন্দুনা পোলিস ইন্সপেক্টরনা হংলকই, "নুপীগা মখোয় খরগদি কদাইদা থৈরম্নে। নখোয়বু মশক মুম্লা খণ্ডহুনা খোঙ্গুন লীরক্লবনি, থুনা মখোয়বু তাকউ, অহু ওইরবদি নখোয় মণ্ডাগী নরাল ঙাকপীগনি।" অমনা খুম্লকই, "করিনো, হায়রিবা রা অদো কা হেনমনগ্রে। করিনো ? কনাগী নুপীনো বাবুমা হায়রিবা অদো ? ঙাঙবা য়াই হায়হুনা পঙত্তাক তাকপীগনুকো।" "ঐনা হায়রিবদি নখোয়না ফাখিবা নুপীমচা অহুবুনি। হৌজিকমক নুমিৎ তাদ্রিঙৈ অসিদা ঐখোয়দা পীখোক্লবদি নখোয় মণ্ডাবু কনগনি, অতৈ অহুস্থু জরি খরা তৌবগা

তোক্কনি, অহু নত্রবদি দণ্ডি য়াম্না চাউবা তারে, থুনা তাকউ।"
"লোকনীংবা রানি, বাবুনা অস্সুম তৌরগা কিবা মীতা নস্তে। অচুম্বা মীতবু কিবনি, শেরান-তুরান ভাঙবা বাবুবু ঐখোয়না করিস্থ ওইনা উদে। ঐখোয়দি চুম্না থবক অমা চৎলুগে লাকপনি।"



ফত্তবা তৌরুবগী ফত্তবা কল ফৎজরি।

"করি থবক্কো? কদাইদা চৎলিবনো অহুদি?" "মথা 'ম্বাইদা ঐখোয়গী মরূপ অমা লৈ। অমুক্তা উনগে চৎলিবনি।" "করে

অহুদি, ঐখোয়গা চৎলসি লাকও।" ৱাহৈ অসি হেক হায়বগা ইন্সপেক্টরগী ইঙ্গিৎ মতূং ইন্না মখোয় মঙাগী মশা চেক তৌবা হৌরক্লে। মখোয়গী মশা অদু কিবনা মিহুল চেঙ্গুম-চেঙ্গানরক্লে। মশাদদি খুৎলাই করি অমত্তা ফংদে, অদুগা জীপ মনুংদা ড্রাইভর সিতকী মখাদা থনম্বা শীংজংমচা অমগা ছুরি অমগা থেংনরে। থাঙ অদুগী মশা অদু ঈ ঙাক্তা তৈরম্লে। মদু হেক থেংনবদা থানাগী মীশিংনা মখোয়বু খুজেং পায়দুনা ফারে। মীনা পূমকোয় কোয়শিনবনা চেনবস্থু নংহৌদ্রে। থুনমক মখুৎ থৌবীনা পুন্দুনা ফূবা হৌরক্লে। হৌজিকমক নুপী তাকউ, অতৈগী লৈক্ষম তাকউ হায়দুনা শল-ইরোই ফূবগুম য়ৈবা হৌবক্লে। য়েংলিবা মীয়াম্বসু হাৎলো হাৎলো, ফূরো ফূরো ঙাক্তা লাউশিলক্লে। নুপী য়াওদ্র-বনিনা মখোয়বু খঙবা ঙম্নরোই খল্লম্বা অদু, পোলিসকী হৈ-শিংবা ৱায়েম্না নমদুনা ফারে অমসুং মশা পোপতুনা লেঙবা ঙম্নকত্রবা মতমদদি নুপীগী লৈক্ষম তাক্লগে, ঐখোয়বু অমুক ফূরনু হায়রক্লে। লিন্না মখুল চঙলমদাইদা চুম্বগুম মরালগী মতিক চাবা চৈরাক ফংলবদা মখোয়গী অশেংবা তাক্লে। মখোয়বু থানাগী গাড়ীদা পুন্দুনা পুরগা মখোয়গী জীপ্পা থানা পোলিসনা থৌদুনা থুনমক নুপী-লৈক্ষম তাম্না লাক্লে।

অসোমদনা করম তৌরি—য়ুম 'দুদা হেক থনম্বদগী মখোয় অহুম চঙদুনা মখুত্তা থাঙ পায়দুনা অকিবা ৱাঙাঙ ঙাঙদুনা ঈবেমহলগী পুক্লিং ওম্নবা হোৎনরি। মখল মখা অয়াম্বা পাম্বৈ হোৎনবদা কাম্নদ্রে। মথরাইদগী হেন্না মমল য়াম্নবা নুংশিরবা

মৌপরানা ওইহৌরিবা মওং 'হু মমাঙদা লৈবগুম উরবী ঈবেমহলগী লৈদগী হেন্না থোৎলবী থম্মোই অমু নুংদগী হেন্না কনখ্রে। নোংশাগী খায়াত্তা ত্মরবী শজী অমোম্না শোয়দনা শিরগনি খন্দুনা শিগদৌরবী মথরাই অমু কনবা ঙমদ্রবদা শোল্লবী মপাঙ্গল পুথোক্কু না অকিবা শকফম পীদুনা নোংশাবু ঙাইহাক নংহনবগুম্না হায়রকই, "শাগী শাজৎ চৎলবা, শাদগী হেন্না তাল্লবা নখোয়গী রাখল অদুনা নত্তবা লমচৎ চত্তুনা নরৈ হু খত্তুনা পাপকী রাঙাও ঙাঙলগা ঐনা শিবা কিগদৌবা নত্তে। নুপীগী মপোক মাঙলবী ওইগদৌরবী ঐনা নখোয়গী সেবা তৌদুনা লৈগদৌগী শরুক্তি ঐবু হাৎলো নত্রগা থাঙ অমু পীয়ু, ঐ ইথন্তা নমাঙদা শিবীগে।" "ঐখোয় 'পুম্বগী সেবা তৌগদবা নত্তে। মালেমদা শাৎপী লৈরাং লক্তুগী মমল য়াম্নবী লৈরাং নংবু, ঈখুৎনা ফংনা হেক্তুনা কালা সাহেব ঐগী নাপদা চিনগে তৌবনি। মত্তুদা পেন্দ্রদুনা হেকপা রাদনবা লৈরাং চারা য়াওনা ফুক্কুনা হূদুনা পুরকপনি। হৌজিক হায়য়ু, নংগী পুকচেল অদুনা অদুম লেপ্তুনা লৈরবদি নংবু ঈখুৎমক্তা হাৎলম্লগা ঐস্নু নগুংলাংগীদমক্তা থরাই থাগনি, নংবুদদি থনম্লরোই। ঐনা...... ।" অসিনচিংবা মখল মখা অয়াম্বা রাঙাও ঙাঙদুনা হোৎনবদা ময়ারকত্রবদা জ্ঞান মাঙনরক্লে। য়ুম্বু নিপা অদুদি কনাগুম্বা মী-পোং লাকপ্রা য়েংলু হায়দুনা শোরোক্তা ফমদুনা লৈ অদুগা নুপী অদুদি মচা পোত্নুনা মাঙ্গোন্দা লৈবদা তাবা ঙম্নকত্রদুনা মপুরোইবগী মনাক্তা লাক্লগা হায়রকই, "করম্লো, শোয়দনা, মাঙবা তারে।

নুপীমচা অসি মশানা য়াবস্থু নত্তে, করিগুম্বা শিখি-নাখিবা থোক্লবদি করম তৌবা অতুগা ঐখোয়না মখোয়গীদমক করি অৱাবা নংবা। ঐদি খনবদা য়াম্না ৱারে, করম তৌরগা মখোয়বু মকম অসিদগী চৎহনখিবা য়াগদগে অমুক্তা খনবীয়ু।”

অস্থুম্না খন্নরিঙৈদা মকম অহুদা থানা থুংলরে। গাড়ীগা পোলিসকা ময়াম উবদা মখোয়'নি চেনগে তৌবদা চেনখিগন্নু হায়দুনা লাউরকপদগী থক-থক নিক্তুনা অহুম লৈগ্রে। মখোয়দি করিস্থু খঙজবা নত্তে, মখোয়না হেক্তা পুরক্লিবনি হায়দুনা খুল্লে। থুনমক ময়াম হোৎচিনখিদুনা য়ুম অহু কোয়শিগ্রে অমস্থুং খোঙ থীন্দুনা হাংদোকউ হাযবক্লে। মীগী মখোল তাবদা মখোয অহুম অহু খংদুনা চপ লেপগ্রে, তাঙ্গা অহুদা ঈবেমহলনা থোঙ হাংদোক্লগা চেপ্থোরক্লে। হোৎচিন্দুনা নমদুনা ক্বারগা য়ুম্বু য়াওনা মখোয় লোইনা থানা তাম্না পূখ্রে। থানা বাবুশিংগী হৈশিংবা অমস্থুং মথৌ নীংথিনা পাঙথোক্তুনা নুপীমচা অমগী মাঙগদোবা মপুন্সি কনবীবগীদমক মীয়াম্না মখোয়বু থাগৎনখি। থানাদা থুংলবা মতমদা মখোয়পুম্বা লোক্কপ্তা থমগ্রে অহুগা ঈবেমহলবুদি অশোয়-অঙাম পাস তৌরুনবা ডাক্তবদা পুখ্রে। হায়রিবা মতম'সি নুমিদাং ৱাইরম থান তৌবা মতম্নি। মৌপৱাস্থু ডাক্তবনা নীংথিনা লায়কম্নবদগী জ্ঞান তারকপা মতমদা মচেগা উনজবদা হরাওজখি। মৌপৱাগী মতৌ উরদা মচেগী মমিস্তুগী পিগী ঈবা শীস্থরকতুনা হিক্লা হিক্লা কপ্পা হৌরক্লে। কপ্পা ক্বত্তে খাম্নদগী অৱাবা নুংঙাইতবা, 'পুম্বা খাঙদুনা লৈজরবী মচেবু লাক্লিবা থানা বাবুগী হুকুম মতুং

ইন্না ডাক্তর পাস তৌনবা পুশিনখ্রে। পূংখাই অমুক লৈরগা অশোক-অপন করি অমত্তা লৈতে, মমা-মপানা থানাদা লাক্তুনা লৌবিরো হায়রন্নগা অমুক থানাদা পুখি। মপা তোমচৌ ইন্সপেক্টরনা মাধবকা লোয়ননা চৎতুনা মচাবু লৌথোক্তুনা ময়ুমদা পুরক্লগা মাধবতা, মচাশিং 'পূম্বা শিন্নরন্নগা শোক্লিবা মচাগীদমক অহিং লেন্নবা ডাক্তরদা অমুক চৎখি। খ্বাই'পূম্বা অশোয়-অঙাম লৈতনা ঈবেমহলবু ক্ষংবদা হৌরাওনখি। মাধবনা মচানুপী আশালতাগা লোয়ননা ঈবেমহলগী ময়ুমদা লেক্লবা মমলি মমলিবা মতমদা লাক্লে।

আশালতানা চান্নরবী মতাগী শোয়দ-ঙামদবা অহুদা পেল্লহনা অথুম-অহাও লৈরগা ঈশ্বরগী চরন্দা কচ্চরক্লে অমস্তুং মানা নীংলিবা র‍াখলগী লমজীংবা অমস্তুং হিনাও শাবা ওইবিয়ু হায়হনা ঈশ্বরগী মফমদা প্রার্থনা তৌরক্লে।

---

৭ শুবা পন্দুপ

# আশালতাগী পুক্লিং হোংবা

নুমিদাং পূং নিপাল তাবা মতম ওইশিল্লকলে, ঈবেমহলগা মখোয় অনি ন্নারী ন্নাখোঙপূম্বা লীনহনা কপ্পরুরগা চঙলক্তুনা ফক থারগা মপা মাধবকী মম্নাঙদা ফমহনা হায়রকই, "ঙসি খোক্লিবা ঈতা ঈবেমহলগী থৌখোক অসি খল্লুবদা ঐখোয়

লাইরিক অমুক তমজনীংদ্রে। ঐখোয়গী আশাপুর লৈবাক্তা অসিগুম্বা থৌদোক অসি কয়া থোকখ্রে, অহুবু—ঐখোয় ঈশাদা থোক্কবনিনা অস্থুপ যাম্না রাশিল্লুদে। লিন্না চিক্লবা মীদনা লিনগী মহু খঙই হাযবা অহু অচুম্বনি, হৌজিক্তি ঐখোয়গী ঈকমদা থোক্লবনিনা অরাবা চপ চানা খঙজবে। অসিগুম্বা নহারোল হৌরক্লিবা আশাপুব লৈবাক অসিগী তুংগী যুম্বী ওইবগদৌরিবশিং অসিগী তমথীববা লমচৎ-শাজৎশিং অসি মুথত্রিবা মখৈ দেশ অসি চাওথৎকদবা লৈত্রে, নোংমা নোংমগী লৈখা তাবক্লগনি। তমথীরবা শাজৎশিং অসি মুথৎনবা হোৎনবদা ঐগী থরাক্ত অসি কৎথোক্লগে নীংখ্রে। কবি কান্নগনি লাইবিক কন্না পাহুনা মীকোক থোংনবা হোৎনরুবগী। ওসিদগী হৌনা রাখল অসি থাদোকচরগে, মতম চাবিঙৈ 'সিদা জাতি অসিবু কন্নবা হোৎনজহৌবগে, ঈপাগী য়াথং পীনবিবো। লাইরিক তম্বা পূমতোক তোকচগে হাযবা নত্তে, মতম 'পূম্বদা ফার্ষ্ট ডিভিসন্দা পাস তৌনবা হোৎনজগে। থবক 'সিদা মঙ্গল ওই দ্রবা ফাওবা পাঙথোক্লবা হোৎনবদা মতম খবদং কাইজগে।" রাহৈশিং অসি হায়দুনা মপাগী মফমদা খুরুমজবক্লে।

মাধবনা মচাগী নুংশিরবী রাহৈশিং অসি তাবদা মিত্তগী পি তাখিবা খঙহৌদে। মচাবু চিংনা যেংলম্বদগী মালেম লৈদা লুক্তুনা রাখলগী লংজিন পুক্লিবা অহু করম্না থোকসিগে খল্লক্লে। মিনিট মঙারোম রা অমত্তা ডাঙদনা লৈরক্লবা মতমদা অমুক হন্না হায়রকই, "থরক অসি পাঙথোক্লবা হোৎনবদা ঈতাগা

ঐগা থৌদাং চপ মান্নবা পুম্নিন্নসি। ঈপরাশিং অমদি পাবুং তোমচৌস্থ থৌদাং লৌবীনবা হায়জগনি। ঐখোয় ময়াম চঙহনা হায়জগনি; আশাপুরগী প্রজাশিং অমম্লুং অঙম্বশিংনা চপ মান্নব-বদি ঈরাই লাইবা থবক্নি। ঈপাংগী য়াথং পীবিরে,। অমুক পম্থবা তৌবীরগনু।" পিক্লবী মচাগী মেংলবী য়ান্না তাবদা মপানা পেঙ্গবা পোকপগা লোয়ননা ঙকপস্থ থেংগ্রে অমম্লুং হায়রকই,



**গুণ্ডাশিংগী তমথীরবা শাজৎনা মথোক কারকপীশিংবু রাহল্লি। থল্লু থল্লুরগা থোইনা থোরশাউই।**

"নুপী মচা, নংগী রাহৈশিং 'সি তাবদা ঈপা পেল্লে। চুম্মি, লাই-রিক্তা মকোক শাক্তা ওইবনস্থ হকচাংবু কত্রবা, সমাজনবু লৈখা তান্নবদি কান্নদে হায়ব 'সি গোভর্ণমেন্টকী কোয়[illegible]তুনা উৎলিবা

ফিল্ম-শোশিং অসিদগী ঈপানা খঙবা কুইরবনি। করে, নংনা হায়রিবশিং অহুনবু ঙমগনি হায়রবদি মকোক ওইবদি অমুক ঈপানা মিহৌজ্রে, .........।" অসিনচিংবা ৱাহৈ কয়ামরুম পুং অনিরোম চুপ্পা ঙাঙনৱগা চাক চাহুনা পুং ১১ রোম তাবা মতমদা অঙাংশিং অতৈদি তুম্লগ্রে। মাধবতি হূরানবা মতুংদা মৈরিংবঙুম কনাগুম্বা হূরান-চীন্থী লাকপস্থু খঙদে খন্দুনা অহিং অহু তুমদনা য়ুম শঙ্গদৌরিবনি। আশালতানা হয়েংদগী হৌনা তৌগদৌবা থবক্কী থৌরম 'পূম্বা মতা ঈবেমহলগা তানহুনা চেদা ইহুনা লৈরি। মাম্ববস্থু মখোয়না তৌরিবা অহু য়েংহুনা চৌকি অমদা ফমহুনা লৈরি। অস্থুম্না খন্নরগা মখাগী ৱারমশিং অসিগা চপ মান্নবা কোপি মরাম লৌবা হৌরক্লে।

## হায়জবা

মে থাগী তারিখ ৭ শগোলশেল নুমিত্তা স্কুল কারকপঙ্গা নোংখোম্বম ঈবেমহল কৌবী ছাত্রী অমবু ফাহুনা জীপ্তা পুখিবা অহুগা মৌপরা চাউখোইবু থাঙনা য়ালম্বা মীশিং অহু কেশ লোইহ্রিবা কাওবা জামিন্দা থাবীগনু, মতিক চাবা বিচার তৌবিয়ু। অসিগুম্বা থৌখোক কয়া তোয়না থোক্কনা হৌরক্লিবী নুপী-মচাশিংগী পুন্সি মাঙনবা শীনবীহুনা জাতিগী লৈখা তানবা হোৎনরিবা লমচৎশিং অসি কোক্লবা হোৎনরসি। ছাত্র অমদি নহারোলশিংনা মহৈ তমনীংঙ্গ্রিবা, য়ু থকপা, ময়াইকাবা পোৎ চাবা পাম্লিবা, জ্বার শাম্নরিবা, খৎন-চৈনবা, হাৎন-থিম্নবা তত্তনা থোক্লি-বশিং অসি দেশকী মপী-মপা ওইরগদৌরিবা নহারোলশিংগী

অমাঙবনি। মতম চারিডৈ 'সিদা অসিগুম্বা ফত্তবা মরমশিং অসি খিংনবা হোৎনহৌরসি। ফত্তবশিং অসিবু মুৎথৎসি হায়রবদি ঐখোয়গী ঈরৈবাক্কী ছাত্র-ছাত্রীশিং, রাজনীতিদলশিং, অহল-লম্মন অভিভাবকশিং, বার এসোসিয়েসন, লৈবাক্কী শাসন পুবীরিবা অঙম্বশিং অমস্তুং থোইদোক হেন্দোক্না মহিলা সমাজগী ঈমা ঈবেল-শিংগী থৌদাংনি। ময়াম তিংবীয়ু, তোল্লবী ঐখোয়বু কনবীয়ু, জাতিবু হিংহনবীয়ু অমস্তুং চাওখৎপদা লমজীংবীয়ু।

হায়জবিবী ঃ—

**শ্রীআশালতা দেবী, ক্লাস IX,**

কামিনি গারলস হায় স্কুল

কোপি ময়াম শিন্দোকপা লোইবদা নোংয়াই মতুং পুং অহুম তারক্লহুনা তুমলসি হায়হুনা ঈবেমহলগা তুম্বা চঙখ্রে। মথল্লাই নুংঙাইমনখিদ্রবহুনা হিপ্পী হান্নবহু মঙাই মমিৎ উইশিনবা য়ানখিদ্রে, তুম্বোই তুমদবোই নোং অহুম ঙাল্লে।

## পাউ শন্দোকপা

নোং হেক ঙানবগা ঈমুংগী থবক তৌথোক্লুনা মশা ঈরু-জথোক্লগা মতা ঈবেমহলস্তু মাগী পাউতাক্লা কনখিবনা চত্তবা য়াদহুনা একাগাড়ী অমমম তোংহুনা ময়ুমদা লাকমিন্নরগা মৌপল্লা আশাকুমারগা মখোয় অহুম ময়ুমদগী খোঙ শান্দোরক্লে। অহানবদা মহিলা সমাজগী সেক্রেটরীগী মফমদা চৎসি লেপ্পহুনা পাক্লে। সেক্রেটরিগী মফমদা ল্লারমশিং অসি তমজ্জরুবদা হরাওনা

য়াবীক্কু রনা মখোয়না ৱানা থিল্লুগদৌরিবা চেশিং অহু য়ৌনবা মকম খুদিং থিনবীরুগে, নখোয় ৱারুরগনু, নয়ুমদা হঞ্জরো হায়দুনা তাকপীরে। পুকচেল চাউরবী সেংগী পুক্লিং থৌগৎপা চানবীবা ৱাহৈশিং অসি তাবদা মখোয়না নীংজরিবা আশা থুংবা ওন্নগনি হায়না থাজগ্রে অহুগা চথগদৌরিবা থবক্কী মরমদসু তানজরে অমসুং মমল য়াম্লবা পাউতাক কয়াসু তাকপীরক্লে। মখোয়না হনগ্রবদা হৈশিংলবী সেক্রেটরিনা মাগা খুংলোইবী মমাল্লবী অমগা লোয়নননা গাড়ী অমমম তোংদুনা চেশিং অহুগী কোপ্পী অমমম রাজনীতিদল খুদিং, বার এসোসিয়েসন অমসুং থবর নক্ষম খুদিংদা পীদুনা করম তৌরগা দেশপু উদ্ধার তৌগদগে তাম্নবীয়ু হায়দুনা পীগ্রে। অহল থিদে, অঙাং থিদে, অচুম্বা অক্ষবদি হন্দোকপা য়াদবনিনা থাগৎপগা লোয়নননা হুরাও হুরাও লৌবীহৌই।

স্কুল মতম ওইরক্লবদা ঈবেমহলগা আশালতাগা থয়া ওন্নপ স্কুল কারক্কু না মমাল্লবী ছাত্রীশিংগা থৌরম 'পূম্বা তানররে। গুওাশিংগী মখুত্তগী নাম্থোরক্কু না মখোয়গী মরক্তা অমুক হন্না ছাত্রী ওইররবী মাগী ক্ননবা থবক্তা ছাত্রীশিং 'পূম্বা চপচানা থৌদাং লৌগনি অহুগা আশালতাগী লমজিংদা ময়ামপূম্বা অহনবা লৈতনা ইনগনি য়ানরদুনা ওঝাশিংগী মকমদা হায়জদুনা ওঝা-ছাত্রীশিংগী অপূনবা মিটিং অমা রোল কোল হেক লোইবগা স্কুলদা তৌরে। তৌগদৌরিবা থৌরমশিং অসিগী লমজিং মখোয়গী স্কুলনা ওইগনি অমসুং থবক অসিগী পাঙথোক্লবা হোৎনবদা আশালতানা সেক্রে-

টরি ওইগনি হায়না লেপ্লরে। অনৌবা রিজোলুসন কয়ামরুমশু য়ারেপ তানহনা তাং ১০।৫।৫০ ইং নোংমাইজিং নুমিত্তা কামিনি গারল হাই স্কুলগী কম্পাউণ্ডা মীহুৎ তম্না তরা লাক্লুনা অমুক পূং ১০ তাবদগী হৌনা অফ-কত্ত খল্লবীরনবা কৌজরি হায়হনা চে চাইখ্রে অমসুং খবর খুদিংদসু ফোঙহনখ্রে অহুগা অঙম্বশিংদসু বার্ত্তন তৌখ্রে। ঈবেমহলগী মপা তোমচৌ বাবুনসু নুমিৎ হুম্নি অসিগী মাইক্কা জীপকা অহুগা খরচ ওইনবা লুপা চামগা স্কুলগী সেংগী মফমদা দান তৌরক্লে। মাইক্তা লাউগদৌবা মরোলশিং অহু চেদা ইথোক্লগা ছাত্রী তরেৎ-নিপাম্না মাইক্তা লংউথোক্লুনা সহর অমসুং অরাপ্পা মফম খুদিং পূমনিল নিল্লহনখ্রে। মতৌ অম্মুন্না মহিলা সমাজগী নুপীশিংনসু চপ মান্নবা লাওথোক-লাখি। অকবা মচা ওইহনবদা মপাবুদি মমানা হেন্না লুই অমসুং অকনবা থৌদাং লৌই হায়বা অহু মুন্না খঙলবী মহিলা সমাজগী নুপীশিংনা চপ চাবা থৌদাং উৎলগে খনবীখ্রে। অসিগুম্বা লৈবাক্তা পোকচরিবা মচাশিং মরাইবক কবনি।

মফম খুদিংগী করম্বা মীহুৎ খাগৎসিগে অমসুং করম্বা হায়ম পুথোকপিগে হায়না অহিং-মুংথিল খল্লখ্রে। ঈমাংশিং অসি উবফা মতুবা নহারোল অমদি ছাত্রশিং, থোইদোক্না নুপী চিংলুবা কাওবুশিং অহু কিব্বনা লিকখ্রে। মরাল লৈবাশিংগীদি অসুম্না তৌবসি হৌদা শানি মথোয়দা নক্তে।

৮ শুবা পান্দুপ

# অপুনবা মীতিন

ঙসি মেগী তারিখ ১০ নোংমাইজিং নুমিৎনি, অয়ুক পুং ৮ তাবদগী চাকঙন চাহুনা ছাত্রী 'পুষ্পা স্কুলদা তিল্লরে অমসুং মখোয় মখোয়না তৌগদৌরিবা থৌদাংপুম্বা লোইনা শীন্নখ্রে। খরা অমনা গেস্তা "লেঙশিনবীরকউ, অপুনবা ময়ামগী মিটিং" হায়না থাবা মরোল থেৎখ্রে, খরনা ডম্বুর মচা অমা খল্লগা উপু মখুল হুৎপা অমা থমহুনা থৌরাং তৌরি, খরনা বেঞ্চ থাহুনা লৈতবা ওক্কবনা অতোপ্পা স্কুলদগী হন্না গাড়ীদা লৌরুপ্লগা থাবা লাক্লরি, খরা অমনা মিটিংদা ঙাঙগদৌবা ৱারোল তানরি অমসুং খরনা ঈশৈ ঔরাইরি। মতৌ অম্মুম্না অঙাং ওইরিবী নুপীমচাশিংগী হোৎনরিবা থৌরমশিং অহু য়েংবদা অঙকপগী মশক্কি। কনা অমত্তনা মখোয়বু থৌদানবা লৈতে, শীন্নখিবা থৌবমশিং অহু নীংথিনা পাঙথোকনবা হোৎনরি। পুং ৮ তাকশিল্লক্কুনা মীয়াম তিনবা হৌরক্লে। স্কুলগী থোঙ্গাল লানশিন্দুনা চঙখিবদা ফাল পরেং থাহুনা থেৎলিবা পোষ্টরগী মরোল মতুং ইন্না স্কুল খুদিংগী ছাত্রশিংগী মীহুৎনা ছাত্রশিংগী মকমদা, ছাত্রীশিংনা ছাত্রীশিংগী মকমদা, লৈকাই খুদিংগী মীহুৎনা অভিভাবকশী মকমদা, ওঝাশিং, অঙম-অথৌশিং অমসুং মহিলা সমাজগী নুপীশিংনা মাগী মাগী সিত্তা অহুগা ৱাজনীতিশিংগী মীহুৎনা পুন্না পরেং অমদা কম্লখ্রে। চন্নদবা মীশিংনা কোম্পাউণ্ড ৱাংমদা মী লিশিং লিশিং তিনখ্রে। মহিক্লা মনুংমপান পুম্বা খেত্তুনা মীয়াম তানবা হোৎনখ্রে। হৌজিক পুং

মাপল তারক্লহুনা সেক্রেটরিনা মীয়াম মমাঙদা টেবল মনাক্তা চঙলক্তু্না মহিলা সমাজগী প্রেসিডেন্টপু চেয়ারমেনগী সিট লৌবীনবা অহুগা সেক্রেটরিনা তেঙবাংবী সেঃ ওইবীনবা হায়-জবদা ময়াম্না য়ারহুনা অনিমক চঙলক্লে। চেয়ারমেনগী ওইবদা আশালতা অমস্থং তেঙবাংবী এঃ সেঃ কমথ্রে। ছাত্রী অহুম চঙলক্তু্না ঙক্তা লৈ পরেং হুকথ্রে, থুনমক যান্ত্রকারশিংগী নীংথিবা বিনাগী সুরগা লোয়ননা মখোন করবী ছাত্রী অমনা শৈহৌ ঈশৈ শক্লক্লে।

## শৈহৌ ঈশৈ

য়াকাইহনবীরো ঈমা, জাতি পোকপী পলেম
য়াকাইহনবীরো ঈমা।
অয়ুক য়েন্দা ঙনবদগী হৌদোকচরি নমোমশিংনা
পলেম-পস্থৌ, ঈচীল-ঈনাও, ঈচেশিংবু
য়াকাইহনবীরো ঈমা; জাতি পোকপী পলেম
য়াকাইহনবীরো ঈমা।
মিকপ থোকহনবীরো লৌশিং তাকপীরো
কলহৌরসি ময়াম চঙহুনা ঈজাতি মাঙবা তারে,
য়াকাইহনবীরো ঈমা, জাতি পোকপী পলেম
মিকপ থোকচরগে ঈমা।
খুদাং পিক্কম তৈহুনা, হিক্লা কোলোয় শক্তু্না
মালেম থক্তা ওম্না কৌজরি নমোমশিংনা।

পূল্লিবা ৱাখনগী লংজিনসে থোকপীয়ু,
শাম-পাঙ্গল লৈজদে নমোমশিংগী।
য়াকাইহনবীবো ঈমা, জাতি মাঙবা তাবে
য়াহৌবসি ঐখোয়।
লাইব-খাংপোক হুমথ্রগনি, তমথীরবা নুংশিৎনা
লৈফম লৈববোই কোয়না ভিক্ষা চৎলনি,
য়াকাইহনবীবো পলেম, কঞ্জহৌগে ময়াম চঙনা
য়াকাইহনবীবো ঈমা।

সেক্রেটরি ঃ—

ঙসি আশাপুবগী ঈপা-ঈপল, ঈমা-ঈবেল, ঈবুং-ঈপৌরা পূম্বনা ছাত্রী ঐখোয়বু নুংশিবীহুন। অবাপ্পা অনকপা মফম'পূম্বদগী লেঙবী-বক্তুনা তিনবীববা অসি ছাত্রী ঐখোয়না থাগচ্চদবা ঙমজদে অমম্পুং লমন তোল্লবনি। ঐখোয়না ময়াম্বু কৌজবদি অতৈ থোক্ইদোকপা মবমগী নচ্চদে ঃ— (১) তাং ৭। ৫। ৫০ ইং দা ঐগা লোয়ননা স্কুল কাবকপদা ঈবেমহল কৌবী ছাত্রী ক্লাস IX (নাইন) দা তাম্লবী অমবু ওক্তবা পাখং খবনা ফাহুনা পুখিবদগী থানাগী বাবু ঈবুং ঈপুৱাশিংনা নুমিৎ অহুগা থান তৌবা মতমদা নুপীগা লোয়ননা মখোয়'পূম্বা ফাবক্তুনা লোক্কপ্তা লৈরি। মৌপরা চাউথোইনা মচেবু কনগে হোৎনবদা মীনুংশি খঙদ্রবশিং অহুনা থাঙনা য়ান্দুনা য়াম্না থীনা শোক্তুনা হৌজিক ডাক্তবদা লায়কম্নবি। অসিগুম্বা থোথোক অসি তত্তনা থোক্তুনা নৌনা খোঙদাজবক্লিবী নুপীশিংবু লমখাদা মাঙহনবীনবা শীনবীরিবসি জাতিগী অমাঙবনি, তৌবীগনু, মতুংদা

থোক্তনবা মরমস্থ থিবীনু, (২) নহারোলশিংনা মহৈদা পুক্লিং চঙদহুনা নেশা চাবা, খংনচৈনবা, ওক্তবা লমচৎ চৎপা, হাংনথিন্নবনচিংবা তৌরকপসি নোংমা নোংমগী হেঞ্জিল্লক্কুনা জাতি অসিগী লৈখা তানবা মরম ওইশিল্লক্লিবা অসি থুনা ময়াম চঙহুনা থিংবীয়ু।



মরৈবাক অমস্তুং জাতিবু কন্নবা মীয়াম মিটিং তৌরি।

মতু শোনবা, লায়রবা মী, নুপী-অঙাংশিংনা সমাজ অসিদা হিংবদা য়াম্না ন্নারে। দেশকী ভাগ্যবিধাতা ওইরগদৌরিবা নহারোলশিংগী অসিগুম্বা ফত্তবা শাজৎ অসি ওইরক্লিবগী মরম অমস্তুং মাদু কোক্লবা পাম্বৈশিং পুথোকপীয়ু।

ভারতকী জয়, জয় হিন্দ।

প্রেসিডেন্ট ঃ— ঙসি তিনবীরিবা মীশিং অসি যামখ্রে অমস্তুং পার্টি 'পুম্বস্তু য়াওবীবে অদুগা লৈবাক্কী অঙম-অথৌশিংস্তু অযাম্বনা লেঙবীরক্নে। কনাগুম্বা কনাগুম্বী অমনা রা ভাঙবীবদা পোইন্ট টু পোইন্ট-তা ফনবা মবম পুথোরবা হোৎনবদা য়েৎনবীবদি ফৈ, ভাঙলিবা মী অদুবু হুন্দুনা ঐখোয মশেল কায়ননবা হোৎনবীবক্লবদি হাউস অসিগী মপান্দা তাম্থোকচগনি, ময়াম রাবৌবীবা য়াদে। ইউনিতি কো-ওপবেসনগা লোয়ননা ঐখোযনা প্রে।ব্লেম অসি সোলভ তৌনবা হোৎনবীয়ু।

সেক্রেটবি ঃ— ভাঙবীগদৌবা মীশিংগী মমিং অমুক কৌজ-বক্লোই, অমা লোইবগা অমা লেঙশিনবীবক্কু না ভাঙবীয়ু। রান বাই রান ওইনা যাবিবা মখৈ বিজোল্সন তাশিলহৌনবা হোৎন-জগনি। অহানবদা ওক্তবা ছাত্রশিংগী মবম অমস্তুং মদু কোক্লবা পাম্বৈ খন্নবীয়ু হাযজবি।

অভিভাবক ঃ— Honourable President, Gentle-men, Ladies & Students. ছাত্র ছাত্রীশিংনা মহৈ তম্বদা থরাই য়াওদবা, নত্তবা লমচত্তা হৈনবা, ওঝা-গুরু মশক খঙজিল্লক্তবা অসিদি অতৈনা নত্তে, স্কুলগী ওঝাশিংনা মদুগী মরু ওইবনি হাযবা য়াই। মমাঙৈদা বৃটিশনা পাল্লিভৈদা ওঝাশিংনা চৈবাক য়াম্না কল্লম্মী। পাবা ফাদবশিংবু চৈনা ফূহুনা রারকপনিনা চৈ কিবদগী পারা ফাদনা স্কুল কাদে। ওঝাবু য়াম্না কিনা হোৎনবম্মী, মিৎয়েং খজিক্তং বল্লকপদা কিবনা তু খ্যাও চুংই। ওঝাগী গুম্না কনখিবনা ওঝাদা হায়গে খল্লম্বা ফাওবা কবিগুম্বদা কাউহুনা নত্রগা ঙমহৌ-

দহুনা তোকপা কোঙ্গাই য়াওই। হৌজিক্তি কদাই, ওঝানা ছাত্রশিংদা ব্যবহাব তৌনরক্লে। কনাগুম্বা ছাত্র অমত্তনা লম্বীদা ওঝাগা ওক্লবদা খুকবা য়াওশিল্লক্তে, লেংহুম থেঙ্গাইবগা চৎনরক্লে। মহুগী মতী তমহুনা যুমদম্থ ঐখোয়না ভাওবা-শকপা অমত্তা ইনবীদ্রে। মমাঙতৈঙ্গুম্না কম্না ব্লাবকপীযু, কিনবা চৈনা ফুবীয়্। মখোঙ মখুৎপু তেক্তবদি ঐদি কবি অমত্তা শাউজবোই হায়র্জাববনি।

জয়-হিন্দ।

ওঝা :— Honourable President, Gentlemen, Ladies & Students. ভদ্রলোক্না তাকপীখিবশিং অহু অচুম্বমরি, হৌজিক ওঝানা ছাত্রশিংবু বিববনি। ছত্রদা নত্তনা ঐখোয় ওঝাশিংদি অহল লম্মন, ঈচেম-ঈনেম অমস্থং বাজনীতি দল 'পূম্ববুম্থ য়াম্না কিজৈ। ডিমোক্রেসগী মতমনিনা কনানা কবি ঙাওলক্কদগে হায়বা অসিম্থ য়াম্না খঞ্জে, অহুনা নিয়মগী ব্লাংনদা থবক তৌজনীদে। গোভর্ণমেণ্টনা ওঝা ঐখোয়বু শেল চঙনা ট্রেইনিং থাহুনা ওঝা ওইবগী মতিক চানবা হোৎনবীবি। ভাবত গোভর্ণমেণ্টনা ঐখোয় ওঝাশিংদা ছাত্রশিংবু শল-ইরোই ফুবগুম ফৃহুনা ব্লাবক্লবগী অধিকাব পীদে, কবিগুম্বা মতমদদি নোংম ফাদোক অহুক ঈনাইনব। হোৎ-নবদি য়াই। অহুগা, মবাল-নত্তবা চৎলম্বগী জবি তৌবা, লেপহনবা, ময়াম মমাঙদা অহুক খবা ফূবগী অধিকাবদি লৈ। পাবা ফাদবগী লেপহনবা ফাওবা মিনিট ১৫দগী হেম্না লেপ্পবদি হকচাংদা শোক্লকই অহুগা ব্লাবক্তুনা ঙাথু থেংথুবনচিংবা তৌহুনা লেপ্পগী ফজবা ডিসিপ্লিন অহু মাঙহুনা ফত্তবা মরম ওইশিল্লকই। মবম অহুনা,

কনাগুম্বা অভিভাবকশিংনা ঐখোয় ওঝাশিংদা ফূদবা য়াদে ফূ ছায়ববস্থু ঐখোয়না খক ফূজবোই। অদুগা, মুম্না খঞ্জিল্লুববদি ফূদুনা ৱাবকপা অসিদি কবিমত্তা কান্নদে, মদুনা মোরেলিটি মাঙনবনি। ফূববদি ফূবিবা ওঝা অদুস্থু শাউনীংবা, মতমশিংপা, নীংথিনা তাক্কে খলম্বা অদুস্থু শাউবদগী ঙমদবা অদুগা তাগদৌবিবা ছাত্রশিং অদুস্থু ওঝাবু শাউবা-কিবা অসিনচিংবা মরম ওইবকই। থোইদোকপা মবম অমনা মদুনা অঙাংশিংবু মী কিবা তমহন্দুনা মমান্নবা তিন্নবকপদা মীথা পোন্নবা মবম অমা ওইবকই। মমাঙগৈ বৈদিক যুগতা ওঝা-গুরুনা শিষ্য-পকৱাদা খক ফূদে, অদুবু মপা-মচা নুংশিনবগী প্রেম লৈনবম্মী। মদু কবিদগীস্থু নত্তে, সমাজগী চৎনবী অমস্থুং ধর্ম্মবু থাজনা চৎপদগীনি। ঐখোয়-আশাপুব লৈবাক অসি ফজববা ডিমোক্রেসিগী মমি তাবদা মযেক শেংফাত্ত-বদগী বৃটিশনা পানবা মতমগী ছাত্রশিংনা হেন্না ফবা মানগ্রবনি। মতম অদুগী অফবা ছাত্রশিংনা মহৈ মপূং ফাবগা মীঙোন্দা শালাম কৎপা অদুগা মীনাই নীংথিনা ওইবদগী হেন্না কবিস্থু থোইনা ফবা লৈতে হাযনীংই। ছাত্রশিংবু ফহনবদি ওঝাদনা তৌগদবা নত্তে। মসিগী মবম কুপ্পা থিজিল্লবদি ঃ— অহানবদা ছাত্র মশা, অনিশুবদা অহল লম্মন, অহুমশুবদা ওঝা, মবিশুবদা সমাজ ওইগনি। সঙ্গ ফত্রবা অমা খক চাওখৎপা যাদে। খ্বাইগী মথক্তা গোভর্ণমেণ্টকী নীংথিবা লমজিং লৈগনি, মবমদি—( 3 R's ) ইবা, পাবা অমস্থুং অঙ্ক তৌবা তম্বদনা জাতিবু য়াম্না চাওখৎহনবা ঙম্লোই। মহৈদা M. A. পাস তৌববা নুপা অদুনা সরকারগী নৌকর ফংদ্রবদা

করক্কা হিংগদগে, পৈশা লৈহুনা কাববার তৌথ্রবদি কৈ। চাওখৎপা মীরৈবাক্তদি সরকারগী থবক অহুক য়াম্না তৌনীংদে হায়বা য়াই, মরমদি—মখোয়না তম্নকপা খুং-শা হৈবগী বিদ্যাহু খুদক্কা শীজিন্নহুনা শুংঙাইনা লেনবা য়াই অহুগা বিদ্যাশিং অহুনা দেশ অমস্তুং জাতিবুস্থ চাওখৎহল্লি। মসিগী মরমশিং 'সি য়ামথে, অহুবু—ঐ অমুক ময়াম্বু ডিক্রিব তৌজররোই, স্বাইদা 'স্নুম।

ভারতকী জয়, জয়-হিন্দ

১বা পার্টি ঃ—Honourable President & Members present. বক্তানা হায়বীথ্রিবা ভাষণশিং অসি থোইদোকপা অকায়বা লৈতে, অফবনি খঙ্জে। ঐনা পামজবা, ঐ ঈশামক্কা সমাজগী মফমদা পুথোকচগে খঞ্জবা ৱাকম অমা য়াওখি। অহুবু বক্তানা শন্দোক্কা হায়রমদ্রবনিনা ঐ খঞ্জগে ময়াম সভাদা। ছাত্র-ছাত্রীশিংনা লমচৎ শোয়বকপা অসি সমাজ অমদি ধর্ম্ম অনি অসিদা অকায়বা খরা লৈবদগীনি। প্রজা ঐখোয় ঈচীল-ঈনাওশিংগী মতৌ ছাত্র-শিংস্থ তম্মী, মরমদি—ঐখোয়গী ঈরক্তা মখোয়স্থ লৈবনা। ডিমোক্রেসিনি, ফ্রিডম ওফ স্পীচ লৈ হায়হুনা ভাব তাদবদগী মরম চাদনা পঙভাঙ হেক ঙাঙই, আইনগী নিয়ম মপান্দা চৎলি ; মহু তমহুনা মখোয়গী লমচৎ মাঙহল্লি। অমনা মমাঙঙৈদদি ঐখোয়গী আশাপুরগী প্রজাশিংনা ধর্ম্মবু কিম্না চৎনরম্মী। মহৈ লক্ষা অমা হৈহুনস্থ ঐগী ধর্ম্মবু ঙাক্না চৎনবা হোৎনরম্মী। হৌজিক্কী নহাবোল ছাত্রশিংনা ওক্না থোক্লস্বা য়াই, ঐখোয় কনাগুম্বা অমত্তা স্কুল কাবদা চন্দোল থিন্দনা কারমদে অহুগা কনাগুম্বনা থিন্দনা কারক্লবস্থ

নিংথৌগী হুকুম মতূং ইন্না দণ্ডি তৌরম্মী। ঐখোয়গী ধর্ম্ম মতূং ইন্না কনাগুম্বা অমনা কনাগুম্বা অমগী মফমদা অরানবা থবক তৌরুরবদি মশানা লম্মন খুম্বা ভমত্রবসু ঈশ্বরনা মতিক ওকপা রাররকনি হায়বা অসি থাজরম্মী। অসুম্না, ধর্ম্মবু কিবদগী অরানবা লমচং চৎনরমদে। মরম অসিনা, আশাপুর ঐখোয়গী গৌর-ধর্ম্ম মতূং ইন্না হেক ঈরুজবগা চন্দোল নীংথিনা থিনবা, ছাত্র-ছাত্রীশিংনা চন্দে ল থিন্দ্রবদি স্কুল কাবা য়াদবা হায়বা অসি স্কুলগী নিয়ম ওইনা থম্লবা হোৎনবীয়ু, নত্রবদি—ঐখোয়গী ধর্ম্ম অসি মাঙখিবা তারে। ধর্ম্মবু থাজদ্রবদি শা চাবা, য়ু থকপা অমসুং মখল-মখা অয়াম্বা ফত্তবা লমচৎ য়াম্না চৎনরক্লগনি। অহানবদা অমুক নৌনা হৌদোকপা ওইনা তল্লমগনি, হৈনরম্মোই। থা অহুম-মরি শুরকপদা মতুনা চৎনবী ওইরক্কনা হৈনরগা ফজবা মরম অমা ওইরক্কনি। খৃষ্টান, ইসলাম ধর্ম্মনচিংবা চৎপীরিবা অতৈ ঈচীল-ঈনাওশিংসু মাগী মাগী ধর্ম্মশিংবু ভাক্লা চৎপীয়ু। জাতি খুদিংমক্তা মশা-মশাগী ধর্ম্মবু হেল্লা তৌফদে, ধর্ম্মবু ভাক্লা চৎলগদা জাতি অতুনা চাওখৎকদৌবনি। চাওখৎপা নোংচুপকী জাতিশিংনা হৌজিক ফাওবা ঐখোয়গী ঈরৈবাক্তা লাক্কুনা মখোয়গী ধর্ম্মবু শন্দোক্লবা হোৎনরিবা অসি করি মরমদগীনো অমুক্তা খন্থবীয়ু।

জয় ভারতকী।

২শুবা পার্টি ঃ— Honourable President & Members. হৌজিক্কী ভদ্রলোকনা তাকপীখ্রিবা য়াকমশিং অহু অচুম্বমক্তি খঙ্গে। ঈপা-ঈপুগী য়াহৈদা ফিজেৎ-চাকচা করম তৌই হায়বা

ৱাহং অমা লৈ। মতুগী মতূং ইন্না—ঈজাতিগী ফজরবা ফৈজোম শেৎপা তোক্কুনা খোঙগ্রাও, লোংপেন্ট ঙাক্তা উপ্পগ্রবা অসিদা চন্দোল থিনবা অসি খবা চানবা ৱাৎপা মাল্লে খঞ্জে, হায়বদি নহাবোন্দা কবি ফি শেৎ-চাই হাযবা চূনদ্রে, কবি ফি উপ-চাই হায়বা তাবে। ঐনা হাযজবিবদি চন্দোল থিল্লনুসি হায়বা নচ্চদে, মতুগা নাতৈ চাননবা ঈপা-ঈপুগী ফৈজোম শেৎলসি নহাবোল ছাত্র 'পূম্বা হায়জবনি। প্রমাণ অমা তৌজগে ঃ— মশাদি পোইদ্রবস্থ লম্বোইবগী ফিজেৎ শেৎলবা, ঝুলি-কৌপিন য়াল্লবা মী অমত্তনা লম্বেন্দা পোবোম য়ান্দুনা চৎপা হৌনদে। মখোয় কনাগুম্বনা মতু তৌরবস্থ মানা কৈথেন্দগী তাপ হেক পাযবদা ময়াম্না খুবাক প্রোক প্রোক খুতুনা নোকশিল-লাউশিল্লকপদা মানা লক্ষা অমা লম হেল্লবস্থ খক তৌবা য়াবোই। মতুগী মতৌগুম্না ফৈজোম নীংথিনা শেৎলবা, চন্দোল নীংথিনা থিল্লবদি যু থকপা, শা চাবা অর্মাদি গুণ্ডাগী থবক তৌবা তৌনীংলক্লবোই, মশানা তাবনি। ছাত্রশিংনা ফৈজোম নীংথিনা শেৎপা তম্বীবো, ছাত্র-ছাত্রী 'পূম্বা চন্দোল থিনবীবো। মসি স্কুলগী রুল ওইনা থম্মবা হোৎনবীয়ু। N.C.C. য়াওবা ছাত্র-ছাত্রীশিংগীদি ডিউতি নীংথিনা পাঙথোক্লবা ফৈজোম নত্তবা ইউনিফোর্ম অতুম শেচ্চসিনু। ছাত্রীশিংগীদি থোক্লদোকপা হৌজিক ফাওবা ফিজেত্তা থোইনা অকায়বা থোকত্রি, অয়াম্বনা ফনেক অতুম শেৎলি, কনাগুম্বীনা লাং-ফাং অতুক শেৎপনি, মতুম্থু পঙয়াম য়ামদে, মবিং-মবাংবা ওইবি। চন্দোন্দি অয়াম্বনা থিম্নদ্রে, মসি মাঙনবগী মশক্কি। অতুমকপু ছাত্রীশিংদনা ঈপা-ঈপুগী গুণ

ঙাক্নি হায়বদা হায়মনবা থোক্লোই। য়াম্না কোক্লীংবীরমগদোবা অমদি ঐ ঈশামক হৌজিক ফৈজোম শেত্তে, লোংপেণ্ট উপই; মসিদি ঐ ঈশাগী দোষ নত্তে, হৌজিক্কী লাংফাং তৌনরিবা সমাজগী মতুং ইন্দ্রবদি য়াদবগী তৌবনি। ফৈজোম শেৎপা, চন্দোল থিনবা নহারোল ছাত্রশিংগী রুল ওইহনবীরো, ঐখোয়স্মু ইঙ্গগে, হাঃ হাঃ হাঃ। ঈজাতিগী চৎনবী অমস্মুং ধর্ম্মবু কলহৌরসি, মহুনা ফত্তবা 'পূম্বা কনবা ঙমগনি। নমস্তে—

ওগুবা পার্টি ঃ— ( নোক্লা নোক্লা ) জয় সভা 'পূম্বা। ময়াম্নস্মু য়াম্না তাকপীরে, ঐস্মু করিগুম্বা খরদং সভাদা হঙ্গচগে। ছাত্র-ছাত্রীনা চন্দোন থিন্দুনা ফৈজোম-ফনেক্লচিংবা শেৎথ্রগা ঐখোয় অহল্লোম্না লাং-ফাং তৌববদি করিগুম্বা ফত্তবা থৌদোক অমা থোক্লকপদা নহারোলশিংনা ঐখোয় অহনশিংবু শোয়দনা ফারবা তারে, করিগুম্বা নহারোল কনাগুম্বনা তৌবন্নবস্মু, হাঃ হাঃ হাঃ হাঃ। অহুনা, নহারোলশিংনা হেক হোংদোকপা নুমিৎ অহুদা, ঐখোয় অহলশিংস্মু হোংদোকহৌদবা য়াদে। সেক্রেটরী অমদি প্রেসিডেণ্ট ঈবেম্মা-খোয়না থবক অসি পাঙথোক্লবা থুনা হোৎনবীয়ু। অতোপ্পা ঐনা হায়জনীংবা মরম অমদি—নোংচুপ হারমগী লোম্না ঐখোয়গী শিক্ষাগী লোল ওইখিবা অমদি মখোয়গী ইডুকেসন তমলুবা মরমদগী ঐখোয়গী কলচর কষ্টম 'পূম্বা লোইনা চুপশিনখিহুনা ঈজাতি অসি চাওখৎপা ঙম্নরোই। নোংচুপলোমগী কনাগুম্বা নুপী-নিপা অমত্তনা নোংমতা ঐখোয়গী ফিজেৎ-চাকচা, কষ্টম

তমদে, মসিদা ফনা কুইনা লৈবা মী ওইরবস্থু ; মসি ঈকাই-নীংঙাইনি। মখোযগী ইডুকেসন্দি তমহুনা জ্ঞান লৌশিনবদি ফৈ, মহুনা ঈজাতিগী চাওখৎলম্বীদা ঐখোযগী কলচব-কষ্টম ফগৎনবা শেমগৎসি। মহুদি নত্রে, হৌজিক ঐখোয়না ইহৈ তমলুবগা ঈজাতিগী চৎনবী 'পূস্কা মুৎথৎহনবা অসিদি ইডুকেসনগী মঙাল ফংলকপা নত্তে। ইডুকেসন ফংবগী অর্থবু লাইবিক হৈহুনা মহৈগী মমিৎ পাঙবা হাযবা নত্রা? ঈপা-ঈপুগী রাহৈদা লাইবিক হৈ হায়হুনস্থু লাইশু খঙত্রবদি কান্নদে হাযবা অহু অচুম্বনি। অহুনা, হৌজিক সাহেব চৎথ্রব্রা ফাওবদা সরকাবগী থবক তৌবশিংনা ৬ক্তা নেক-টাই পুনবা, লোং-সুট তৌরা তোকপীরো। হৌজিক অমুক সাহেব শাবীবগনু। ময়াম্না থৌগল্লোল খঙদে হায়রগত্রা, মসিদি—মীনাইনা মরম্নাই তৌবা হায়বহু মাল্লি। অতোপ্পা মরম অমনা—ঐখোয়গী ঈবৈবাক অসি হরাও-তয়াম কল্লি, নোংমতা কুম্মৈ লেপ্তে। মাইক হেক খোংজিল্লে, কনাগী তুম্বা-হিপ্পা য়াদ্রে, অনা অয়েক লৈবা ঙমদ্রে, লাইবিক-লাইশু পাবা য়াদ্রে! সমাজগী মীপুম খুদিং ঈবাং ঈপাক্তা তাউহুনা ঈবাক্সরে। মতম চাদনা কুম্মৈ তৌবা থিংবা ; করিগুম্বা লিলা পার্টিশিংনা মী খোমহুনা ঈবাং হৌবক্কদৌবা ওইরগা লিলাগী মমলগা চপ মান্নবা গোভর্ণমেণ্টনা লৌবীবা তন্দুনা তোকখিনবা ; মাইক্কীস্থু মহুগা চপ মান্নবা গোভর্ণমেণ্টনা ফংবীহৌবা অহুগা পুংশীংদি ককপা অসিনি। মমিংনা প্রিভেন্টিভ ট্যাক্স হায়ববা কবিনো অমা খোঞ্জিনবা গোভর্ণমেণ্টনা য়াদে হায়বা খঙনবা। আ—য়াদ্রনে ছাত্রশিং পুম্বা কুম্মৈ য়েংবা

চেনবদা। লিলাবু তৌরবদি ফূনরেগা হাৎনরেগা ঙাক্না মঙাউরে। মসি চুমদ্রেদা য়াম্না হাকমনখ্রে। অতোপ্পা অমনা, চহি কুনশুবা ক্ষাওবগী নহারোলশিংনা য়েংবা য়াবা সিনেমা হোল অমা তোপ্পা থম্বীয়ু। মাঙলেনে হৌজিক তৌরিবা অসিদি, ইয়ান-য়াম্নরে, লোইরেনে। মথুম পাল্লবা অহল-লম্মন্না য়েংগদৌবা সিনেমা-ড্রামা নহারোলশিংনা য়েংহুনা সমাজদা শীজিন্নগে থন্নরক্লে। অহুনা হায়জরিবা অসিনি, অঙাংশিংগী ঙাকস্তু নত্তে; মসিগী মপূং ওইরিবাদি ঐখোয় অহল-লম্মন-সমাজ অমদি সরকারননি হায়বদা হায়মনবা থোক্লোই, মখোয়দি করিস্তু খঙজদবা অঙাংনি। ঐ স্বাইদা অস্তুম।

জয় সভা 'পূম্বা।

৪শুবা পার্টি :—Good morning. ছাত্র-ছাত্রীশিংনা যৎলক্তবা মরম অসিদি ঈনক নক্না অচৌবা অমা লৈরে। দেশকী চাওখৎনবনি হায়হুনা স্কুল লিংখৎপদা স্কুল অহু হিংনবনি হায়হুনা ফেল ওইবা মতিক চাদ্রিবা ছাত্র-ছাত্রীশিংবু হেক্কা ক্লাস কাহনবা অসিদা ইনবা ঙমদহুনা লাইরিক পানীংলক্তহুনা লমচৎ ফৎলক্তবা অসিনি। অহুগুম্বা ফেল ওইবা ছাত্রশিংবু হেক্কা মনুংগী পরীক্ষাদি প্রোমোসন পীশিল্লি। মপানগী মীনা পরীক্ষা লৌবা মতমদনা ঙমদহুনা নৌনা লিংখৎপা অতোপ্পা স্কুল অমদা মিং হেক চনশিন্দুনা মাঙনবা মরম শীগ্নে। হৌজিক্তি লাইরিক তম্বগী যুগনিনা মখোয় অহুগুম্বশিং অহু প্রোমোসন পীদ্রবস্তু শোয়দনা স্কুল শিররোই হায়বা অসি ঐনা রাশক্তুনা হায়বা ঙম্মী, মরমদি—ময়াম ইউনিফোর্ম ওইনা চপ মান্নরবদি মখোয়গী তক্ষম লৈতবনিনা লেঙদনা অহুম

লৈগনি। অতোপ্পা অমনা হৌজিক তম্লিবা লাইরিক মতম অসি য়াম্না দিফেকটিভনি। বেসিক ইডুকেসন অসিস্তু মমিংদা ওইরি, থবক ফজনা চথদ্রি। অয়ুক পুং ১০ তাবদগী নুংথিল পুং ৩ তাবা ফাওবা পুং ৫ চুপ্পা পিল্লবা কা মনুংদা ফমদুনা লাইরিক তম্লিবা অসি কয়া রাখ্রবা পোৎনো। ময়াম 'পুম্বা বিঃ এঃ, এমঃ এঃ লোইনা ওইরগা সরকারনা কদাইদগী থবক পীবা ঙমগদগে। মসিগী লাইরিক মতম অসিদি মমাঙঙৈ সাহেবনা পাল্লিবৈদা মখোয়গা রা ভাঙনবা অমদি ভাব তিম্নবা য়াননবা শীলম্বনি। হৌজিক্তি সাহেব চৎখ্রে, তোক্লসি। স্কুলশিংদা খুৎশা হৈবগী থবক মখল-মখল ছাত্র-ছাত্রীশিংবু তম্বীসি, খুৎশু-খুৎলাই অরুবা শাবা ফাওবা তম্বীসি। মখোয়না শাবা পোৎশিং অদু কৈথেল খুদিংগী দুকান থম্বীদুনা গোভর্ণমেণ্টনা য়োন্নবা অদুম শীনবীয়ু। মদুদগী কারকপা শেলনা স্কুলগী থবক অতৈদা শীজিন্নবীয়ু। অস্তুম তৌরবদি ভারত গোভর্ণমেণ্টনা রানা হোৎনরিবা অন-ইপ্লোইমেণ্ট প্রোব্লেম অসি লায়না কোক্কনি। মতম অদুদদি মদুগীদমক শেল চঙনা লিংখৎ-লিবা ওফিসশিং উথায়দুনা কান্নবা থবক অমদা পুহনগনি। মতম অদুদদি তলব চাদ্রবদি থবক তৌনীংঙাই লৈত্রে হায়বা রাখল অদু থাদোকখ্রগনি। মতিক চাবা মী অমমম ওইদুনা ঈরৈবাকপু চাওখৎপা থাক্তা থাবা ঙমগনি। সরকার অমস্তুং প্রজা চপ মান্নবা কান্নবা ফংদুনা চাওখৎকনি। হৌজিক্কী লাইরিক মতম অসি ফজ্রবা, মতিক চাদ্রবা, মতমগা চুনদ্রবা, রাবা-তনবা ওইবদগী

ছাত্রশিংনা ডেলিঙ্কুয়েন্ট ওইরক্তুনা মাঙশিল্লকপনি। মরম অতৈস্সু য়াম্না লৈরি, অদুবু ঐ মখা তাজররোই।

বন্দে মাতরম।

মহিলা সমাজ ঃ— পস্থৌশকপী ময়াই ফম্বী, পলেম শকপী থৌশীনবী, ঈচীল-ঈনাও, ঈমা-ঈবেল লৈকোয় ফম্বশিং 'পুম্বা। ছাত্র-ছাত্রীশিংনা মাঙনবা ওইরকপগী মরমদি মমা ওইবীশিংগী অদুগা মপা ওইবশিংগী রারক-রাতেম হৈতবা, মচা-মশুবু করম্না শেমগনি হায়বা খঙদবা, খঙলবস্সু খঙনা খঙনা ঙমদবদগী অচৌবা দোষ অমনি। মী অমত্তনা ফরগা য়াগদৌবা নত্তে, ময়াম চপ মান্নরগা সমাজগী ওইনা ফরক্কনি নত্রবদি অফবা অদুস্সু ফত্তবা ময়ামগী মরক্তা অদুম তোৎনখিদুনা মাঙই। অদুনা মীপুম খুদিং চপ মান্ননা ফগৎহন্দবা য়াদে। স্কুল অমগী ক্লাস অমদা অঙাং ৪০ তম্বদা অঙাং অমত্তনা পঙফদা ফরগা অতৈনা ফত্রগা কান্নদ্রে। স্কুল অদুবু ফহনগে হায়রবদি অঙাং খুদিংমক চৎনবা য়ানা ফহনগনি, অমা য়াম্না ফবা অদু ময়ামগা মান্ননা হন্থরক্লবস্সু ক্লাসকী ওইনা ফগৎপা হেঙ্গৎলি। ঐখোয়গী লৈবাক্তা স্কুল 'দুগী ছাত্রনা ফাষ্ট ওইরে, হা অদু ওইরে হায়দুনা স্কুলগী লেমজনফম ওইরিবা অদুদি ছাত্র মশাগী মগুন্নি, হেক্তা ওইহনবা য়াবা নত্তে; হায়বদি—মশা অদু হোৎনবা কনবা, মমা-মপানা ময়ুমদস্সু নীংথিনা তাকপীবা নত্রগা প্রাইভেড নীংথিনা থম্বীবা অমস্সুং স্কুলদস্সু ওঝাশিংনা কন্না হোৎনবা, মরম 'পুম্বা তিল্লবা অঙাংনি। মরম অসিনা দেশকী চাওখৎনবা ঐখোয় অঙাং-অহল খাক্তনা চপ মান্ননা ফগৎনবা

হোৎনরসি। মরম 'সিদগী নি ভারত গোর্ভর্ণমেণ্টনা এডল্ট-ইডুকেসন হৌদোক্কনা মহৈ তমহৌদবা অহল-লম্মনশিংবু মহৈ নৌনা তম-হল্লিবা অসি, অদুনা—খ্বাই 'পূম্বা থরাই য়াওনা তমদুনা মহৈগী মমিৎ পাঙদবা য়াদে। ক্লাস আইথ ফাওবা ফ্রি ইডুকেসন পীদুনা ফি হুন্দনা অঙাংশিংবু মহৈ তমহনবা অসি য়াম্নদি ফরে, অদুবু—তমদবা করা লৈরিবা অঙাংশিং অসিবু কম্পলসরি ফ্রি ইডুকেসন পীদুনা তমহন্নবা হোৎনসি। অদু নত্রবদি, মখোয়না মহৈগী মমিৎ পাঙহৌদ্রগা সমাজদা মাঙলক্কনি। লাইবিক মতম অসিসু হোং-দোক্কনা থূৎকী শিল্লম, যন্ত্র কোলগী থৌশূ হাপ্পুনা ভারতকা মীরৈবাক্কা লান্বা য়ানবা হোৎনসি। মতম অদুদা ছাত্র-ছাত্রী নহারোলশিংগী লমচৎ ফগৎলক্কনা সমাজগী চাওখৎপা ওইরক্ক-দৌবনি। অদু নত্রবদি নোংমা নোংমগী লৈখা তারক্কনি। মতাং 'স্বাইদা ৱাহৈগী পষ্ঠে লোমজরগে।

খুরুমজরি ময়াম্বু।

ছাত্র ঃ— ( ফিংলপ্পা ) Gentlemen & Ladies. স্পীকর-শিংবু ঐনা থাগচ্চরি, ঙসি তাকপীখ্রিবা পোইন্টশিং অসি ঐ ঈশানসু পামজবা ফগ্রবা ৱা ঙাক্কনি, অদুবু—নাকল অমদি ঈশিংপগী পল নীংথিনা থিংলগা মনুংদা হোত্রোং হোদুনা ঈশিং গ্রোং গ্রোং চেনখিদুনা কান্নদবা অদুগুম্বা থবক কাইদা অমদি লৈরেনে। ঐনা হায়রিবা অসি ময়ামগী মফমদা উশিত্তবা ৱাঙাঙ উৎচবা নচ্চদে। অা—থাঙ্গৈশেংবা হায়দবা য়াদবদগী হায়জবনি। আশাপুর লৈবাক অসিদা লৈরিবা মীশিং অসি জাতি য়াম্না য়ামখ্রে, ভারতকী মনুংদা

লমদম অসি তোপ তোপ্প মৈবাক অংনি। জাতি যাম্বা মবন্না লোল যামই, ধর্ম্ম যামই অমসুং ফিজেৎ চাকচা, চাবম-থক্লম অমত্তা ওিন্নদে। মবম অহুদগী নুংশিনবা রাত্তুনা চাওখৎপা যাদ্রবনি। ঙসি মযাম্না অম্মুক যাম্না ঙাওখ্রিবশিং অসিগী মনুংদা রাফম অসি সুকপন পন্নদে। হৌজক্কী গোপধর্ম্ম সম্প্রদায় নত্তবশিং অসি কবম তৌবা তাববগে? মখোযম্ম ফৈজাম শেত্তুনা চন্দাল থিলহনবীবা তাবত্রা? চীংগী ঈচীল ঈনাওশিংদি মখোয়া মনাৎ নত্তে হায়হুনা খেঙ্গ্রাও, নোংমুট শেৎ-চাগে হায়গনি। মুশলিম ব্রডবশিংনা কবম তৌবা তাবি, মখোযনা ফৈজোম শেৎকদ্রা, খেঙ্গ্রাও উপনদ্রা নত্রগা মপামপুগী লোংগি শেৎনদ্রা? মসি যাম্না ভেদ নাইথ্রবা ফত্তবা থবক্নি। হৌজিক পৃথিবী অসিদা চাত্তখৎপা জাতিগী মতৌ চাওখৎপা রাৎপা লৈবাক্না তম্নবা ঙাক্নি। ফত্তবা মখৈ থাদোক্কুনা অফবা তমখৎলকপদি ফৈ, নত্তহুনা মমাঙৈঙৈ ফৈজোম খোংদাই ফজৈ হায়হুনা লৈবদা ঙাইবিবা অহনবা ফি অহু ময়াইদা খাইবোক শেগায়বগা খোংদাই তাইহুনা শেৎলম্বা অহু অমুক নৌনা চৎনসি হায়বদি ঐদি পামজদে। ঙাইখো, নহাবোল ছাত্র ঈচীল-ঈনাওশিংনা তূমিন্না লৈবীবিবা অসিবু কবিগীনো, য়াবী-নীংব্রাও? মসিদি—নাতৈ চাদবা বুহুগী রানি হায়বা!

প্রেসিডেন্ট ঃ— Order order, walk out please.

(এসিষ্টেন্ট সেক্রেটবিনা হৌগত্তুনা মাবু থোকহনখিবা, মাগী রাঙাঙ অহুগা তৌনরিবা মতৌ অহুদা ময়াম ঈরাং মচা অমা থোকপা)

ছাত্রী ঃ— ( শাউরপ্লা ) President, Gentlemen, Ladies & Students. ঐখোয়গী আশাপুর লৈবাক অসি গৌরধর্ম্ম চৎপা জাতিনা অয়াম্বনি। মরম অদুদগী মীশীং হেনবা জাতিগী ৱাদা খরা হেন্না ঙাঙনখিবনি। মাইনোরিতি গ্রুপশিং অদুস্তু মাগী মাগী জাতিগী ফিজেৎ শেচ্চশনু নত্রগা মেজোরিতিগী ফিজেৎ শেৎপদা করি অকায়বা লৈবগে। ভারতবর্ষ অসি জাতি য়াম্বনা লোন য়ামই, অদুবু—হিন্দী লোনবা জাৎনা মেজোবিতি ওইবনিনা হিন্দী ভারতবর্ষগা ঈরোল ওইবে ; ঐখোয়স্তু তমদবা য়াদবানিনা তম্নরিবা অসিনি। খা ভারত্তদি হিন্দী অসি পনবা ফাওবা য়াদে, করিনা—খঙদবা, তম্বদা য়াম্না হৈনদবা লোন্দা অমা ওইনা মখোয়দা থোকই। অদুবু, ভারত গোভর্ণমেণ্টনা খন্নরি হায়বা তায়, অদু ওইরবস্তু হিন্দীনা ভারতকী লোল ওইরি। অসি মঙাই, করিস্তু লৈবা থবক নত্তে ; মাগী মাগী ফিজেৎ চাকচা অদু অদুম কায়দবা নত্রগা মরৈবাক ঈরৈবাক্কী মেজোরিতি গ্রুপকী ফিজেৎ ফৈজোম অসি মখোয়না শেৎপদা মখোয়—ঐখোয় চপ মান্নবা চাওখৎ-মিন্নবনি অমস্তুং নুংশিনবা হেনগৎপনি। ঐনা ময়ামদা রিকুয়েষ্ট তৌজরি—ফৈজোম অসি আশাপুর ঈরৈবাক্কী নিপাগী ফিজেৎনি অদুগা ফনেক্কা নুপীশিংগী ফিজেৎনি। ঐখোয় নিপা-নুপী চপ মান্নরসি, নিপা মখৈনা ফৈজোম, নুপী মখৈনা ফনেক শেৎপীরো। মসি গোভর্ণমেণ্টকী হুকুম ওইহনসি, ময়ামস্তু ঈশা ঈশানা খঙনা মসি ঙাক্লবা হোৎনসি। সরকার অমস্তুং প্রজা চপ মান্নবা চাও-খৎলগা, পূন্না থবক তৌমিন্নরগা দেশ চাওখৎপনি।

নমস্তে। ( শাউরপ চঙখিবা )

সেক্রেটরি ঃ—প্রেসিডেন্টকী য়াথং মতুং ইন্না ময়ামদা করি-গুম্বা অমত্তা নীংশিংজগে। অস্তুন্না ডিবেৎ ওাক্তা তৌনহুন্না লৈববস্থু রিজোলুসন অমত্তা তাহৌবা ওমত্রবদি কান্নবা ৱাৎকনি, অহুনা— রিজোলুসন শবদং পাস তৌনবা হোৎনজখিগে। ঐনা হায়জবকপদা পাম্বীবা মখৈ খুৎ চপ মান্ননা থাঙ্গৎপীয়ু, পাম্বীদবনা থাঙ্গৎপীগনু।

( মহিলা সমাজগী এঃ সেঃ না লেপখৎলক্কু না চে-নুং য়েংমিন্ন-হুনা মাগী মতেঙ পাংবা, ইবা লোইহুনা পাবকপা। )

( ১ ) ছাত্র-ছাত্রীশিংবু ওঝানা চৈনা ফূহুনা ৱারকপা ফত্তে, মশানা মশাবু ৱাবকহন্দুনা চাওখৎপা লম্বী থিজবনা ফৈ। করি-গুম্বা মরালগীদমক্তি লেপহনবা মতম শাংদনা, জরি তৌবা, ঈকাই-জহুনা মশানা মশাবু ৱাবকচনবা কবিগুম্বদা ফূবা অসিনা মখোয়গী চাওখৎ-লম্বীনি। সঙ্গ অকবা তিনগনি। ছাত্র-ছাত্রীশিংবু ফহনবদি —অহানবদা মশা, ২ শুবদা মমা-মপা, ৩ শুবদা ওঝা, ৪ শুবদা সমাজ ওইগনি অমস্তুং গোভর্ণমেন্টকী নীংথিরবা লমজিং অমস্তুং থৌশীল লৈবীগনি।

( ২ ) আশাপুবগী প্রজা মীপূম খুদিংনা মশানা মশাগী ধর্ম্মবু থাজগনি অমস্তুং মাঙদনবা হোৎনগনি। অহুনা, গৌরধর্ম্ম চৎপা মী মখৈ চন্দোন থিনগদৌবনি। কনাগুম্বা ছাত্র-ছাত্রীশিংনা চন্দোন থিন্দ্রবদি স্কুল কাবা য়ারোই, ঈরুজদনা লাকপস্থ য়াদে। অতৈ অতৈ ধর্ম্ম চৎপা ঈচীল-ঈনাওশিংগীদি থিন্দ্রবস্থ য়াই।

ইজাতিগী থর্ম্মবু থাজব্রবদি মখল মখা অয়াম্বা ফত্তবা লমচং লাকই অদুনা থর্ম্মবু থাজনা চৎকদোবনি।

( ৩ ) ছাত্রশিংগী ফিজেৎ ফৈজোম, ছাত্রীশিংগীনা ফনেক, অতৈ থর্ম্ম চৎপা ছাত্র-ছাত্রীশিংগীনা মাগী মাগী ফিজেৎ নত্রগা ফনেক-ফৈজোম শেৎপা য়াগনি। N. C. C. য়াওবা ছাত্র-ছাত্রী, সিফাই, পুলিস, অকনবা ডিউতি তৌগদোবা কর্ম্মচারি, অখন্নবা থরা নত্তনা দেশ অসিগী প্রজাপুম্বা নোংমতদা হায়রিবা ফিজেৎশিং অসি শেৎপা হৌগদবনি।

( ৪ ) লাইরিক তম্বদি ইডুকেসন মহৈগী মঙাল ফংবা তানবনি, মীগী চৎনবী কষ্টম তমগদোবা নত্তে। কাং, য়াওশঙ, ঝুলোনগুম্বা নত্তবা হরাও-কুম্মৈ থিংবীয়ু নহারোল মাঙলে। মাইক খোংবা পুংশীং ককপীয়ু। মতম চাদবা কুম্মৈ-ফিরোংশিং থিংবদা ব্রাগদোবা মরম লৈরবদি প্রিভেন্টিভ ট্যাক্স থোন্দুনা অকোমনগা চপ মান্ননা সরকারনা লৌবীরগা মহৈ তম্বদা তেঙবাং-বীয়ু। সিনেমা, ড্রামাগী হোল চহি ২০ ফাওবগী অমা তোপ্পা থম্লগা মহুদা মহৈগী, জ্ঞানগী সো উৎপীয়ু। নোংমদা সিনেমা সো অমুক্তা উৎপীয়ু।

( ৫ ) স্কুলদা মখল মখা অয়াম্বা খুৎশা হৈবগী থবক তমহনবীয়ু। মীরৈবাক্কা লাম্বা য়ানবা কোলগী শিন ফাওবা তমহনসি। পোৎথোক্কু কৈথেল খুদিং য়োন্দুনা চাওখৎনবা হোৎনবদা সরকারগী তেঙবাং ওইবীয়ু। মসিনা ছাত্র অমস্থং

সমাজগী কান্নবা ওইরক্কনি অদুগা অন-ইমপ্লোইমেণ্ট প্রোব্লেমস্তু কোকহনবা ঙমগনি।

(৬) ফেল ওইবা প্রোমোসন পীরবদি ইনবা ঙমদহুনা মশাগী লমচৎ ফাওবা মাঙলকই অদুনা প্রাইভেড অমস্তুং গোভর্ণ মেণ্টকী স্কুলশিংদা ফেল ওইদনবা হোৎনহনবীয়ু, ফেল ওইরবদি প্রোমোসন পীহনগন্নুসি।

(৭) ছাত্র-ছত্রীশিংনা ফত্তবদি মমা-মপা ওইবনা মচাবু রাবক-রাতেম হৈতবা, করম্না শেমগনি খঙদবা, খঙলবস্তু খঙনা ঙমদবা মরম কয়ামুক লৈবদগীনি। মমা-মপা মতিক চানবা হোৎনসি; সমাজগীস্তু চাওখৎনবা অহল মহৈ তমসি। কম্পলসরি ইডুকেসন পীদ্রবদি ফ্রি ইডুকেসন্না দেশ চাওখৎপা য়ারোই অদুনা কম্পলসরি ফ্রি ইডুকেসন পীবীয়ু।

হৌজিক রিজোলুসনশিং অসি য়াবীবা মখৈ খুৎ থাঙ্গৎপীয়ু। (থাঙ্গৎপা) অতৈ অমুক খন্নবীনবা হায়জরি।

মহিলা ঃ— ঈকাই খুম্নরবী সভানেত্রী অমস্তুং সভাপুম্বা। ছাত্র নহারোলশিং অমস্তুং ছাত্রীশিং 'পূম্বদা ঐ করিগুম্বা অমত্তা নীংশিংজগে। ঈকাই হঙ্গোইদনা হায়রবদা মীওইনা পোক্লবদি য়ুম পানবা শোয়দ্রবনি। আশাপুর লৈবাক অসিদা লৈরিবা ছাত্রীশিং অমস্তুং ছাত্রী নত্তবা নিঙোল অপুম্বা নহারোল ছাত্র অমস্তুং পাখংশিংগীদমক্তা চেকশিন্না মমা-মপা ঐখোয়না রানা থারবা লৈরাং চারনি। হাঃ হাঃ হাঃ হাঃ, করিগুম্বা দেশ অমদগী লাক্তনা লৈরাং চারা ফুক্লরবস্তু অমা-অনি মঙাই, অতৈদি

নহারোলশিংগী নখুত্তা শোয়দনমক তারগদৌরিবনি। হাঃ হাঃ, অতুগুম্বা শোয়দ্রবা পোৎশক অতুগীদমক্তা ঙাইঙমদ্রহুনা মমা-মপা ঐখোয়না নহৈ-নশিং খরা তমজহৌ, মতিক চাবা মী ওইনবা হায়হুনা থাদোক্লিবা মতম অসিবু পাম্মুদ্রহুনা মতিক চাদ্রিঙৈদা অমুক চিং-.খাক্তুনা তৌবিবা অসি নহারোলশিংগী মিংচৎ য়াম্না থীবনি। (ময়াম খুবাক খুবা) মসিদি—জাতিগী ওইনা অমাঙবনি। হাঃ হাঃ হাঃ, ছাত্রীশিংস্থ জ্ঞান য়াম্না তাবীয়ু, খক য়াবীরুগনু। আ—ঈমানা হায়বিবা অসি ছাত্র-ছাত্রীশিং ব্লাবৌগনুকো। ঈমাখোয়দি হৌজিক কোক কাংখৎপা ঙমদ্রেনে ঈচা থাকপা হোৎনবদা। লৈত-লায়রবগীবু খনগদ্রা, নখোয়বু নহৈ-নশিং তমহন্দুনা থাক্লবগীবু হোৎনগদ্রা, কৈরোই-লৈকাইগী থৌবু পুগদ্রা, লোইরে বিভুলা কোকথোং নাবেনে ঈমাখোয়। হাঃ হাঃ হাঃ হাঃ, ফাগি নত্তে অচুম্বনি ঐনা হায়বীবা অসি। অহুনা—হয়েং য়ুমলেপ চাবা লিংলগা নথৌ ঙম্লবা নহৈ নথরাই য়াওনা তম্মুনে। মনুং মতম চাদনা মশানা য়াদবা নুপীবু ফাগে হোৎনবিবা নহারোল ঈচা নিপাশিং অসিবু নুংশিদবা নত্তে, মখোয়বু ঈচাগা চপ মান্নবা নুংশি-রিবনি, মখোয়গী লমচৎ অতুবুনি ঐখোয়না নুংশিদ্রবা-পামদ্রিবদি। মখোয়শিং অসিবু করম্বা মখলগী জরি নত্রগা ব্লারক পথাপ শীজিন্নরগা অসিগুম্বা লমচৎশিং অসি থিংবা ঙমগদগে ; মশাবুদি পাম্মুই-নুংশি। অস্বাইদা অস্থুম লোইজরগে। নমস্তে

**ওঝা নুপী ঃ**—Honourable President & Members present. নহারোলশিংগী অসিগুম্বা লমচৎশিং অসিবু থিংহনা

মখোয়গীস্তু ফনবা সমাজগীস্তু চাওখৎনবা মরম অমত্তং সভাদা ঐ হঙ্গচ্চগে, ময়াম অমুক্তা মুন্না খল্লবীয়ু। নিপানা চহি ২৫, নুপীনা চহি ২০ ফাওবা থাজবা অমদি লুহোং-কৈহেংবা য়াদবা অসিনি। কনাগুম্বা নিপা-নুপীনা মতম অসি ৱাৎলিডৈদা লুহোং-খোঙদোংবা অদুগা চেন-চোংবা তৌববদি নিপা, নুপী অনিমক জরি লুপা চনি-চনি তৌবা অদুগা মতম অদু য়োঁত্রবা ফাওবা নিপা, নুপী খাই-দোক্তুনা জেলদা থল্লগা মখোয়বু ভুংগী লম্বীগীদমক্তা য়াবা মখৈ সবকাবনা শেম্নবা হোৎনবীবা অসিনি। অদুগা কনাগুম্বা নিপা অমনা নুপী অমবু চিং-খোৎলবদি লুপা চামডা জবি তৌবা অদুগা চহি মঙা নত্রগা তরা মীবৈবাক্কী জেলদা লৈফম ওইহল্লগা মহৈ তমহনবা ; মহুদা চঙবা শেল অদু মমা-মপাদগী থাগী ওইনা লৌবা অদুগা ঙমদবা ফিভব চপ-চানা ফংলগা সরকারনা পুবিবা। থবক অদুদা তেঙবাংবশিং অদুস্তু মবাল য়েংদুনা খবা ৱাৎনা ওইরবস্তু হেন্নবু ওইববস্তু অদুগুম্বা চৈরাক অদু পীবা। হেক ফাবা নুমিত্তগী বিচার ফাওবা অসি মখোয়বু জামিন্দা থাবীদবা অসি ঐ য়াম্না পামজৈ। উকিলশিংনস্তু মখোয়গীদমক লেপ্নীদবা পামজৈ। হন্দক নৌনা থোকখ্রিবা নুপী ফাবা কাঙবুশিং অসিদগী হৌনা নিয়ম অসি চৎনবা পামজৈ। অস্তুম তৌববদি সরকার অমস্তুং প্রজা নাকল অনিমক্তা ফৈ, অদুগা—য়ামদ্রেমাল্লে খন্দুনা মতুং কনাস্তু তৌবক্লরোই। লমচৎ ফজবা, জ্ঞান তাবা নহা অমত্তনা লম্বীদা মী লঙনৌ পৈশা পীগে হায়বা ফাওবা য়াবোই, মরমদি—মখোয়না মহু হৈনদবদগী। ওক্তবা নহারোলশিংদনবু হৈনখিবদগী লায়না থোকপনি। কনাগুম্বা

ছাত্র ছাত্রীশিংনা মহৈ তম্বা লোইর্দ্রিবা ফাওবা কবিগুম্বা রাজ-নীতিদা য়াওদবা নত্রগা তেঙবাংবস্থু ওইরুদবা অসি নহাবোলশিংগী লমচৎ মাঙদনবা অমদি মহৈ মপূং ফাহুনা মশাগী অমস্থুং দেশকী চাওখৎনবা মচাক্কি। মীওইবগী জ্ঞান মপূং ফাদ্রিবা নহাবোল-শিংনা মমল য়াম্লবা ফ্রিদম ওফ স্পীচ অমস্থুং নীংতম্বগী গুণবু মশক খঙনা শী জিন্নবা হৈতবদগী সমাজদা অকায়বা ওইবকপগী অচৌবা মবম অমা ওইহল্লি। মবম অসিনা বাজনীতি কাঙবু-'পূম্বনা ছাত্র-ছাত্রীশিংবু কলসি। শা-লাল থোক্লবা নত্রগা দেশকী মাঙলগদৌবা মতমদদি মবৈবাক্কীদমক্তা মখোয়স্থু অঙম্বা মতেঙ পাংজশিনু। অহু নত্রবদি, নহাবোলশিংদা অমস্থুং সমাজদা য়াম্না মাঙই।

ভাবতকীদমক্তা জয়।

সেক্রেটরি ঃ— আ—হৌজিক্কী বক্তানা তাকপীথ্রিবশিং অহু ময়ামগী মোত কবি লৈবগে? ময়াম্না য়াববদি বিজোলুসন তাজহৌবগে। (য়াবে হায়হুনা ময়াম লোইনা খুৎ থাঙ্গৎপা। ইবা লোঙ্গবগা পাবকপা।)

(৮) নুপীনা চহি ২০ অহুগা নিপানা চহি ২৫ ফাওবা যুম পানবা য়াদে। কনাগুম্বনা নিয়ম কায়না চৎলবদি লুপা চনি-চনি জরি তৌবা অহুগা ফাদোক্লহুনা চহি অরাৎপা অহু শুদ্রিবা ফাওবা জেন্দা তোপ্পা তোপ্পা থম্লগা মহৈ তমহনবা; চঙগদৌবা খরচ অহু মমা-মপাদগী থাগী ওইনা তাম্থোকপা অসিনি। নুপী চিংবা কাঙবুনা লুপা চামঙা জরি তৌবা অহুগা চহি ৫ দগী ১০ ফাওবা

মীরৈবাক্কী জেন্দা লৈফম ওইহল্লগা মহৈ তমহন্‌নবা; চঙগদোবা খবচ মমা-মপাদগী থাগী ওইনা লৌবা অহুগা য়াম্না লায়রবা কনা লৈজদবা ওইরগা গোভর্ণমেণ্টনা হোৎনবীবা; অসিগুম্বা মবালগী থবক অসিদি জামিন্দা থাবীদবা অমস্তুং উকিলশিংনস্তু মখোয়গীদমক্তা কেশ লেপ্পীদনবা হায়জবা।

(৯) বিজোলুসনশিং অসি ওফিসশিং, পাউজেল চেশিং, স্কুলশিং, লৈকাই খুদিং, রাজনীতি দল খুদিংদা কোপি অমমম্ থাবা, মহু পাঙথোক্নবা হোৎনবদা প্রজা মী পুম্নমক্কী মতেঙ পীবীবা।

(য়ারে হায়দুনা খুৎ লোইনা থাঙ্গৎপা।)

তোমচৌ ঃ—ঙসি তিল্লিবা ভদ্রলোক-ভদ্রমহিলাশিংগী মফমদা ঐনা নোলুক্না নীংশিংজবি। (মচাগী মরমদা হায়জরক্কনি খন্দুনা ময়াম ঙক থাঙ্গৎত্তুনা লৈবা) ঙসি খন্নখ্রিবা রিজোলুসনসিং অসি মমল য়ামথ্রবা ঙাক্তি। মসি কনাগী রাখন্দগী, কনাগী থৌশীলদগী পাঙথোক্লিবনো হায়বা মুন্না অমুক্তং খন্থববদি ঙক্তবা ঙম্লোই। আ—পিক্কবী ক্লাস IX (নাইন) দা তম্লিবী স্কুল অসিগী ছাত্রী, হন্দক চিংলুবী ঐগী ঈচানুপীগী চাম্নরবী মতা, হৌজিক সেক্রেটরি ওইদুনা ফম্লিবী অসিগী মথক্তগী রাখনগী অঙকপা থৌশীলনি। মসি মঙ ফাওবা ওইথোক্লবোইদবনি। অসিগুম্লবী মমল য়াম্লবী দেশকী ভাগ্য বিধাতা ওইরগদৌরিবীশিংগী মরক্তা লুচিংবী অমা ওইগদৌরিবী নুপীমচা অসি লাইরিক্তস্তু মপা লৈতনা ফৈ, হৌজিকমক ফাষ্ট ওইরিবীনি। মহাক্কী মমিং অহানবদা সনা-

তাঙবী, মতূংদা আশালতা হায়না মমা-মপা অনিনা থোল্লি। ঙসিদগী হৌনা মাগী মমিং "।মস স্বর্ণ আশালতা" হায়না থোনবীদুনা মতম কুইনগী মাগী মিংখৈ ওইবীনবা সভাদা ঐনা নোল্লুক্লা খুকমজরি। (য়াবে য়াবে হায়দুনা ময়াম চপ মান্ননা খুৎ থাঙ্গৎপা।)

মহাকপু পোকপা মমা-মপা অনিস্থু মমা-মপা ওইবগী মতিক চাববা, চাববীনি। লাইাবক ইবা পাবাদ ঙস্থা অদুগা থোইদোক হেন্দোক্লদি হৈবা নচ্চদবা, লাইগু খঙলবা মহৈগী জ্ঞান চপচানা লৈজববা মনীংতম্বা লৌমী অমনি। অহানবদা থোটনা ফবমদবা মচা ওইরম্মী; পাঞ্জিনস্থু মচানুপী আসগা মৌপরা আশাকুমাবগবু মহৈ হৈবা মী ওইববোই অদুগা মপান চাও হায়বা লৈতে হায়দুনা ফাওবদগী বিধগী থৌশীল থুগায়দুনা তাইবং-খুৎশেমগী অনৌবা মীশক অমমম ওইহনগে খল্লিবা মতিক চাববা মমা-মপানি। হৌজিক বিধিগী খুৎশেম কায়বে, মচীন-মৌপরা ক্লাস খুদিংগী মকোক ওইদুনা বৃতি ফংলে। মখোয়বু কৌথোকচগে সভানা অমুক্তা মিৎয়েং তাবীযু। (মমা, মপা অমস্থং মচীন-মৌপরা মখোয় মবি কৌথোক্কুনা ময়ামগী মমাঙদা উৎপা, খোয়রুম মোমোন তৌনা ময়ামদা ভক্তি কৎপা অমস্থং ময়াম্না হন্নাওনা ওকপা।)

মতিক চাববা মমা-মপানা মচা অনিবু কবম্না ৱারক্লিবা হায়বা অদুগী শন্দোকপা ৱাবী ঙসিদি লীজবরোই, মতূংদা খবরদা শন্দোক্লা ফোঙজরক্কে, প্রজা'পুম্বা পাবীযু।

**ছাত্র ঃ**—মিস স্বর্ণ আশালতানা হাইস্কুলগী কোস'তা লৈরিবা মখৈ হাইস্কুলগী ছাত্র-ছাত্রীশিংগী সেক্রেটরি ওইবীয়ু অদুগা হয়েং কলেজগী কেরিয়ার য়ৌরক্লবা মতমদা হোল আশাপুরগী স্টুদেন্ট-শিংগী সেক্রেটরি ওইবীনবা সিত ছাত্র ঐখোয়না খাকচরমগনি। হয়েং লাইরিক তম্বা লোইরবদসু লৈবাক অসিগী শিক্ষা মন্ত্রী নত্রগা প্রধান মন্ত্রী ওইবীহুনা প্রজাশিংবু চাওখৎনবগী লম্বীদা লমজিংবীবা মতিক চারবী অমা ওইগনি হায়না খঞ্জে অমস্তুং তিল্লিবা সভানা ঈশ্বরগী চরন্দা নিজসি।

নমস্তে, ভারতকী জয়।

অস্থুম্না মমল য়াম্লবা ব্রারেপশিং পাস তৌরগা চেয়ারমেন অমস্তুং সেঃ গী মতিক চাবা ভাষন পীরগা ভারতকী জাতিগী ঈশৈনা শৈরোই শক্কুনা সভা লোইশিনবদা নুংথিল পূং ৫ তাখ্রে। মীয়ামপুম্বা অনৌবা ব্রাখল, অনৌবা পুন্সি ঙসিদগী হৌরে খন্নহুনা মবুক্লিং ইনৌ নৌনা ঈরাঙ লাঙবগুম করিগুম তৌনা ময়ুম ময়ুমদা হন্নখি। ময়াম্না দান তৌরম্বা শেল অহু লুপা লিশিং অমা শুরম্লে, মহুনা মখোয়গী থবক্তা য়াম্না তেঙবাং-লগনি খন্দুনা ছাত্রীশিংনা হরাও পন্দোল লোমজখ্রে। য়েংবীয়ু, কয়াদা মমল য়ামখ্রবা আশাপুর লৈবাক্কী প্রজাশিংগী পুকচেল্লনো।

## ৯শুবা পন্দুপ

# থবক পাঙথোকপা

মথংগী নুমিত্তা নোং-হেক ঙানবগা রিজোলুসনশিং অমসুং খবরশিংদা ফোঙহনখ্রে অমসুং দেশকী মফম খুদিং শীনবা থুংনা ছাপা নমহনা চে চাইখ্রে। মাইক পান্দুনা জীপ মঙানা মফম খুদিং চেনখ্রে। ছাত্র ক্লাস নাইনদা তম্লিবী নিফুরোমদি স্কুলদা মমিং হেক কৌবগা থবক থাঙথোক্লবা হোৎনবদা লাইরিক তম্নখিদ্রে।

রাজনীতিগী শাজৎ অসি কয়াদা লুখ্রবা, মরৈবাকী ফনবগী-দমক্তা রাজনীতিগী লবুক্তা মখোঙ নামতং থাংজিল্লুবদা ময়াই কাবা পোৎ চাবগুম্না অরা-অনা কিদনা মতম লেনবা ঙম্মী। মসিদগী হেন্না লুশিনবা অমা ওইরহনা মখোঙ অনিমক থাংজিল-লম্লবদি মহেদা অপনবা ওইহনা মতিক চাবা মী অমমম ওইহনা মরৈবাক সেবা তৌবদা অকায়বা খোল্লকপা য়াই। হৌজিক নুমিৎ তাখিহনা মখোয় ময়ুমদা হম্লখ্রে।

লিন্না চিকপগী হীদাক লৈ, ফত্তবা মীগী ফত্তবা লমচৎ কোকহম্নবা হীদাক লৈতে হায়বা অমসুং অচুম্বনি। পুং ১০ তারকপা অহিংদা অরাপ্পদগী খোঞ্জেল অমা তারক্লে। খোঞ্জেল অমুনা অসুম অসুম নকশিলক্কুনা রাহে লৌবা ঙম্মকপদদি নুমিৎ চুপ্পা হৈন-ক্লরবা রাহৈগী খোম্থাংনি খলম্বা অমসুং মিসকী মফমদা ওইরমদ্রে। নকশিল নকশিলক্লগা ময়েক শেংনা তাবা ফংলে। "ঙসি ঙরাং

হৈশিংবী ছাত্রী শরনা মী শরা খোমহুনা স্কুল মচা অমদা মিটিং তৌখিবা অহু প্রজা ঐখোয়না শগুদে, কনাগুম্বা মী শরনা য়ানীং-লবসু অয়াম্বা আশাপুবগী মীনা য়ানীংদবা ফোংদোক্লি। লৈবাক্কী রায়েল্লিবা অওম্বশিংনা অহৈশাবী মীরেমশিং অহুগী মরা লৌবীগনু। প্রজাশিংনা পাম্নব্রবা, লৈবাক ঈরাং হৌহুনা আশাপুরদা নত্তুনা ভারত গোভর্ণমেণ্টকী নাকোং রাই চিনগদৌবা থবক অহু চিফ কমিশনার সাহেবনা তৌহনবীগনু" অসিনচিংবা রাহৈ হায়রুনা ছাপা নম্বা চে চাইহুনা জীপ অমা থুনা থোরকই। মপা মাধবনা মচানিপাগা লোয়ননা চেস্থোরক্লুনা য়েংবদা চাইরিবা চেগী কোপী শরা ফংলে। মখোয়গী মশক উবদা তোংলিবা নিপা অমনা "অকাওবীগী জাগা য়োরে" হায়না ভাওখিবা শোম্থাংননা তাখি। চে অহু ঈমুংগী থাওমৈ মনাক্তা পাহুনা য়েংবদা কনাগুম্বা অমগী সহি তৌবা য়াওদে। মপা-মচা মখোয়না শন্নবনা তৌরিবা থবক অসি ওক্তবা মী শরনা নমথাক তৌবা ওইরমগনি হায়না লেপ্লখি। নুংঙাইতবা রাখলগা লোয়ননা অহিং অহুমা অহুম লেল্লে!

নোংঙানবগা মীপুম খুদিং মহৈ মহৈ হংনরক্লে, কদাইদগী করম তৌনা থোরক্লিবনো হংনবদা কনাগুম্বা মী অমত্তনা অওইবা পরিচয় শঙখিদ্রে। মতৌ অসুম্না মেন তাদনা নুমিৎ ৫নি হৌগ্রে, ৬নি শুবা নুমিত্তা লৈবাক্কী শাসন পুরিবা অওম্বশিং অমসুং চিফ কমিশনার সাহেবকী য়াথং হায়দোরক্লে, "প্রজাশিংনা লেপ্লখি হায়বা রারেপশিং অহু য়াম্না কুপ্না পায়হুনা শন্নজরে। আইনগী থোঙদা য়েংবদা মহু লৈবাক'পুম্বনা য়াই, প্রজাশিংগী রারেপ্পি হায়না লৌবা

য়াদে। মরম অতুদগী করিগুম্বা পাম্বে অমত্তনা এক্ট ওইনা চৎননবা হুকুম তৌবা ঙমদে, ৱারৌগনু।"

সহি—চিফ কমিশনার
সিঃ এমঃ ভিঃ

অসিগুম্বা ৱাহৈশিং অসি তাবদা প্রজাশিং য়াম্না নুংঙাইখিদ্রে। মিসনা মহিলা সমাজগী সেঃ অমস্নুং চেয়ারমেনগা তান্নহুনা সিঃ সিঃ দা অনৌবা দরখাস্ত অমা থারে। প্রজাশিংগী অপাম্বা ৱারেপ্পি, করিগুম্বা চিংনবীরবস্তু চপ চাবা মবম য়েংবীয়ু অতুগা হুকুম তাহনবীয়ু হায়জরুরে। মখোয়গী অহনবা লৈতবা ৱাখল অমস্নুং পুকচেল্লগী



**অঙম্বশিংনা প্রজাগী পুক্নিং চাং য়েংলি।**

খবকশিং অতু উবদা সিঃ সিঃ না হুকুম তৌরক্লে, "করে, হংচিং ঐনা লৈবাক্কী অঙম অথৌপা লোয়ননা কোয়না চত্নুনা অয়ুক পুং ৪ তাবা কাওবা চীং-তম'পুম্বা থুংনা য়েংগনি। অয়াবা প্রজাশিংনা অঙৌবা ফিরাল, অঙৌবা পোষ্টর পায়হুনা লাম্বী

ময়াদা মাগী মাগী মরমদা লৈরম্মু অদুগা য়ানীংদবা প্রজাশিংনা অমুবা ফিরাল অমস্থুং অমুবা পোষ্টর পায়রম্মু। মতম অদুদা ঐনা প্রজাশিংনা পাম্নবা অদুগী মতুং ইন্না হোৎনজগে।”
অসিগুম্বা হুকুম অসি ফংবদা অরা-নুংঙাই য়াম্নহুনা মখোয় লাক্লে, মরমদি :—লায়না লুখ্রবা থবক অমা ওইখিবদগীনি। সেক্রেটরি অনিনা মী খরগা জীপ অমদা তোংহুনা নহান তিনবদা য়াওখিবা মীশিং অদুগী মকোক মকোক ওইবশিংদা পাও অসি তমজরুরে অমস্থুং অঙম্বা তেঙবাংবীখু হায়জরুরে। মখোয় লোইনা হরাওনা য়ারক্কুনা মতুংগী নোং হেক ঙানবদগী হৌনা আশাপুর থুংনা মথংগী নুমিত্তা তৌগদবা থৌবমশিং অদু প্রজাশিংদা লাউথোকখ্রে। প্রজা-শিংনা পাউ হেক তাবগা অঙৌবা ফিরাল অমস্থুং অঙৌবা পোষ্টর শানখ্রে অদুগা লাউগদোবা, ইগদৌবা শ্লোগান্নচিংবা থৌরাং তৌনখ্রে।

অহিং থেংজিল্লকপদা নহানগী খোঙ্গেল অদু অমুক হন্না তারক্লে। থম্মোই শোক্লবা তোমচৌ ইন্সপেক্টরনা লৈকাইগী মী ৩০ মুক্ক মাম্নহুনা য়াংনা থৌরক্লিবা গাড়ী অদু করিগুম্বা শক্তি অমা তৌহুনা ফাখ্রে অমস্থুং থুনা থানাদা পীখ্রে। থানা য়োরবা মতমদা প্রজাশিংগী থবক্তা অপনবা শীল্লমলিবা মীশিং অদু অতৈ কনা অমত্তা ওইরমদ্রে; ফাখিবা মীশিং অদুগী মরুপ ওক্তবা তরাখক ওইরম্লে। থানা হায়বা অসি অমরোমদা পাপকী মর্ক্মি অদুগা অমরোমদা অয়ানবা লমচৎ শেংদোক্লবা পুন্যগী তীর্থনি। চৈনা রায়েল পথাপ ওইরবা শঙ অসিদা পুন্নমক হায়দোরক্লে—

মখোয়দি ওক্তবা ছাত্রশিং ভাক্তনি অমস্তুং কত্তবশিং অত্থগী সঙ্গ ভাক্তনি ; ফুরিং তূবা খরদা কৈজোম শেংপ্রবদি মখুৎশূ লেপ্পগনি হায়জিন্দুনা মখোয়গী খরচ ওইনবা লুপা চাম্বা লৌখোক্লগা নত্তবা থবক অসি পাঙখোকক্লবা তৌবা ওইরমত্থনা অহিং অত্থদা লোইনা ক্বাগৎপ্রে ।

## অককনবা নুমিৎ

ঙসি হায়নখিবা নুমিৎ অত্থনি, য়ুম খুদিং চাকঙন চানপ্রে, লম্বী নকপা কোম্থোং খুদিং লফু থাত্থনা অঙৌবা ফিরাল য়ুংপ্রে, অঙৌবা পোষ্টরদা অঙাংবা কালিনা প্রজাশিংগী পুক্লিং তাক্লি। অয়ুক পুং ৯ তারক্লত্থনা লম্বীগী নাকল অনিদা নিপাগী পরেং, নুপীগী পরেং অমস্তুং অঙাংগী পরেং মথুক্তা ফিরাল অঙৌবা পায়ত্থনা অঙৌবা পোষ্টর পায়ত্থনা স্লোগান চপ মান্নবা লাউনরকপনা মায়গৈ খুদিং, লমদম খুদিং চীং-তম পূমনিল নিম্নরক্লে। মতম চপ চানা চিফ কমিশনার সাহেবনা অঙম-অথৌশিংগা লোয়ননা গাড়ী পরেং শানা থোদোরক্লে। চৎখি-চৎখিবা, য়ৌরু য়ৌরুবা লমদম খুদিংদা প্রজাশিংগী লিংজেল মান্নবা, লূবা-নানবা, নীংথিবা ব্যবহার অমদি নিয়ম নাইবা অত্থ উবদা পেনবীপ্রে। প্রজাশিংগী ভক্তি কক্ত-মনখ্রত্থনা গাড়ী মথক্তা অঙম্বশিং কমত্থনা লৈবা ঙমখিপ্রে, লেপ্তুনা প্রজাশিংগী ভক্তিবু ওক্লগা ভক্তিনা অমুক হল্লি। অম্বুম্বা চীং-তম'পূম্বা মান্নখিবা অত্থ উরদা প্রজাশিংগী অপাম্বা থাজৈ-শোংবনি খঙত্থনা নুমিৎ অত্থমক্তদা পুং ৫ তাবদা প্রজাগী দাবী পীয়ে তাকপীখি। য়ারে হায়বা হুকুম তাবদা প্রজা 'পূম্বনা চিফ

কমিশনার অমসুং অঙম্বশিংবু থাগৎপগা লোয়ননা পুন্সি তোলোই-হনবীয়ু হায়না ঈশ্বরগী মকমদা নিজখি।

মথংগী নুমিত্তা নুপী চিংলুবা নিপালগী বিচার লোইছুনা লুপা চামণ্ডা চামণ্ডা জরি তৌখি অমসুং চহি ১০ আশাপুরদা নোংমা কাওবা লাকপা য়াদে, মমা-মপানা মচাগী মহৈ তম্বগী খরচ পুছুনা মহৈ তমহলগদৌবনি হায়ছুনা ভারতকী অরাপ্পা মকম মাদ্রাজ জেলদা থানবা হুকুম তৌখি। লুপা চামণ্ডা অমনা অশোকপা মৌপ্‌বাগী লায়েংনবা, চামণ্ডা অমনা ঈকাইবা পীডুনা ফারুবগী হায়ছুনা মপা তোমচৌ ইন্সপেক্টর কৌছুনা পীখি। তোমচৌনা শেল অহু লৌরগা ময়ুমদা হেক থুংবগা মিসকী ময়ুমদা চত্তুনা লুপা চামণ্ডা পীখি। অহানবদা লৌ হায়বা য়ারমদবদগী পুকচেল শেংনা পীবা খুদোলগুম্ববা মনা অসি লৌদ্রবদি মপা-মচা, মরুপ-মপাং মখোয় অমুক তিম্নররোই হায়ছুনা শাউরবদা মচাগী মহৈ তম্বদা তেঙবাংনবা ওইজরগে হায়ছুনা মপা মাধবনা চরৈ ফিগাও শানা প্রেমগী খুদোল য়াজখি।

১০শুবা পন্দুপ

# আশাপুরগী অনৌবা খোঙচৎ হৌবা

আশাপুরগী মতম কুইনা মাঙলুরবা চৎনবী ৱাহি, নুংশিৱবা ধর্ম্ম অমস্তুং মীনুংশি খঙবা শাজৎ নৌনা অমুক হল্লক্লে। জাতি পোকপী পলেম্না মচাশিংগী মতৌ উবদা অশংবা হৈপাল, লৈপাল মরুমদা খোইরুম মোমোন নোক্তুনা হরাওজরি। অয়ুক অঙনবদা হৌদুনা য়ুম খুদিং ধূপ-থাউমৈনচিংবা থান্দুনা ঈশ্বরবু খুরুমজরি। ঈরুজরবা মী'পুম্বা চন্দোল ঙৌনা থিন্নরক্লে, লূনা মচু তানা শূরবা ফৈজোম নহা অহন্না শেত্তুনা, নুপীশিংনা ফজরবা মখল মখা মচুগী ফনেক-ফিনচিংবা শেৎ-ইন্দুনা সনা লমজাও মথক্তা পরেং পরেং চৎপদি অঙৌবা কুন্দো পরেংগী মরক্তা মখল মথেল মচুগী লৈশিং হৈ শিংলবী মালিনিনা লৈরাং লৈখল চানা লেংবদগী হেন্না ফজৈ। ছাত্র-ছাত্রী'পুম্বগী মথোক কারকপা নৌরবা মায়থোংদা মমল য়াম্লবা হরি গুণবু অঙৌবা চন্দোলগী কালিনা ইথ্রে। ছাত্রশিংনা অঙৌবা ফৈজোম শেৎপা উবদা অহল ওইরবী ঈমা-ঈবেল অমস্তুং ঈপা-ঈপলশিংনা মমাঙঙৈদা মখোয়না চৎলম্বা নুংশিরবা শাজৎ নৌনা নীংশিংদুনা লম্বী, কোম্থোংদা লেপ্তুনা য়েংজরগা মিৎস্না থম্বাল লকাদা তরংগী লাইজ শিন্থৱি। তম-থীরবা শাজৎ কোক্তুনা চান্নবা লিচৎ লাক্লগনি, ঈরৈবাক্তী ৱুহি

হল্লক্লে খঙ্গরগা অমুক খোইক্লম তৌজরি। পলেম শকপী ঈমাখোয়, পম্বোঁশকপা ঈপলশিং, মতমগী মুংশিংনা পুরকপা



মাওসুরবা মজাতিগী ধর্ম্ম অমসুং চৎনবী রুহি অমুক হল্লক্লে।

অনৌবা লাইঙ্গনা খিকপদা হৈরাং-লৈরাং তেকখৎপনি, অনৌবা ময়োল চোংলকপনি, করিগী অত্থুক ওকল্লুরি।

রিজোলুসনগী রারেপ'পুম্বা লোইনা চৎনবা হৌগ্রে ; তল্লিবা স্কুলগী লাইরিক মতমস্থু তপ্পা তপ্পা নোংমা নোংমগী শেমদোরক্লুনা খুংকী শিনশু হাপচিল্লক্লবা হোৎনরক্লে।

নুংথিল পুং ২ তারকপা মতমদা পোলিস ইন্সপেক্টর অমনা সিফাই খরগা লোয়ননা মাইক্ত্বা পাউজেল্লক্লে, "ওসি নুংথিল পুং ৫ তাবদা ঈংবেমহল কৌবী ছাত্রী অমবু ফাবা, মৌপল্লা চাউখোইবু

খাঙনা য়াল্লম্বা মখোয় নিপাল অহু চহি ১০ গীদমক আশাপুর লৈবাক্ত খাদোক্তুনা লাপ্পবা মাদ্রাজগী জেলদা থাগ্রগনি। প্রজা ঈপা-ঈপল, ঈমা-ঈবেল অমস্তুং ছাত্র-ছাত্রী 'পুম্বা মখোয়না ঈবৈবাক থাদোক্লমদাইগী মমাঙদা মঙ্গল পীবীরো অমস্তুং উনবীহো।" অস্তুম্না মাইকৈ খুদিং পাউজেনখ্রে।

পুং ৫ তাররক্তুনা জেল মমাঙগী অচৌবা লম্পাক অহু মীনা ক্রিক ক্রিক ইম্নখ্রে। মখোয় নিপাল অহু ফজরবা অঙৌবা ফুরিৎ কৈজোম শেত্তুনা নোংমৈ পায়বা পোলিসনা নাক-য়েক চপ্তুনা থোরক্লগা ময়াম্তু মথুৎ লোয়া খুরুমজে। করি মরমদগী মতৌ করম্না মখোয়না লাপ্পবা মাদ্রাজদা চহি ১০ থমগদৌরিবনো হায়বা অহু পোলিস ইন্সপেক্টরনা শন্দোক্লা তাকখি।

হুকুম 'পুম্বা লাউথোকপা লোইরবদা চৎখিগদৌরিবা মখোয় নিপালবু লাক্লিবশিং অহুনা মঙ্গল ওইরকউ হায়হুনা আশীর্ব্বাদ তৌবীখি। মখোয়নস্তু কায়নবগী বিদায় ওইবা য়াহৈনা সভাদা খুরুমজখি। মতাংস্বাইদা থোকখ্রিবা থবক অহুগী থৌবু কালা সাহেবনা ময়ামগী মফমদা হায়জখি, 'ঙসি তিনবীরিবা সভাদা ননাই ঐখোয় নিপাম্না নোলুক্লা ভক্তি কচ্চরি। মরাল লৈরবা অয়ানবা থবক তৌরবা মীনা মরাল অহু লৈবাক্লা খণ্ড্রিবা মখৈ লাল্লি হায়দে, ফোঙদোক্লবা লোৎপা য়াত্রবা মতমদা লাল্লি য়াই হায়বা অহু ঐখোয়দা থোকপ্রে। হৌজিক ঐখোয় নিপাল লৈবাক্লা খঙবীরে, ঐখোয়স্তু ঈশানা ইয়াল য়াজরে। ঐহাক্তি অচৌবা ঠিকাদারনা পোকপা নুংঙাইবা মচানি। ঈমা-ঈপানা

য়ারকপা লৌদবা, নত্তবা থবক তৌবা, লমচৎ চুমজবা ঐগী ইরাল অসি ঈশানা ওক্তবদগী থোকপ্রিবনি। হৌজিক ঈশাগী ইরাল চপ চানা য়াজরে অমস্তুং লৌশিংগী মিৎ পাঙজরে। ঐখোয় নিপাল 'সিগী ঈরক্তা বাবুধন হায়বা অসি মমা লুপ্রাবীনা য়োকচবা লায়ররবা মচানি। মহাক অসি অহানবদা য়াম্না মরম ওকপা ছাত্র অমা ওইরম্মী; লাইরিক ক্ষবা, পূকচেল তপ্পা অক্ষবা মচা অমা ওইবম্মী। মহাক অসিবু ঐনা নুংশিবীরূদবদগী মাগী লমচৎ হোংখত্নুনা ঙসিদি ফত্তবা ঈবক্তা য়াওহনা অসি গুম্বা অরাবা শককশিং অসি যারবে। ঐগা মাগা মতম 'পুম্বদা থাদোক্লদে, নিতিগী সিনেমা য়েংবা অমস্তুং মফি মবোল ফাওবা ঐনা লৈবীত্নুনা মাগী থরচ'পুম্বা ঐগা চপ মান্নবা পুবি। ঙসিদি ঐনা শেংনা খঙজরে—ঐনা মাগী-দমক তৌখিবা উপায়শিং অহু অরেম্বনি, মাগী মাঙনবগী মশক্কি। ঐনা মাবু নুংশিবীবমজবদি মহাক মহৈদা চঙখোনবা মী অমা ওইবমহুনা শীংঙানবা য়ারমগদৌবনি। হৌজিকস্তু মাগী থরচ'পুম্বা ঐগী ঈমা-ঈপানা পুবীগদৌরি। ঐনা হায়জরিবা অসি মরুপ অসিবু য়োনবা নচ্চদে, সঙ্গদগী মীনা মাঙই হায়বা অসি খঙহল্ল-নীংবদগী হায়জবনি; অহুনা—সুংশিরবা ছাত্র ঈচৌল-ঈনাওশিংনা ঐগুম্বা ফত্তবা মীগা সঙ্গ তৌবীগনু, তাকচবা নচ্চদে য়ারৌবীগনু। অহুগা, ঐনা হায়জনীংবা অমদি করিগুম্বদা ঐগী ঈমা-ঈপানা খঙহৌদনা নংথরক্কনা য়ারক্লবদা সরকারনা তমজো হায়বা ইহৈ অহু অহুম তমজগনি, অহুগা—হায়জরিবা মরুপ অসিমদি করি-গুম্বদা প্রজাশিংনস্তু থরা য়েংশিনবীরকউ। অরোইবদা ঐনা হায়জরি,

ঐখোয়বু মিৎ পাঙহনবীরবী মিস স্বর্ণ আশালতা অমদি মতা ঈবেমহল অমস্তুং থোইদোক্লা নুংশিজরবা, চৈনাখোল কংলবা ঈনাও চাউথোই অমস্তুং ময়াম 'পৃথগী মফমদা ঐখোয়গী লঙজরুবা ইয়ালশিং অতুগীদমক ভক্তিনা লৈরাং ওইনা কচ্চরি, য়ারৌবীগনু ।"

অসিগুম্নবা নুংশিরবা য়াহৈশিং অসি তাবদা তিল্লিবা মীয়াম অপূম্বা মপি তাখিবা খঙহৌদে। পাম্ব কৈনা শোক্লবা নোংবান্না থরাইগা হকচাংবা কায়নরমদাইদা মতাও খম্বগী মফমদা মরাল ঙাকপীয়ু ঈশ্বরনা লৎনদনবা হায়বা য়াহৈ তাবদা খারবা নোংবানবু ঐখোয়না খংনুং নুংশিবগুম মখোয় নিপান্দস্নু থোক্লেদো।

নুমিৎ থেংজিলক্লবদা মখোয় নিপালস্নু মীরৈবাক্কীদমক শেম-শানবা পুশিনথ্রে অতুগা ময়ামস্নু নুংগুক-নুংজানা মরান য়াইদা পাংনখি। রেল চেন্দবা লম্বী ওইবনা অহিং থাবা গাড়ীদা তোংদ্রনা মীরৈবাক্কী যাত্রা তৌখি। ময়ৈবাক্কা মীরৈবাক্কা তাইনবা ঙমখৈ য়ৌরকপা মতমদা মখোল থোক্লা হিক্লা কপ্পুনা পোক্লকম লমদস্নু খুরুমজরম্লগা মরুপ নিপাল বিদেশ তম্মা চৎখি।

## আশাপুরগী চাওথৎপা থোঙথাং

নিতিগী চৎপা শাজৎনা মীওইবগী লমচৎ শেম্বনি, অতুনা অহল-লম্মন্না শাজৎ কজৌ লমচৎ কনবা হায়বতু অচুম্বনি। হৌজিক আশাপুর লৈবাক্কী প্রজাশিং শাজৎ করকপদগী লমচৎ করক্লে অমস্তুং সমাজগী চাওথৎপা থোঙথাং নোংম্মা নোংমগী থাংজিল্লক্লে। মমাঙহৈদদি লম্বীদা নহারোলশিংনা ঙাওশিন্নতুনা মুপী-অঙাংশিং

লঙনরম্মী, নিতিগী খৎন-চৈনবগী পাউ তারম্মী ; হৌজিক্তি লেপখ্রে। মুমিদাংদা নহারোলশিংনা য়ু থক্কু না লম্বী লমখাংদা ঙাওশিন্নহুনা চৎলম্বা অদু চৎখিদ্রে। লম লমগী লৈরিবা কোমিটিগা সরকারগা চপ মান্ননা মিৎয়েং চঙখ্রে, প্রজা লমহেনবা লৈরম্বা অদু কিবদগী তোকখ্রে। করিগুম্বা লুহোং-খোঙদোংবনচিংবা তৌদবা য়াদবা কর্ম্ম লৈবদা মাইক খোংবা তারবস্তু অয়ুক পুং ৫ তাবদগী ৭ ফাওবা, নুংথিলনা পুং ৫ দগী ৭ তাবা ফাওবা অরেম্বা ফবক তাবা মতম অসিদা খোংবা য়ানবা হুকুম তৌখ্রে। মমাঙ-ঙৈদা ঈরাঙ লাঙহুনা সমাজবু ইরাং পুখোক্কু না মতম মাঙহলম্বা অদু তোকখ্রে। ছাত্রশিংনা ময়ুমদা লাইরিক পাবা কান্নদ্রে, ঈথক্কা তাউহুনা লৈরম্বা প্রজা 'পূম্বা মতৌ করম্না করম্বা থবক্কা হোৎনরগা চাওখৎকনি খন্নখ্রে। হুকুম থোকখিবা থা অহুম, মরিরোমদি কনা কনাগুম্বনা শাউনরম্মী, তৌগে মতাগুম লিলা-পালা ট্যাক্স থীহুনা ঙম্মী মতাগুম তৌনরম্মী, হৌজিক্তি ভাব তানরক্কু না তোকখ্রে। কাং মনুংগী কুম্মৈ, য়াওশঙ, ঝুলোম্নচিংবা কুম্মৈশিংদি মমাঙঙৈদগী হেন্না কজনা তৌখৎনরক্লে। সিনেমা হোল লৈরিবশিং অদু নোংমদা শো অমত্তা নুংথিল পুং ৪ দগী ৭ কাওবদা মউৎলি অদুগা ড্রামা শান্নবস্তু নুংথিল পুং ৪ দগী ৭ কাওবদা মশান্নহল্লি। চহি ২০ গুবা কাওবগী হায়বদি ছাত্র-ছাত্রী নহারোলশিংগী য়েংনবা হোলদা মীরৈবাক্কী মহৈ মতম, হুকশেলগী মরম, সাইন্সকী চাওখৎপা খোঙথাং, শা-লাল শোন্নবগী মওং-নচিংবা উত্তুনা নহারোলশিংগী লমচৎ-শাজৎ শেমগৎনবা হোৎন-

রক্লে। লভসিন য়েংহুনা ছাত্রশিংগী মাঙনবা ওইরম্বা, অশাবা হন্না-পানিগী লমগা চুনম্রবা ফিলমশিং অহু নহারোলশিংদা য়েংহনখিদ্রে। সরকারনা মতম চাদ্রিবা কনাগুম্বা য়েংলম্লবস্থ ক্ষাহুনা জরি তৌরম্বা অহু হৌজিক্তি কনাস্থ য়েংনদ্রবনিনা তোকখ্রে। শান্ন-খোৎনবা, ডিবেৎ তৌবা অমস্থুং ফনবা খন্নবগী মিটিংদি তোয়না তৌখৎনরকই। উকিলশিংনস্থ অচুম্ববুদা কন্নবা অরানবদি মবাল ফংজনবা হোৎনখিবদগী শেন্না মবান কনগনি খন্নরম্বা অহু কান্নখিদ্রে।

থবক অমা ফত্তনববু ওইববস্থ ফনবু ওইরবস্থ তৌরুববদি মহুগী ফল ফংদবা লৈতে, মহুবু কর্ম্মগী ফল কৌই। মসিবু এক্সন রি-এক্সন হায়না বিজ্ঞানীশিংনা কিনা তৌনরি। ঈশ্বর হায়বা অসি লৈতবা নত্তে লৈ, মহাক লৈবনা জগৎ হিংলিবনি। অবানবা মীগী মবান অহু মীওইবনা দণ্ডি পীহুনা ন্নাবকপা ঙমদ্রবদি ঈশ্বর মশামক লাক্কুনা মাবু ন্নাবকই। মতম'পূম্বদা ঈশ্বরনা ঐখোয়গী ন্নায়েন-থৌদা য়াওবীরি হান্নবা অসি কনাগুম্বনা ঙক্না থোক্লম্বা য়াই। মহাক্না করিগুম্বা মতমদা সমাজগী থম্মোইদা ন্নাখলগী মশক ওইনা লাকই, করিগুম্বা মতমদা থৌথোক ওইনা লাকই, করিগুম্বদনা মহাপুরুষ ওইনা লাকই, মতম অমদনা প্রকৃতিগী মশক ওইনা লাকই অহুগা করিগুম্বদা শা-লাল, অনা-অয়েক ওইনা লাকই। মতৌ অস্থুন্না ঈশ্বরনা তাইবং ন্নায়েন য়াওবীরিবা অসি খঙবা চুম্মি নত্রবদি ঈশ্বরনা ঐখোয়বু ন্নারৌগনি। বিঃ এঃ, এমঃ এঃ পাস তৌহুনা মহৈ হৈবা মীশিং অহুস্থ ইডুকেসনগী

জ্ঞান ফংহুনা অফ-ফত্ত খঙত্ৰবদি মহৈ হৈবা কৌবা য়াদে ; লাইশু খঙবা মাধবকী জ্ঞান বিঃ এঃ, এমঃ এঃ দগী মহৈ হৈবা হেল্লি হায়বা অচুম্বনি। ধর্ম্মনা য়াদে তৌহৈদে হায়বা অসি ঈশ্বরগী মমল য়াম্নবা পাউতাক্লি হায়বা কাউফদে। অসিগুম্নবা মমল য়াম্লবা ৱাহৈশিংগী অৰুবা অর্থশিং খঙলক্লহুনা আশাপুর লৈবাক অসি চহি অনি, অহুমগী মনুংদা অনৌবা মালেম ওইখ্রে।

স্কুলশিংগী লাইরিক তম্বগী নিয়মস্থ হোংখ্রে, নোংমগী মনুংবা পুং অমনা ছাত্র-ছাত্রী খুদিং খুৎকী মহৈ তমই। মমাঙতৈদা স্কুলদা কারক্লমদবা, ছুটি হূরান্দুনা চেন্নরম্বা অহু ৱাখল লূরহুনা জ্ঞান তারক্লবা মতম অহুদদি তোক্লখ্রে, নোংমা কাদ্রবদি মশাদা অমাঙবা ওই হায়বা অহু মশানা খঙজরে। উশূবা, ফুরিংতূবা সনা শাবা, য়োংশুবা, লং নাইবা, ফি শাবা, ইংখোল শূবা, শামতূগী লং নাইবা-শাবা, মোজা লোনবা অমস্নুং শাবা, কুদাম্ন-চিংবা পোৎশাবা, মখল মখলগী শান্ন-পোৎ শাবা, শাবোন শাবা ঘড়ী অমস্নুং গাড়ীনচিংবা শেমগৎ-শাগৎপা, কোল শাবা ফোৎপা, চফুশাবা, টিনগী পোৎচৈ শাবা, এনামেল অমস্নুং চাগী পোৎচৈ শাবা, থোঙউপ তূবা, অরায়বা মখলগী চে শাবা অমস্নুং হৈ মহি-সোদা ৱাতরনচিংবা শূবা য়াবা খুৎকী থবক'পুম্বা ছাত্র খুদিংমক স্কুলদা তম্নরক্লে। সরকারনা কৈথেল খুদিংগী অচৌবা দুকান হাংহুনা ছাত্রশিংনা শাবা পোৎ য়োল্লগা শেন্দোংহুম ফংলে। প্রজাশিংনস্থ দেশকী কান্নবনি খন্দুনা পোৎশিং অহুবু থরাক্ত য়াওনা শীজিন্নখ্রে ; সরকার অমস্নুং প্রজা পূন্না কান্নবা ফংমিন্নরে।

ছাত্র-ছাত্রীশিংবু মীরৈবাক্তা ট্রেইনিং থাক্লনা খুৎশা হৈবগী বিদ্যা তম্লবা থৌরাং তৌরক্লে। দেশ অমা চাওখৎহনবদি সরকার অমস্তুং প্রজা মাল্লদবা য়াদে, অনি অসি মান্নরবতদা চাওখৎপা ঙম্বনি হায়বা হৌজিক্তি প্রজা অপুন্বা খঙনগ্রে।

অসিগুম্লবা মতম অসিদা মিস অমস্তুং মতা ঈবেমহলদি আর্টঃ এঃ ক্রাফ্ট ইয়াবদা তম্লি। হৌজিক মাবু ময়াম্না কলেজ 'পুম্বগী সেক্রেটরিগী ফম শিন্নগ্রে। মহাক হৌজিক বৃত্তি ফংদ্রে অত্তবু মশাগী চাওখৎপদি হান্নদগী শরুক অহুম হেনগৎলি — সমাজ অমস্তুং দেশকী চাওখৎপা খনবা, মীকোক থোংহনা ছাত্র-ছাত্রী-শিংবু অফবা লীচিংদা পুনবা খনবা, ন্না ঙাঙবদা মী কিদবা, অচুম-অরান ডিসিপ্লিন খঙবনচিংবা মখল মখাগী গুন্না মশাদা লৈতেংগ্রে।

য়েংউ, নুপী, নিপা অমস্তুং অঙাং ওইবগী খেন্নবা অসি অচুম্বা অমস্তুং চাওখৎপগী মফমদদি চপ মান্নে। লালগী মবেম্মা দুর্গানি, ললগী লাইরেম্বী লক্ষ্মীনি, মহৈগী মবেম্মা সরস্বতীনি অমস্তুং অঙাং ওইবা ক্রুবনা চঙনা ঈশ্বর ফংখি। মতৌ অস্তুম্না মীরমলেন লাইরমলেন অনিমক্তা নিপা, নুপী অমস্তুং অঙাং থোইনা খায়দে। অস্তুম্না, অশাপুরগী তোমখিল শাৎপী লৈরাং অসিগী লৈহি চেনবা লৈনম ফংবদা থৌহু নুংদগী হেন্না কল্লম্বা খঙ্গোইশিংছু মহি চেনগ্রে। চেল্লিবা মহি অত্তুমা ঈংথয়রক্তুনা নঙশিন্নকপা মতম'সিদ্দা শেমনীং-শানীংবা মঙংদা শাদোক্তুনা দেশকী লৈতেং ওইরক্লে। মহাকী মতৌ তমহুনা নৌনা হৌরকপা নখোয়সু দেশকী মৈমা ওইবীয়ু।

মপা-মমা, অহল-লম্মন, লাইগুরু মশক খঙনা চৎপনা নহাগী অথোক্তবা ধর্ম্মনি। মরম অসিদগী তাক্তবং পুক্লিং খঙলবা মহা-পুরুষশিংনা কন্ত্রিগুম্বা কক্তবা থবক অমা ধর্ম্মনা য়াদে, মহু তৌহৈদে হায়রম্লিবা অসি মনুংদা মমল য়াম্লবা ঈচেল অমা চেল্লিবা য়াহৈনি। ধর্ম্মবু হেল্লা তৌহনা নত্তবা লমচৎ চৎলবদি আইমশু য়াদে হায়বা আশাপুরগী প্রজা'পুম্বনা মুম্লা খঙখ্রে। মরৈবাক চাওখৎহনগে নীংলবা, ভারতকী ফিরাম্লা য়াংনা পাইহনগে খল্লবা, ইজাতিগী ঈশৈবু মালেম'পুম্বা শিন্থুংনা তাহনগে হায়রবদি পুকচেল তিংনা থবক তৌবা, ভারতকী তোঙানবা ষ্টেট খুদিং মশা মশাগী ধর্ম্ম অমস্থুং কুহি ঙাক্লা চত্তুনা ভারত মাতাগী পোকমিম্লবা অমত্তা ওইবা জাতিগী ঈচীল-ঈনাওনি খন্দুনা নুংশিননা পুন্না থবক তৌমিম্লবনা অথোইবা ধর্ম্ম অমস্থুং তৌগদৌবা মথৌনি হায়বা প্রজা'পুম্বনা নুপী-অঙাং খাক্তনা খঙনখ্রে। ঈশ্বরনা দেশ অসিবু চাওখৎপা ওইহনবীসনু।

---

১১শুবা পন্দুপ

# ঈবেমহলগী অরোনবা শাক্তং

কালেনগী শারবা মতম ওইবনা মালেম'পুম্বা খোইরাং খোই-শাওই। উরুম লাংবা উজাওগী মখোঙ নত্তনা লম্বী লম্বাংদা তাইবং জীবগী পোথানবা মকম লৈত্তে। পুগ্রী, খোংবান অপুম্বস্থু

লাইজ লিকলা অমত্তা তুংদে, শঙ্কু পাইবা নোংগী মপৈনা কোয়ৌ থক্তগী তারক্তুনা মালেম ঈংগদৌবোই নীংই, অদুবু খোয়শাওনবদা খৌশীল্লি। কোয়না চাবা কাওয়েন শলশিংনা চন্না নোংদম লেপ্তুনা শোয়োকী য়াংবী মথক্তা মমৈ তাম্থা জগোই শাদুনা তত্তনা হয়িং হুমদুনা মরৈ হা হা তম্না মৈচাক অহুম খাঙজরি। নুমিৎ য়ুংবা মতুং প্ং অমরোমদা তারিবা মরম্না কনা তুবৎ চৎনদ্রি। অসিগুম্নবা মতমদা মথোক কায়কপা পাখং অমনা পামেল উগী উরুমদা কমদুনা মরু লৈদা লুক্তুনা হিক্না কপ্তুনা তেংথারি। অমুক তুমিন্না লৈরগা খোয়রুম তৌনা নোক্লি, অমুক্না মচীন্দা মুরুম মুরুম শোনবগুম তৌই। চরৈ ফিদি মমল য়ামদবা ঈশূ তাবা ফি শেং-চায়, মখুত্তা রুমাল অমা পায়দুনা তত্তনা মপি তৈথোক্লি অদুগা ফুরিংখাউদদি নোটবুক মচা অমা হাপ্লগা কলম অমা থেত্তুনা লৈবা উই। কনাগুম্বনা য়েংলবদি মহাক অসি অঙাওবা অমনি থনগনি, অদুবু নত্তে—আশা ময়োল তেক্লবা নীংথা কায়বা কনা লৈজন্নবা নিপা অথনি।

অসিগুম্বা মতমসিদা ঈবেমহলনা কলেজদগী ছুটি লৌদুনা পলেমগী য়াথং মতুং ইন্না করিগুম্বা থবক অমা চৎলুনবগীদমক ময়ুম তম্না সাইকল তোংদুনা লাকপদা লম্বীদা সাইকল বেরা তৌবদগী মখোঙনা তপ্পা লাক্লি। অশুম অশুম লাকপনা পাখং অসিনা লৈরিবা মকম নকশিল্লক্লে। লাইতোম কন্বা নিপা অদুবু উরবদা মমাঙডেগী মতৌ অদু নীংশিংলুবদা মতু খ্যাও চুংই। মাঙ্ক-ত্তুং কনা লাকপগে য়েংবদা কনা অমত্তা উদে। চঙ্কবা

য়াদবনিনা মহাকপু করম্বা মীতানো খঙনীংবনা মূনা মুম্না য়েংহুনা লাকপনা মকম অহু নক্লক্লে। অশিংবী নুপী ওইহুনসু নিপা অহুনা তৌরিবা মওং অহু উবদা ঈবেমহলগী ঙকপা থেংগ্রে ; মহাকপু মুম্না য়েংবদা অঙাওবনি হায়রবসু ঙমদে। পুক্নিংগী আশা তেক্লবা নিপা অমরা নত্রগা মমাম্নবনা লাকচ খুহুম চন্দুনা হিক্লা নাও-থেমলিত্রা, করি মরমদগীনো অওইবা পরিচয় অমা খঙদনা চংলরোই হায়না ঈবেমহলগী পুক্নিংদা খনখ্রে। মমাঙঙৈদা থোকখিবা থৌথোক্তগী নিপা হায়বা জাৎ অসিদি লিন্দগী হেন্না তমথীবনি খনগ্রবী ঈবেমহলনা লৈরাংদগী হেন্না থোংলবা নুপীগী পুকচেল চেনবা নিপাসু লৈবোই খনখি। মনাক য়োশিল্লক্তুনা লম অহুম, মরিদং লাপ্পরক্লবা মতমদা চপ লেপ্লগা 'ঐগী সাইকল অসি অমুক্তা শেম্বীয়ু' হায়রকই। নিপা অসি তায়, অহুবু মী লাকই খঙহৌদবদগী মপি তৈথোকহৌদবা মরম্না খুমগদোবা ঈকাইহুনা লুকথরগা রুমালনা তৈথোক্লি।' "তাবীরিত্রা ? গাড়ী অসি অমুক্তা শেম্বীয়ু, থৌবা য়াদরে।" হায়রহুনা অমুক্তা হন্না হায়রকই। ঈকাইথীবী নুপী অমনা ঈকাইবগী বাংমা লান্দুনা অনিরক হন্না হায়রক্লবদা খুমজ্রবদি হৌনবা খঙজ্রবা মীশক্লি হায়গ্রগনি খন্দুনা 'কনি' হায়হুনা তপ্না চঙলক্লগা গাড়ী অহু শেম্বা হোৎনরি। নিপা অহুনা থন্নাই য়াওনা হোৎনরিবা থবক অহুদা ঈবেমহলনা থৌশাদে, মহাকপু চিংনা য়েংলুবদগী মহাকী থম্মোইদা কামগী থৌরবা তেন্না পান্দুনা অরা মৈচাক কংলে। ঙাই-হাক লৈরগা হায়রকই, "ঈবেম্মা, গাড়ী অসি বোলরেষ্ট চপখাইরে,

তোংবীবা নুংঙাইররোই, খুৎলাইশু য়াওদবনিনা শেম্বা য়াররোই, অঙ্গম ঈন্দুনা লেঙখ্রো।" অসিগুম্বা ৱাহৈ খরা অসি হায়রগা মক্ত লুক্কুনা হান্নগী মফম অদুদা চৎকদোবগী লাক্লরি। জগত্তা লৈবা নিপা মখৈনা তমথীপ্রবা মতমদা মৱাহৈ তপ্লবা, অথোৎপা থম্মোই চেনবা নিপা অসিগী মফমদা ঈকাইররোই খন্দুনা হায়বকই, "করি লমদা লৈবগে, করি মিং কৌবগে অদুগা অৱাবা খুদোংথীবা লৈবগী মঙংনা করিনো? ঈকাইবা কোক্সাই থাদোক্কুনা হংজরিবা পাউখুম অসি থুনা খুম্বীযু নত্রবদি কনাগুম্বনা উরগা নত্তবা ৱাখল খনখিদুনা ঐগী মিংচৎ ফত্তবা য়াই, থুনা তাকপীয়ু।"

পুকচেল তিংলবা ৱাহং তাবদা পম্বা ঙমদ্রদুনা খুম্নকই, "মণি কৌই, লৈহাউ পল্লি লৈকাইদা লৈ। ঐগী ঈমা অশোনবীগা ঐগা লৈজবনি, অদুবু মপুন্সি তেন্দুনা ঙরাং লৈখিদ্রে। ঈমা লৈখিদবগী অৱাবা মৈনা চাক্কুনা কপ্লনি।" "হৌজিক্তি কদাইদা চৎপীরিবনো অদুগা কর্ম্মনা করম্না শোনবীগদৌরি?" "শোরাত্তি ১০ নিমুক্তা ঙাইশিল্লক্রবনিনা প্রাইভেড তৌজরিবা য়ুমশিং অদুদা লুপা চনিদং হান্না এভভান্স পীখো হান্নজক্নগে চৎচরিবনি।" "পীরক কত্রা অদুদি?" "খঙদে, পীরকপস্থু য়াইনা।" "করি ক্লাস কাওবা তম্বীহৌবগে অদুগা প্রাইভেডকী শেলনা থাদা কয়া ফংবগে?" "মেত্রিক পাস তৌজরে, থাদা লুপা য়াঙ্খৈমুক খরা হেন্না ফংজৈ। লাইবক থীবদি চহি অহুম, মরি অসিদা তম্নরিবা খুৎকী থবকশিং তম্বা য়াওজহৌদ্রে, ঐনা খরা হানগ্রে অদুনা তলব চাবা থবকস্থু ফংজদুদনা অমুম্না খরা ৱাজয়ে।"

অসিগুম্বা থম্মোই কায়রবা য়া অসি তাবদা ঈবেমহলম্বী প্রেম ঈহৌবক্তুনা মিম্না 'থম্বাল লকাদা পিগী ঈরা শিন্থনা মিরবী য়ান্নানা হায়রকই, "অরাবনি অহুদি, ঐম্ভু গুমজবা থরদং দান তৌজরমগে, করিগুম্বা মতমদা অমুক্তংগা ঊনখিসি। শোরাং নোংমা রাংপগী অয়ুক পুং ১০ তাবা মতমদা খোংনাংগী স্নেংথংবদা লৈরা মক্ষম অসিদা করিগুম্বা থরদং থমজরমগে, মতম চপ চানা লাক্তুনা লৌবিয়ু, মীনা লৌখিনি।" অসি হায়তুনা লুপা কুনথক লাইরিক থাউদগী লৌথোক্তুনা পীরে। ঈকাই থীররা মণিনা শৌ হায়বা য়াখিদ্রে। মী উরবাদি কঙ্গররোই লৌরো হায়রল্লগা থুনমক ঈবেমহল মমায় মখা পাংনা খোঙকাপ থুনা ময়ুম মাইকৈ পাংখি। গস্তি লৈত্রবতুনা মণি লেপ্তুনা অতুম লৈহৌরে, ঙাইহাক লৈরগা 'করম্মো তৌরিব'সিদি' হায়তুনা পুকচেল শেংলবী দান্নি থন্দুনা শেল অহু লৌশিল্লগা ঙাইহাক ক্ষমতুনা মণ্ডল মণ্ডল থল্লগা অরাং পাংনা মাগী চৎকদৌবা মক্ষমলোমদা অহু চৎখ্রে। নুংশিরবী মমা কায়নবগী মৈচাক্কা যৌবনগী থমথেংলবা মৈচাক্কা নুং অনিগী মরক্তা হৌজিক মহাক হা ওইরে।

নুংশিবা হায়বা অসি অঙকপা পোৎশক অমনি, মসিবু অচৌবা ঈহৌকম ঈফুৎ অমা ওইনা লৌরবদি ঈচেল ক্ষাংনা চেনখি হায়বা য়াই। মমা-মপাগী মক্ষমদা নুংশিবা ; মচীল-মনাও, মরুপ-মপাং, ওঝা-গুরু, মচা-মশু অমস্তুং মুপী-নিপা নুংশিনবা পুন্নমক অসি অমত্তা মান্নদে। অতুম ওইতুনস্থ মখোয়'পুম্বা তিন্ন-তোংনবদগী খোন্নকপা ঙাক্নি হায়বা য়াই। তিন্নরবদি হৌদোংদস্থ

লুংশিরকই হায়বা অহল লম্মনগী পাউবৌ অদু অচুম্বনি। মরম অদুনা নহারোলশিংনা অসিগুম্ববা পোৎশক অসিবু মতম চানা, মফম চানা অফ-ফত্ত য়েংদুনা শীজিন্নবা চুমই, খ্বাইদগী চেকশিন-গদৌবদি অকোনবগী অসিনি। মসিবু লান্না শীজিন্নবদগী নত্রগা মবাইবক্তা তমখিবদগী হেক উনবা নুমিত্তগী ঈচেল অসিনা চেম্থদুনা অরাবা ঈপাক্তা তাউথদুনা ঈরাক্লদুনা রাখিবা অমম্লুং শিখিবগী খুদমম্থ অরাৎপা লৈতে। অসিগুম্ববা ঈচেল্লা চেন্দুনা কয়া কুইনা রাবখিগনি মখোয়'নিসে।

ময়ুম য়োরগা ঈবেমহলনা রা অমত্তা ঙাঙদনা মমাগী মনাক্তা চঙলক্লে। সাইকল য়াদদুনা মখোঙনা লাকপগী অরাবা মমাগী মফমদা তম্লগা মখোঙ-মখুৎ হামদোক্তুনা মমাগা লোয়ননা মবোক্কী অনাবা হংবা চৎখি। ঈশ্বরগী কৃপাদগী অনারা পরৈ হল্লমদুনা হরাওনা ময়ুমদা হল্লকখি। মমাঙদা লাইবিক ফাক্তোক্তুনা থম্লগা লাইবিক্তি পাত্রদুনা ঙসাই মানা উখিবা শকফম অদু মমাঙদা শং-শংনা লেপ্তূনা লৈবগুম নীংলে। রাখলগা রাখলগা রারী শাদুনা তুংগী অরা-নুংঙাই কয়া খন্দুনা পাম্মুরবা মতমবু অরেম্বদা লেন্দুনা ঈবেমহলগী পুন্সিদা অরাবা নংলে। মতৌ অম্লুম্না মশিগী মফমদম্থ রাখল নুংবং নুংশা য়াইখি। অসিগুম্বা অরাবা অসি তাইবং পুন্সিদা তত্তনা থোকই।

ছাত্রীগী জীবন্দা ঈবেমহল হৌজিক অমকপা অমা লৈরে হায়বা অসি মশানা খঙজরে। থম্মোইগী মৈচাক অসি কনাগুম্বা অমদা তম্লূরবদি মীনোক লাক্কনি খঙলদুনা মথরাইগা মান্নবা

লুনা তিন্নরবগী মতা আশালতাদস্তু থুপখ্রে। অহানবগী লুপা ২০৲ (কুন) অহুদি মাঙংখ্রে, মপা তান্নবদি চৈরক্কনি তাকপীরুরন্তু হায়রবদগী মমানা ফোঙদোকখিদ্রে। হৌজিক মহাক অনৌবা রাখল অমা খনবা হৌরক্লে, মপাগী থন্নিবা শেন্দগী মতৌ করম্না লুপা চনিদং হুহুনা লৌসিগে হায়বা অসিনা মাগী অথোইবা রাখল ওইখ্রে। মিকুপ নাহুম কুপ্না শেন্নরকপদা মাপন্নি ক্ষাওবা করিগুম্বা লৌ-থোক্লবগী শক্তি ফংলকত্রবদা করিগুম্বা ফংদ্রবদি ঐনা হায়রম্বা। সুমিত্তা কবি পীসিগে হায়বা অনৌবা রাখল অমা অমুক মফাং মফাং খল্লক্লে। মথন্তা অমুক নোকই, অমুক রাই, অমুকস্তু হেক কপ্লি, অরাবনা মাগী মশরুক ওইখ্রে।

হায়নখিবা সুমিৎকী অয়ুক অহু মমানা চাকঙন থোংলি অহুগা মৌপরা অমস্তুং মনাও নুপীশিংনা বিডিংরুমদা লাইরিক পারি; মপা তোমচৌ বাবুনা মখোঙ হাম্বা চঙখ্রি। তাঙ্গা অসিদা মপাগী শো লৌহুনা শিবা-চঙবা রাখনগী রাংমদা শরৈ থুনা উপু শো হাংহুনা লুপা চনি লৌথোক্লগা লাইরিক মনুংদা হাপচিন্দুনা থমখ্রে। চিঠি অমগা লুপা চনি অহুগা লেকা অমদা হাপ্তুনা রুমালনা য়োমলগা লোত্তুনা থমখ্রে। মচীল-মনাও-শিংনা স্কুল কানথ্রবা ক্ষাওবা মখোঙ-মখুৎ হামশিন্নহুনা লৈরগা মতম চাননবা করেজ কারক্লে। মী খরা চৎপা মরম্না মানা নীংলিবা থবক অহু পাঙথোক্লবা হোৎনবদা অপনবা ওইরগনি খন্দুনা সাইকল খায়গা লেপ্তুনা লৈরে। ঙাইহাক লৈরগা তাঙ্গা ফংলহুনা রুমালনা য়োম্বা পোৎ অহু থিরগদি ফংবা অহুগা মীনদি

উররোইদবা মওংদা থমগ্রে। ঙাইহাক লেপ্তুনা লৈরিঙৈদা মনি থাপ্লপ্লা লাকপা উরে, খরা নকশিল্লকপা মতমদা মখুৎ তিং-খোক্তুনা থুদম তৌরম্লগা মী খরা লাকপা উরম্বনা সাইকল তোংম্বনা চৎগ্রে। মশিনা মকম অম্বু য়োৎবক্লবা মতমদা ঙাইহাক কল্লগা য়েংলুবদা রুমালনা য়োমম্বনা লুপা চনিগা চিঠি অমগা লৈবম্বা খেংনম্বনা মরোল'পুম্বা পারুবদা সংসার অসিদা মাগীদমক অরাবা শরুক য়াবীম্বনা উপায় তৌবা ওম্ব। মী লৈরবনিনা অরাবা কোক্লকপা য়াই হায়না খনবা হৌখি।

শোরাৎ মতুং মরি, মঙানি কোনবদা মণিগী মমাগা পোকমিন্নবা মামা অমত্তং লৈজবা অম্বুনা মহাকপু মাগী মযুমদা লৈকবসি হায়ম্বনা খেমখি। মপা-মপুগী ইংখোল থাদোক্তুনা চৎনীংদবদগী মহাক্লা য়াখিদে। মরম অম্বুদগী চান-থরুবা কৌ-চেং পীরক্তুনা মীগী মীমোক চঙলক্তনবা হোৎনখি। মণিগী ইংখোলগা লোম্নবদা শম্বন্দি খানদবা য়ুম অমা লে, মখোয় মপা-মচা তরুক লৈবা অম্বুনা মাবু য়াম্না লুনা তৌই; মখোয়মক লৈবমত্রবদি মহাক শোয়দনা মাগী মমাগী মযুমদা চৎপা তারম্বনি। মতৌ অম্বুম্না, মমা কায়নবগী মৈচাক্কী মথক্তা খুংশি মৈচাক্লা অমুক মৈখি রাংনা চাক্তুনা ওনথোইনা অরাবা মৈচাক খাঙজখি।

নিত্তিগী নুমিদাংরাই পুং ৫ রোম তাবা মতমদা মহাক ঈবেমহলগী কোম্বোং মপান্দা হেক হেক চৎলি। মযুমদা চঙম্বনা কোয়বদি মতম অম্বুদা চৎনদবা মরম্না খক চঙদে। তাঙ্গ অসিদা ঈবেমহলনা পুঞ্জিদা নত্রগা টোটিদা ঈশিং শোকপা খোয়কপদা

হেক হেক উনৈ। তাঙ্গা ফংলগা পুক্নিংগী রা হোন্দোকনৈ, ফংত্রগা মিংকা মিংকা থম্মোইগা থম্মোইগা রারী শান্নুনা পেন্নজৈ। নোংমা মখোয়নি হেক উনহৌদবদা লৈবা ঙম্মদে, মকপা য়াত্রবা ছাত্রীগী জীবন অহু অমকপা কাম্লিনা তৈবদা মহৈদা মবুক্নিং চঙখিত্রে। মণিসু প্রাইভেডনা আইঃ এঃ পাস তৌগে থম্মুনা লাইবিক থরাই য়াওনা পারম্বনি, মহাক্কী রাথন্দা লুপখিবনা হৌজিক্তি পানা পানা ফাবা ঙমখিত্রে। মখোক কারকপী মপীমচা অমনা খোয়রুম মোমোন তৌনা মমাওদা কাতু-কারল চৎপগুম উরে। মতৌ অম্মুম্মা কয়া কুইনা রাহুনা লৈখিগদগে হায়না মওল মওল থনখি।

মহৈ তম্লিবা শাবী-শানৌশিং! অসিগুম্বা রাথল-শাজৎনা মনুং মতম চাদনা পাপকী শরৌ শীনফদে, হয়েং তুংদা নীংঙল্লোই, চেকশিনবীয়ু।

## ঈবেমহলগী লমচত্তা চিংনবা

মৈবু ফিনা কুপ্তুনা থম্বা য়াদবগুম্মা মহাক্কী অরোনবা অসি থুপ্তুনা থম্বা য়াবকত্রে। মমাওভৈগী শাজৎ হোংলকপা উবদা মমা-মপা রা তাম্নবক্লে অমস্তুং লংলা লংজিন থিবা হৌরক্লে। জ্ঞান লৈবা ঈমুংনিনা চাউজৈরক্লবী মচাবু চোংতনবা অমস্তুং ঙম্নবদি খিংহৌনবা মরম থিবা হৌরক্লে। মরক মবক্তা মকম থওদনা মমা-মপাগী শেল রাৎপগুম তৌবা করিগীনো হায়বা মচান্দাদি খোক্লদনা মহৈ মহৈ থম্মরক্লে। উপুদা শো লোন্দুনা থম্বা মপাগী

শেল লুপা চনি ৱাংপা অহুবু হৌজিক্তি খঙলক্লে। অহুবু, মপানা হায়দোকত্রি ; মমাদা ফাওবা তমথোকত্রি। নিতিগী মতম চপ চপ চানা মচানা ঈশিং শোকপা থোকপা অসি মমানা কুপশিন্না য়েংশিনবা হৌরক্লে। মীশক চপ মান্নবা পাথং অমনা নুমিৎ তরেৎ-নিপানি মতম চানা লাক্কুনা চৎলিবা করিগীনো হায়বা মমাগী চিংনবা হৌরক্লে। অওইবা মবম কংনবা হান্নদগী হেন্না কুপশিন্না য়েংশিনবা হৌরক্লে। হুরানবগী তরানি, মপুগী নোংমা হায়হুনা তরানিশুবা নুমিত্তা থুৎকা থুৎকা করিগুম্বা অমা থুনা পীনখিবা মওং অমা মমানা উবা ফংখি। শোয়বা তারে খন্দুনা মমানা মপাদদি তমথোক্তনা ঈশিং শোকপা চত্তনবা হোৎনরক্লে। নচানা চৎপা মতমদগী গুনখৎনা মমানা ঈশিং শোকপা চৎপ্রে, মচীন্দদি নং নহৈ তমজৌ, থবক অহু তৌরম্মু হায়হুনা মচাবু ঈকাইখিদনবা অমসুং ভাব খঙখিদনবা লাক্করিবা মমাগী কয়াদা হৈ-শিংলবী ৱারক্লো। অশিংবী মচানা মমাগী মতৌ উবদা মাগী অরোনবা শাজৎ খঙলরিগদ্রা হায়বগী চিংনবনা মিপাইজরি। তরুক-তরেৎনি শুরকপা মতমদা কলেজ হেক কুম্নকপগা ঈশিং শোকপা চৎকে তৌবদা মমানা মখুৎ পায়হুনা খাম্লে। মমাগী মতৌ উবদা ঈবেমহল ঈকাই-নুংশি য়াম্ননা শাউশিন্নহুনা তোকখি। শোয়দনা মাগী অরোনবা শাজৎ কারে হায়বা অসি কন্না থাজপ্রে।

মমাগী পুক্কিং চাং য়েংগে খন্দুনা নোংমদি শাউশিন্নহুনা ৱাঙাঙ্ক থম্না ভাঙলে অহুগা নিতিগী মতম চপ চপ চানা ঈশিং শোকপা চৎলিবা করিগীনো হায়খি। মতিক চাবা ঈচা-ঈন্না

ল্যাকপ্রা য়েংবনি, ঐনা মতম চানা ঙল্লপ্পা ঈশিং শোকপা নত্তং শিন্দুনা চৎলগা নহাক্কী অকায়বা লৈরবদি ঈমাদা শেংনা তাকউ হায়দুনা খুম্নকপা মমাগী রাহে তাবদা মরু লুকথয়ে। তুমাং অনপ কাংদুনা মমাই ঈচপমুক ঙাংদুনা শাউশিন্নদুনা রিডিংরুমদা চঙয়ে। ঈবেমহলগা উনদবদা মণিস্থ রাখল অমা খনবা হোৌরক্লে। অদুক পুকচেল শেংলবী মহাক্না করি মরমদগী করম তৌগ্নবগে অওইবা খঙলগে খন্দুনা নোংমদি কলেজ কুন্নকপা ঙাইদুনা লৈরে। মতা মিসকা মখোয় অনি সাইকল অমমম তোংদুনা রারী শাদুনা লাকমিন্নৈ। ল্যাপ্পা মণি লাকপা উবদা রা ঙাঙলম্বা লেপখ্রে, মতানা ঙাঙবা রাশিং অদু মরম মরক্তা 'উম' খুম্বদগী হেনখিয়ে। নকশিন্নরকপা মতমদা মিৎচিনা য়েংদুনা খম্মোইগী অরাবা মৈচাক উৎলি অদুগা মখোল খোক্লা হায়রকই, "ঐখোয়গী ঈমানা টৌটিদা ঈশিং শোকপা অসি হন্দক্তি মাগী মথৌ ওইখ্রে অদুগা মানা শোকপদি থুম্ব থুখ্রে।" হৈ-শিংলবী ঙানপ্পা ঈশিংদা চাক্তাবা উরিবী মতানা ঙাঙনরিবা রাগা মরি লৈনদবা রাঙাঙ অদু তাবদা করিনো হায়দুনা মতাদা হাইকেং য়েংলম্নগা তুংদা লৈহৌরিবা মী অদুদা অমুক্তং য়েংই। মিসকী মতৌ উবদা মতাস্থ ঈকাইরে; লেংমান্নবী লৈরাংশিংদি অসিগুম্বা রাখল্দি হেক্তা মখঙনবোই। তুমিং অসিদগী হৌনা মখোয় অনি অমনা অমবু চিংনগ্রে অদুগা মণিস্থ ঙাঙলম্বা রাহৈগী অর্থ খঙলদুনা মণ্ডল মণ্ডল খন্দুনা লৈহৌই।

মতৌ অস্থম্না হৈ-শিংলবী মমাগী রারক-রাক্তেমগী মখাদা খাঙদুনা অমুক কুইথনা লৈবা ঙমখিয়ে। নোংমদি ঈবেমহলগী

মথুম য়ৌগদৌবা খরা রাংলিটৈগী উংখাঙ অমদা কলেজ থাবকপা মতমদা মণি কমহুনা ঙাইখি। ঈবেমহল লাকপা উবদা মহাক্না কয়ম তৌসিগে খন্দুনা চিন্তানা লাঙ্গোই চন্দুনা মরু লৈদা লুক্তুনা লৈগ্রে। মনাক নকশিননরকপদা মাঙ-ভুং য়েংলম্লগা "ঙসি নুমিৎত কৈ, নুমিদাং পুং ১০ চপ চানা কোম্বোংদা ঙাইবীরম্মু, ঐ লাক্লগনি।" হায়রল্লগা ঈবেমহল অহুম মথুমদা গাড়ী থৌজিন্নগ্রে। মণিস্থু রাহৈ অহু তাবদা মথুমলোমদা অহুম হনগ্রে অহুগা থোক্লগদৌবা থবক পাঙথোক্লবা খনগ্রে। লায়রবা ঈমুং'থু রাজৈরম তৈথোক্তুনা লৈজরবা পোৎচৈশিং অহু তরু তহেম্লবা হোৎনরক্লে অমস্তুং প্রাই-ভেড তম্মীবা চৎপা ঙসিদি লেপগ্রে। খম্বরগা অমুক নোকই, মুম্না খম্বরুরগা পলেম-পম্বৌনা নাওকোন্দবা লায়রবা মচা তোল্লিদা খন্দুনা পি চহুম চহুম তারল্লি। নুমিদাং শুইবক্লক্তুনা পুং ৯ তাবদগী হৌনা কোম্বোং মনাক নক্না মিকুপ নাহুম শিংনা ঙাইহুনা লৈগ্রে।

---

১২শুবা পান্দুপ

# ঈবেমহলগী পুন্সি হোংবা

নুমিৎ হেক তাবদগী ঈবেমহলনা মাগী লৈজবা লুপা তরাগা লিককোল, শেংন-ইম্নবা ফিনচিংবা পুম্না ময়োম মচা অমা য়োমশিল্লগা মচি অমদা লোত্তুনা থমগ্রে। পুং ১০ তারক্লক্তুনা মপা তোমচৌদি কমুংদা তুমগদৌবগী চত্তগ্রে অহুগা অভৌদি

তুমগদৌবগী হোংনবা য়াও, লাইরিক পাবা য়াও তৌনহুনা মরাং মরাং তৌনরিঙৈদা পোৎয়োম অহু কিন্নুংদা য়েপ্তু্না লোম্না মপাল থোরক্লে। রানা ঙাইরম্বা মণিগা উনহুনা মথোয় অনি থুনা য়াংনা চৎখিহুনা মণিগী ময়ুম য়ৌখ্রে। অসোমদদি পূংখাই অমুকী মতুংদা ঈবেমহল কদাইদা চংখ্রে হায়হুনা হংনরক্লে, খিবা খঙ-লকত্রবা অহুদা চেনখিবা শোইত্রবনি খন্নুনা নহানমখৈ মপা তাহন্দনা লোত্তুনা থনম্বা মরমশিং অহু তমথোক্লক্লে। মপা তোমচৌনম্ব মহাক্কী লুপা চনি পুন্না মাঙখিবা অহুগা মরক মরক্তা শেল মাঙবগী মরমশিং হায়দোরক্লে। মমা-মপা অনি'সে মহৈ মহৈ লোম্না ফুম্নরম্বা মরমশিংগী অর্থ নৈনহুনা লৈরে ; অমগা অমগা শাও-নরক্লে অমম্বুং থংনরক্লে। হুরানবগা হুরানবগা হুরানপোৎ য়েন্নবদা থংনরগা মী তাখিবা য়াদবনিনা লোম্না নেমথনহুনা তোকপঙুম মথোয় অনিম্বু কান্নত্রে হায়হুনা তোক্লখ্রে। অহুক কন্না ররকপবু মানা ঙমহুনা চংশ্রবনিনা অমুক তানবা তৌরগোই ঈকাই, থোক্লবা লাকনি খন্নুনা য়ুমলোম্নবা অমা-অনি তানমক্লবা মতমদা খিকম খঙদবনিনা অহিং অহু মরাং মরাং লেনখি। অসোমদম্বু মণি, ঈবেমহল অনি থংনবা ইংখোলনুংগী য়ুমদা চঙহুনা কনাগুম্বা মী লাক্লগা খঙদনবা হায়হুনা লোংখি।

নোংঙাল্লগা অয়ুক ঙন্তনা হৌহনা মতাগী ময়ুমদা চত্তুনা পাউ তমলুরে অমম্বুং করিগুম্বা অয়োনবা মরম খঙত্রা হায়হুনা হংলুবদা ঈবেমহলগী অয়োনবা শাজং অহু খঙই হায়খিয়ে। থোক্লবা হায়'হুনি খন্নুনা হায়দোকপা লাকপা ঙাইহুনা লৈত্রে।

ওকিম ছুটি লৌরুনা চাইবদা পুং ১১ কাবা কাওবা হায়রোকপা ইয়াক-ময়াকত্রবদা থানাদা রিপোর্ট তৌকয়ে। থানাগী ইন্সপেক্টর বাবু অমনা পোলিস খরগা মাইকৈ অমুম তৌনা চেনথিবী মুসীমচা অহু থুনমক রিপোর্ট পীরম্লবদি লৈরম্বা ঈমুং অহুস্থু অকায়বা আগনি হায়হনা মহর'পুম্বা লাউথোকখ্রে। পাঙ্খ অসি তাবদা ঈমোমহনা মশামক্কা রিপোর্ট অমা ইরগা মখোয় অনি সহি তৌহনা ঈমুং অহুগী মুখু অহুবু থানাদা খিলহনখ্রে। রিপোর্টকী মরোল পাবদা মখোয় মশা-মশানা য়ানহনা চেনবনি ; কনা অমত্তগী দোষ লৈতে অহুগা হৌজিকমক নুপা ময়ুমদা লৈরি ; হুকুম লাউথোকপা মতম অহুদদা মুমলোম্নবা তাকপনি হায়রম্লনা কনা অমত্তগী মরাল পীদবা রারোল ইরম্রে। পাউ অহু হেক কংবগা রিপোর্ট তৌরুবা নিপা অহুগা লোয়ননা থানাগী গাড়ী থৌরক্রে। মখোয়না থুংলবা মতমদদি মখোয় অনি মণিগী ময়ুমদগী কংলহনা থানাদা পুখ্রে। মোবা হৌনবা জবান খম্না লৌরগা বিচারগীদমক কোর্টতা থাখ্রে।

কোর্টতা ঈকৈমহন্নলা হায়খি, "ঐহাক ঈশানা য়াহনা নিপা অমিগী লেবা তৌগে চৎচরবনি, কনানসু ঐবু শেমখোৎপা লৈতে। মহাকী পুকচেল শেংবা, নিপাগী কন্নবা পুকচেল চেন্দবা, মীহুংনি খঙবা অহুগা মাগীনি হায়বা কনা লৈজদবা লায়রবা মী অমা ওইনা ভুজবদগী মহাকী পুক্নিগী লোয়নবী অমা ওইগে খল্লখ্রে। ঐহাক লৌনা মাগীনি হায়বা কনা অমত্তা লৈজদবা মরম্না মহাকী মকমদা অঙকপিংনা তৌবীগদৌরবা জরি নুপা চনি অহু ঐনা খিজরিকা লিক অমিন্না মমল ওইনা জৌবীয়ু। কবিগুম্না ঈমা-ঈপানা য়াবীমকপু

ঐহাক্না ইকাইখিবা থাদোক্লদ্রা হায়জরি অদুদা অভযশিংগী হৌনবী ঊপ্পালকপুক্না ঈশান্না য়াদ্রা হাক্নাওবা য়াজগনি।"

ফিপাঙী মহীক হংবদা খুমখি, "হায়রিবা'পুদা অচুবনি, ঐখোয় ঈশানা য়ানজবনি, কনাগীসু মরাল লৈতে। অভযশিংগী য়ায়েল লৌদা'পুম্না ঈশানা য়াজগনি।" মখোয় অনিগী য়াম্নাক তাবদা লোইদোক্পা হংনীংঙাই লৈতবনিদা চহি কয়া করা ওয়রগে হল্লক-পদা নুপীগীদি চহি ১৯ নুমিৎ ২০ নি চঙলকপনি হায়রুদা মপানা অহুম্ব পান্ডখুম পীরম্বে। নিপাগীদি ময়ুমদগী কুঠি মী থারক্না লৌহল্লুনা য়েংবদা চহি ২৩ মপুং ফারমল্লি। মরম অসিদগী মখোয় অনিমক লুপা চনি-চনি কাইনগী হুকুম তৌখ্রে। তোমচৌ কাকুনা মখোয় অনিগী পুম্না লুপা চামরি কাইন থীখ্রে। কোর্টকী নিয়ম মতুং ইন্না নুপীনা থা ১০ অদুগা নিপানা চহি ২ থা জয়েল জেলদা লৈবা তাখ্রে। নুপীগীদি থা ১০ অসি মপানা থাগী লুপা জরিমনা গোপর্ণমেন্টতা থীবা অদুগা নিপাগীদি কনা লৈত্রবনিনা গোভর্ণমেন্টনা হোৎনবীবা হায়না কোর্টকী য়ায় তাখ্রে। মরম অসিদগী ঈবেমহনবীদি মতুংদা থানা হজং-হন্দা অকা-অকুম ইরহুনা সাইকল তোংহুনা জেলদগী কলেজ অদুম কাখি অদুগা মপিদি প্রাইভেড থাগনি হায়রহুন্না। জেল মনুংদা অদুম লাইব্রিক পাখি।

জেল মনুং অদু নিপা নুপীগী কা তোঙান তোঙান থায়দোকই; হুরানচাহী থৎন-চৈনবা, হাৎন-ভুনবা অমসুং চেল-চোংবা অসিন-ফিংবা থম্বা শঙসু তোপ্পা তোপ্পা লৈ।' কাদোপ ভারিবা মী অপূবা মথক মকাগী মচৈহ তমহল্লুনা জেলগী থোকপ্রগা মশা মশাবু

শেমজবা অকবা মী অমময ওইনবা হোৎনরি। অম্বুব তৌনা জেল তারিবা মখোয় অনি অহু লোমেন্না মশক উনহন্মে, অদুবু মীওইবগী রাখল অণ্ডকপনি, মখোয়না নীংজরিবা রাখল থুংজরগনি থন্মুনা অরাবা মৈচাক্তি হায়দগী হম্থি।

সমাজগী চৎনবী অমস্তুং মীওইবগী ঈকাইবা হায়বা অসি কনগ্রবা ঈথিল অমনি, ঈথিল অসিনা অকুবা ঈরেন্দা লৈনা কেম্বহুনা ঈবেমহল ঈরাক্লে। অহানবদদি ওমগনি থলম্বনি, মাগী মশক উবগা মুত্তক মুত্তক ভাঙনবগুম তৌবা, হেক নোকপগুম তৌবা অদুগা চান্নবী মতা আশালতা কাওবনা মহাকপু কৌরম্নগা থাম্বা লৈনবা হোৎনবা অসিগুম্বা মওংশিং অসি উবদগী মথক্তা ঈকাই-রক্কুনা কলেজ কাবা লেপগ্রে, প্রাইভেদ থারগনি হায়হুনা খুমগ্রে। অরুপকী মফমদা মিসকী লমচৎ কায়রত্রা? নত্তে, মহাক্তি মীখোয় মীহেনবগী গুম্না মশাদা লৈতেংলবী, মীওইবগী চৎনবী লমচৎ মুম্না থগুলবী অমস্তুং ঈত্রি থুহুম চনবা ওম্বী নুপীমচা অমনি। ছাত্রীগী মকপা য়াদ্রবা পুন্সিদা য়ুমলেপ চারা তম্বগী রাখল থনগ্রবী মহাক্তা হায়গুম্না ত্রিম্নরবদি মশামক পাপ চঙলক্কুনা সমাজদা কাওবা অকায়বা ল্যাকনি থনবদগী নুংশিরবী মতাবু থাম্না থম্বদনি।

মতম থম্না লৈরগা মতম ওরহুনা মমা-মপা কৌহুনা মচানুপী শিন্নগ্রে। অদুগা মশিদি চহি অনিরোম মতম রাংজিবা ময়ম্না জেলদা অতুম লৈহৌরি। কোল-জিক হৈবা শাবা অসি মহাক্না তমজনীংজিবা খুৎকী থবক্নি। লাইরিক্তি মশানা অতুম হোৎনখ্রে অদুগা খুৎকী থবক্তি চয়োল অমদা হুম্বিঙ নিনিদং পুং অনি-অনিগী

মতম তম্নবা কলেজদা চৎলি। মতৌ অসুম্না হোংনবদগী উচিন্না আইঃ এঃ দি পাস তৌজহৌরে। নুপীগা নিপাগা অসি খরদি, থেম্নবোই, মহাক্তি ঈকাইবা খাওহনা কলেজ কাবসু অহুম্ন ওমখি। মতম খরা লৈরগা মতম শুরহনা ঈবেমহলগী মমা-মপা কৌরহনা মহাকপু শিন্নখি। মতুং নুমিৎ মঙানি কোনবদা মখোয় অনি লুহোংখি অমসুং ঈবেমহলবু মণিগী ময়মদা থিনখি। মখোয় অনি হৌজিক মহৈ তম্বা পূমতোক তোক্কনা মতৌ করম্না য়ুম পুবা ওমগনি হায়না খন্দুনা য়ুম্বানবগী লম্বীদা খোঙদাখি। য়ুম্বানবা হায়বা



মহৈ-মশিং মপূং ফাদ্রিবঁদা য়ুম্বানবগী লম্বীদা খোঙদারুবদগী মখোয় অনি ৰারে।

অসিদি লুপ্রবা তুরেনগী লৈডোইদগী হেন্না কুপ্না থবক্তি, অহুনা অহল-লম্মম্না নুপী থিবদি লায় য়ুম্বানবা লুই হায়রম্নবা অসি

কক্কপা য়াক্রবা রাকমমি। তলব চাবা সরকারগী থবকসু ফংদবা মরমদগী নোংমগী চাদবদি য়াদবনিনা অমনা মযুমদা কি শাখি অহুগা অমনা মীগীদা তাংহুনা কোল শাবা-হৈবা য়াওহুনা য়ুম পুবা ওয়বা রানা হোৎনখি। অসুম্না মখোয় অনিমক মীথোই মীহেনবা অমসুং য়ায়া চাওখৎপা মী ওইবা ওমখিদে।

সরকার অমসুং প্রজা চপ মান্নবা শেম্বীনবা হোৎনবীরবসু মী মশানা ফংথ্রবা অহুগা য়ুম্বানবগী লম্বীদা হায়া খুমাঙ চাও-শিনগ্রবা মীশিংদি পনথুংফম য়োবা ওমদে হায়বা অসি মসিনা অরাবা খুদম্নি। সুংশিবা হায়বা অসি মমিৎ তাঙই হায়রবনি, অহুনা মতম চাদনা সুংশিনরুববদি মিৎ তাওবনা লম্বী চংকম খঙদনা রাবগুম রাজগনি, চেকশিল্লু।

১৩শুবা পন্দুপ

# অরাবা শরুক

মিস হৌজিক থার্ড ইয়ার কারক্লে অহুগা মৌপরা আশা-কুমারনা ফাষ্ট ইয়ারদা তম্লি। আশাকুমারদি ক্লাস টেন ফাওবা স্কোলারশিফ ফংলম্বী, হৌজিক্তি তোক্লুনা ফাষ্ট ডিভিসনগী অফবা ছাত্র অমদি ওইরি। শান্ন-খোৎনবা, মিটিং-ডিবেটনচিংবদা অফবা স্পীকর অমা ওইবা, ক্লাসকী অমসুং করিগুম্বা থবক অমগী কেপটেন অমসুং লিডর ওইবা অমসুং ঈচং থৌবা ছাত্র অমদি ওইরক্লি। মচেগী মতৌগুম্না মশাগী অমদি সমাজগী চাওখৎনবা

খনবা তোম.খিল থোকপা শক্তিককুম্বনি। অনুক অঙনবদা থোকপা শক্তিক-খবানা নুমিৎ থোরক্লগা নীংখিবা মঙাল মাঙখিহুনা মশক উখিদবগুম পিক্লবা মচীন-মৌপরাগী লংলবা মগুণস্থ-ছাত্র-ছাত্রীগী জীবন্দা লৈবনা প্রজাগী লুচিংবা ওইরগদৌরিবা মগুন্দি শকখঙদনা লোত্তুনা লৈরি। মহৈগী গুম্না লৈতেংবা মমা-মপানা মচা অনিগী মতৌ উবদা হরাওজরি, মচা অনিনা কাংদোং-শারেপ কারকপা উবদা মমা-মপা অনিগী তুংগী আশা মথোল য়াম্বা দলালগুম্বনি। মতৌ অসুম্না মমা-মচা মখোয় মরি অরাবা রাখল খন্দনা নুংঙাই য়াইবী মরাং কাইনা পাপ্পরি।

মাধব হৈশিংলবা লৌমী অমনি। মতম চানা লৌ নীংথিনা পাপ্পহুনা মহৈ-মরোং লোক্লগা কুম অমগী চানবা রাত্তনবা পৈশিঞ্জরগা ইংখোলদা য়েঞ্ছাং-নাপি খাজিঞ্জরগা মচা অনিবু রারক রাতেমজহুনা সমাজগী মরক তিপ্পবা, মীগী থৌদ্রা শূদবা মনীং তম্বা প্রজা অমনি। ঈমুং মনুংদসু অনা-অয়েক লৈতবা, অসিগুম্বা পুন্সিদা লৈবা ঙম্বা মীদি খাইদগী মমল য়াম্রবা অতাওবনি হায়বদা হায়মনবা থোক্লোই। মতৌ অসুম্না সমাজগী চৎনবী রুহি, মজাতিগী ধর্ম্ম, পাপ-পুন্যগী খুকেনচিংবা ঙাক্না চৎচহুনা মতম লেপ্পরক্লি।

কুমশি'সিদি [illegible] হরা-পানি ওম্লগ্রে, নোং চুগদৌবা মতমদা চুখিদ্রে, চু[illegible]দৌবা মতমদা পঙচুদা চুগ্রে অমসুং অয়াম্বা লৌ শিনরে। মাধবকীসু অহানবদা পানবা লৌশিং অহু পুমশং শংলক্লবা মতমদা ঈশিংনা মাঙহনগ্রে, লৌমী অমগী মফমদদি

মসি খ্বাইদগী হেন্না মরাইবক থীবা অমনি। শূঙ্গমন মাঙলবা মাধবনা লৈবাক্কী থোক্লরবনি খন্দুনা অরাব'পুম্বা খাঙহুনা নৌনা অমুক লৌ পান্নবা কন্না লাক্লজরি। নোংজু-লুংশা; তূমিৎ-কাঙ মরক্তা কন্না লৌ শূবদা মশা অহু ঈতেক তেক্লে। ঙরি মরি, মঙানিরোম অসি মশা নানিং-শানিং তৌহুনা ইহৈ-হৈনীংদে; ত হুবু—মমা শিবা ফক্লোংনা কুপ্তুনা থম্মু হায়বা মতম্নিনা কন্না মথৌ পাঙথোকচরি। উচিন্না লৌরাক অমদি নৌনা অমুক পাঞ্জরে, অতৈম্বু মথং মথং লৌহোন্নচিংবা লৈহুনা লিংননবা হোৎনজরি। থবকশিং অসি হোৎনবদা মপাঙ্গল অমম্তুং শেল ইনৌ নৌনা অমুক চঙবা তারে।

ঙসি ইরাই নুমিৎ অসি মাধবকী চহিগী মপোক মুমিৎনি। কুম খুদিংগীদি নুমিৎ অসিদা থবক লেপ্তুনা ঈশ্বরবু খুরুমজহুনা পুন্সি নুংশাংনবা, নাদ-য়েক্তনবা নিজবা নুমিৎনি। অহুবু ঙসিদি মহু ঙম্লোইদৌরি, মরমদি—লৌ শঙম অমা লিংনবা খুলং তরেৎ লৈহুনা হোৎনবা নুমিৎনি। অয়ুক ঙন্না হৌহুনা লৌফাৎ লৌতেম লোইরগা লৌহোল পরৈ শীল্লম্লগা ময়ুমদা চাক চারহুনা অমুক হন্না লৌতাবা থোরক্লে। মশা-মউ ঈতেক তেকই, মমিৎ-মমাই ঈরুম লূমই অমম্তুং খ্বাং য়াংলেন চিক চিক লাউই। লৌশূ খাইবোক চল্লকপদা লৌরাং থক্তা ফমহুনা চয়োম হৈথা চাবা অসি লৌউবশিংগী চৎনবী ওইবদগী মথৌম্ন 'পুম্বা পরেং শানা ফমহুনা হৈ-রা চাহুনা অরাবা পোত্থারি। লৌপু মাধবম্বু ময়ামগী সেবা তৌরুরগা অহাউবা হৈরাং চাহুনা ময়ামলক্তা পোত্থারগা

অমুক থুল্লং তাহুনা নুমিৎ ময়ুম চঙলকপদা লৌরিং পথাপ লোইহুনা ময়ুম ময়ুম চংনখ্রে ; ময়ুম য়ৌরগা মাধব নিংথম চল্লে, চাক ঈশিং চাবা য়াদ্রে, নুংশা ফুইনা হোন্দুনা হেরাং নাহে তমখ্রে। অহিং অদু উচিন্না লেন্দুনা অমুক নোংঙাল্লগা মাধবনা থল্লকই, "ঐনা মাইল ১০ লাপ্পা অরাপ্পা মফম'সিদা করিগুম্বা কন্না নাথোকপ্রবদি য়াম্না রানরগনি। লৌ শঙম অমকুংগা লৌফাৎনচিংবা নেক্লয়্রগা শিন্নহুনা থনম্লগা ঐ চৎলগে, ফরগা অমুক লাক্কে।" রাখন অসি খল্লহুনা মানা থাজবা মী অমদা লৌফাৎ অমম্বুং লৌহোম্নচিংবা শিন্নরম্লগা চাক চখোম অমা মথুৎনা থোংহুনা চাজরগা শারবা নুংশা মরক্তা ছাটিন তুপ্পুনা ময়ুম সহর তম্লক্লে। নুংশাগী মৈচাক্না কল্ল চপনে, নাক-য়েক্তা লৈবিবা ঈশিংনচিংবগী মনিলনে, লাইহৌ হৌবগী মৈচাক্লে, অরাবা হায়নীংঙাই লৈজদে। পোথা পোথা লাকপনা থান মতমদা ময়ুম য়ৌগদৌবা মাইল অনিরোমদা মঙাইশিল্লক্লে। অমুক চত্থবা ঙমদ্রহুনা পামেল উগী উরুমদা হিপ্লগা থরো থরো ওন্দুনা ইচৌক ঈপান য়াইজরি। পুংখাই অমুক অম্নুম্না লৈরগা অমুক হৌগত্তুনা লাকপনা মমলি মমলি তৌবদা ময়ুমদা থুংলরে। মমা-মচা মখোয় অহুম্না নাহুনা লাকপা মপাগী মখোঙ-মখুৎনচিংবা হামদোকপীহুনা সেবা তৌজরি।

নুমিদাং পুং ৮ তাশিল্লক্লে, চাক চখোম মরি-মঙা চারগা চানীংদহুনা তোক্লগা হিপ্লে। ঙাইহাক লৈরগা অমুক লাইহৌ হৌহুনা নিংথম্বনা মশা অদু থক থক নিক্লে, মতুগা লোয়ননা খাঙবা ঙমদবা অচাকপা মৈচাক অমা থম্মোই নুংদা কন্না চাকলক্লে।

ক্ষিভম শোকপা উরহুনা মাইবা কৌনবা মচা নিপাগা মমাগা থুনা চৎপ্রে অহুগা আশালতানা মপাগী অনা লাইকম্নহৌই। মখোয়না চৎখ্রিঙৈদা মচা আশালতাবু অমুক্তং কৌরম্নগা মপাগী জ্ঞান মাঙপ্রে, মিপাই থীরবী মচানা মপাবু হন্না হন্না কৌজবদা কান্নদ্রহুনা কপ্না অক্ষিং-অফাইগা লোয়নননা য়ুমলোন্নবা কৌহুনা মনাক্তা তিল্লরে। ঙাইহাক লৈরগা মাইবগা লোয়নননা মমা-মচাস্থু থুংলরে। মপাগী মতৌ উবদা মমা-মচা মখোয় রাবনা ঈংদ্রি কংপ্রে, অরাবা মৈচাক খাম্বা ঙমদ্রহুনা মখোল থোক্লা কপ্লক্লে। তিল্লিগা মীশিংনা করিস্থু তৌবাউ লাইহৌ পাখংপনি হায়হুনা মখোয়বু কন্না থেমজিল্লি। অস্থুম্না পূংখাই অমুক হেন্না লাই-কন্নরবা মতুংদা জ্ঞান খবা লাক্তুনা অনাবা পরৈ হল্লগদ্রা হায়ববু 'চাক্লে চাক্লে' হায়বা লৈথেৎ অমা থেক্তুনা মাধবপু থোইনা হেন্না অরাবা পীরি। মাইবনা কুপথনা হংবদা খঙলে, আশাবা কাবা লাইনাগী নুংশিংনা মশা ইন্দ্রিনুংদা কন্না লৈববা মতমদা হৈ চারুবদগী খোকখিবা মবম ওইরম্লে। লাক্লিবা মাইবা অহুনা অখঙবা অহৈবা বিদ্যা শীজিন্নহুনা য়েংবদা অনাবা হন্দ্রবদা নোংয়াই ম্লোবা মতমদা মরুপ তোমচৌবাবু তাক্লহুনা মনাক্তা লাক্লে। অনাবদি মৈচাক হেনজিল্লক্তুনা নুং-পান ওনপ্রে; সংসার অসিদা মাগী চারুবা আত্মাবু শান্তি পীবা ঙম্বা পোৎশক কনা লৈখিদ্রহুনা তেংবানবগী মপু শ্রীহরিবু তক্তনা কৌজরক্লে। মাইবনস্থু অপাম্বা কৌহুনা পেন্নবা হোৎনহৌবা কৈ তাকপীবা মরম্না ময়াম তান্নহুনা নোংয়াই মতুং পূং অমরোম তাবা মতমদা ডাক্তর কৌহুনা

য়েংবদা ডাক্তরনা অথুপ্পা লৈতনা হায়রক্লে, "অনাবা অসি য়াবরোই, টাইফোইডকী অকনবা লাইনাদা অশিনবা নত্রগা পক্কদবা করিগুম্বা অমা চারুদ্রনা চাকখাউ অমস্তুং খোয়রিন চাথক্তনা পুম্বগুম্বা অমা তৌরে। শোকচিনবনা হেনখিবা হোৎনবা মতম্না রাৎহৌবা মরম্না খোকখ্রিবনি, হৌজিক হিংনবগী আশা লৈত্রে, করম তৌরগা খরখিৎ পোত্থাবা য়াগনি হায়বা অদু ময়াম খল্লবনা ফৈ অদুগা ঐস্মু হীদাক অমুক অনিরক্তি কাপ্তনা য়েংজগে, ঈশ্বরগী কৃপাদগী কনবা ঙমত্রা য়েংশি।"

অস্তুম্না ময়াম্না লাইকল্লরকপদা নোংঙাল্লকপা মতমদদি মাধবকী মৃতু মতম নকশিল্লক্তুনা সংসার তাঙ্গবংপানবা অসিদগী আত্মাগা হকচাংগা খায়নরমদাইদা মচাশিং কৌশিল্লক্লে অমস্তুং হায়রকই, "ঈপাগী ঈবেম্মা আশালতা, আশাকুমার, থম্বাল। নচিন-নৌপরা, নমা-নচা নখোয় অহুম ঈপাগী ববদগী সাংসারদা নুংঙাইনা পাল-হৌখো। নমাগী মবুক নুংশিহনগনু, ঈপাগী পাওতাকশিং কাউগনু; ঈপাগী উপুদা লৈবা লুপা চামঙা অদু কর্ম্মদগী লেম্নবা হোৎনৌ এন্নুরেন্সতগী লুপা লিশিং অমা ফংগদোবা অদু হৈনা শীজিন্নৌ। মরুপ তোমচৌ বাবু! নহাক্না নচাশিংবু খরা য়েংশিনবীরকউ। ঐগী অরোইবা মতম অসি নকশিল্লক্লে, খোরী ফুনত্রে, ঐ রা ঙাঙবা ঙমশিল্লকত্রে। পিক—লি—ঙৈদগী তিননরক—পা…………।" অসি হায়রম্লগা পুক্কিংগী রারম কয়ামুক ফোঙদোকলম্বা ঙমদন্না মমিৎ উইশিনখ্রে। সংসারগী বাৎসল্য প্রেম, মতু-মচা, মরুপ-মপাংগী প্রেম অরাবা 'পুম্বগী রাখননা থম্মোই কায়খ্রে। মমৈথংদা ঈশ্বরগী

নাম শোন্দুনা মহাক্কী চাক্লবা পুবা ওমদ্রেবা আত্মাবু থুনা লৌ-শিনবীহ্নুনা শান্তি পীবীনবা হন্না নিজখ্রে অমস্তুং মিকুপ খরগী মতুংদা থরাইগা হকচাংগা কায়নখ্রে।

শিরবা মাধবকী হকচাং অহু জাতিগী চৎনবী মতুং ইন্না মৈদা সংস্কার তৌখ্রে। পস্কৌ কায়নবা মৈচাক্লা ঙাওরবী অন্নাবা মৈচাক খাঙবা ওমদ্রেবী মমোম্না নুপীগী জাত্তা পোকখিবা মরম্না নুংশিরবা মৌপন্না অমস্তুং মমাবু মতৌকরম্না মহাক্লা থাক্কনি, করম্না কল্লক চাউরবা সংসার অসিদা লেনগনি খল্লুবদা লুম্রবা ভারনা মথক্তা ননহুনা জ্ঞান মাঙশিল্লক্লে। মমা-মচা মখোয় অহুম্না পস্তৌগী কোলোয় কৌহুনা হন্না হন্না কপচবা কান্নবা লৈখিদ্রে। মচীন-মৌপন্না কলেজ লেপ্তুনা মপাগী শ্রাদ্ধ করম্না পাঙথোকপা ওমগদগে খন্দুনা লৈজখ্রে। অতৎপা লৈতনা মতমগী খোঙলৈ মতুং ইন্না অস্থি লোইখ্রে; শ্রাদ্ধ কর্ম্মগী দিন নুমিৎ হুমনি, মরিনিদা মঙাইশিল্লক্লে। মপা শক্লবা তোমচৌ বাবুনা থৌরম 'পুম্বা শীনবীরি। সংসার তাইবংপানবা অসিদি চীনবানথোংদদা রাবীবনি, মনুং মপান চপ মান্ননা রাবীবদি থোইনা লৈরমদ্রে। ময়ামগী পাউতাক্লা কনখিবনা কুপ.শিননা শীনগে খল্লম্বা তোমচৌ বাবু কাওবা পৌথোক্তবা য়াখিদ্রে। হৈনা শীজিননবা শেল অহু পোৎ-চৈনদি তাঙবনিনা দক্ষিণাগী শেল য়াওদনা লুপা চাতরুক চঙখ্রে, অরাৎপা শেলনা মপা তোমচৌনা হাপখ্রে। মমা-মচা মখোয়বু নুংশিবীহুনা হংবা লাকপা মী'পুম্বা বার্ত্তন তৌখ্রে।

শোবাৎ নুমিত্তা বার্ত্তন ফংবা মীপুম্বা অযাম্বনা লাকপীহুনা তিল্লবে। পালাগী ঈশৈ নুংশিববা মনি ভানা শকপা অত্ত তাবদা তিল্লবা মীশিং'পুম্বা প্রেমগী ঈথক তৌদবা যাওখিদে। শল্লবা ঈশৈদ মীগী মবোন্না শপ্পা মগ্না অংখঙদ। মখৈনা শাল্লবা মীশিং অচুগী নুংশিনা মপোপ ওইগা মখাপনা পওুনা শাল্লিবা আর্ট একটিং অচু যেংহুনা অমাদ মন নচা মখোয় অভিমগী অল্লাবা



মপুরোইবা লৈত্রবী নুপী, মপা লৈত্রবা মচ, সমাজগী
মনুংদা থ্বাইদগী হেন্না মরাইবক থীরবনি।

যেংহুনা কপ্পবি। কনাগুম্বা খবনা খনথি, "অস্মক চাউখংলবা কাওবা আশাপুব ঈবৈবাকী ঈশৈ তৌবশিংনা মীবোন্দা ঈশৈ শক্লিবশিং'সি মতিকচাবা রাৎপা, ঈজাতিবু মীবৈব.ক্তা য়োন্তোকপা

অমস্থং মশাগী ওইঙ্গবা খঙদ্রবা মীশিংনি হায়ঙ্গনা মীনা নোক্ল-ল্লোইদ্রা। মীওইবগী খাইদগী লুবা মতমদি শিরমদাই মতমনি। অসিগুম্বা মতম অসিদা লানগদৌরবা থরাইশিং অদুগী মক্তমদা অশি-লম্বী তাক্লিবনি হায়দুনা মীরোন্দা ঈশৈ-নোংমাই নাম্লচিংবা শক শোন্দুনা হোৎনরিব'সি য়াইবি থরাইশিং অদুনা তাবদা ককওাওনরিরোইদ্রা।" অদুগা, কনাগুম্বা খরনা শক্লিবা লোল অদু লাইবোল্লি খন্দুনা পেন্নবি। থাঙ্গৈশেংবনি, শক মান্নদবগুম্না মীওইবগী রাখলসু ঈমান মান্নদে; রাখল চপ মান্নববা মতমদা জাতি অদুনা চাওখত্তুনা মীমান্নরগা মীকোক থোংলক্লদৌবিবনি। অম্বুম্না মরাং মবাং তৌনা মপাগী কর্ম্ম লোইদুনা ময়াম হন্নখ্রে। মৌপরানা পোৎ-য়েং শেল'পূম্বা বলম থাদুনা বুপ্পা লৌশিঞ্জবা অদু থীদুনা য়েংবদা লুপা চানিপাললোম শুবম্রে। নোংঙাল্লগা লুপা চামরোম চঙনা উৎসব মচা অমা কৎচরে। মপা শক্লবা তৌমচৌবাবুনা কর্ম্মদা পুখোকপীখিবা শেল অদু লুপা চহুম য়াশ্খিনি। মমা-মচা মখোয় অহুমনা শেল অদু লুপা চনিদা মবৌবগে লুপা চামা য়াশ্খে অমদি মরুপকীদমক ঈশ্বরদা কৎলবনি হায়দুনা লৌ হায়বা য়াম্লে। মতূং করিগুম্বদা তেঙবাংবীযু, হন্দক্কী অসিমদি মপাগী কর্ম্ম মচানা তৌবা হৌনবগী লমন অদু তোলহনবীবনু হ য়দুনা পুকচেল শেংনা হায়জবা মরমদগী তোমচৌনা শেল অদু লৌখি।

কর্ম্ম মনুংদদি ঈরাও লাওদুনা অরাবা খঙলমদে, হৌজিক লোইশ্রবা মতম অসিদদি চিক্ল চিক্লগা হেম্না অরাবগী মৈচাক্লা মমা-মচা মখোয় অহুমগী মক্তমদা চাক্লক্লে। তাইবংপান অসিদা

মাঙ-তুং হল্লা য়েংখিবদা মখোয়গীনি হায়বা কনা লৈখিদ্রে। থোৌদাং পুম্বা মথক্তা তাৱবী মমানা মপুরোইবগী নীংলম্বা আশা অহু পাঙখোক্লবা হোৎনবনা সতি ধর্ম্মগী অথোইবা লম্বীনি খঙ্গহুনা মচা অনিবু মখল মখা অয়াম্বা ৱাহৈনা পুক্লিং নেমহন্দুনা কলেজ অমুক কাহল্লে। মশানস্থু হৈজবা মচা নুপীনস্থু হৈবা ফি শাবগী থবক অসি কল্লা হোৎনহুনা শেল তাল্লগা মচা অনিগী ফী হুনবা অমস্যুং খরচ অতৈ পুবা ওম্নবা হোৎনরক্লে। মহাক্কা পোকমিন্নবী মচে তোম্বী কৌবী অমা লৈ, মহাকস্থু মপুরোইবা লৈত্রবী মচা-মশু কনা লৈঙ্গদ্রবী অমা ওইবা মরমদগী মহাক্কী মনাক্তা লৈহুনা মচা অনিবু থাকপা তেঙবাংলি। মাধব লৈরিঙৈদদি চহি অমগী মচেমনা চানবা ফৌ গাড়ী মপোৎ অমা চহি খুদিংগী পীরম্মী; মহাক্কী মনাক্তা লৈযু হায়বদি য়াবমদে। হৌজিক্তি মনাও নুপীগী মনাক্তা লৈহুনা ফি শামিন্নরগা ফংলকপা শেন্দোংনা ইরাই লায়না য়ুম পুবা ওমই।

কুম অসিদা মাধবনা পালস্থা লৌ পরি অমনি, পরি অমদি মশা লৈত্রবা অহুদা পানখিদ্রে। মপুরোইবা লৈত্রবনিনা অপানবা লৌ অহুস্থু নীংথিনা হোৎনবীদবা মরমদগী ফত্রে। মী নেক্তুনা লৌ লোকহল্লগা ফৌবোৎ ৩৪ খক ময়ুমদা পুবীবক্লে। মতম খবা লৈবগা মপানা য়াওরম্বা লাইক এস্যুরেন্সকী লুপা লিশিং অমা ফংজহুনা খরা অমা শীজিন্নরগা অতৈদি বেঙ্কতা অমুক থমজিনখ্রে। আশালতা মমাঙঙৈদগী হেন্না চেকশিনবী অমা ওইখ্রে, কলেজদগী হেক কুম্লকপগা ফিশাকোলদা ফমহুনা মমলি

কাওবা ফি শাহনা মমাগী মতেঙ পাংই। অহুগা মমানা অতৈ মতমদা শাই অমস্থুং মমাবোক্লা লংচাক্লচিংবা চাক্কুনা যুমগী থবক অতৈদা মতেঙ পাংই। মৌপরাস্থু মতম অয়াম্বদা ঈস্থুংগী অরাং-অপা য়েংশিন্নবা বল্লা লায়ৈজে। লাইবক থীবী মপুবোইবা লৈত্রবী থম্বালগী রাবী থর ই অহুনা মচা অনিগীদমক্তা খন্দুনা অরাবা কোঙ্গাই খাঙহনা যুম পুবা ঙম্নবা হোৎনজবি। মচা অনিগী মমাঙদদি মহৈ তম্বা কাযগনি খন্দুনা অরাবা থোইনা উত্তে অহুগা চিক্লবা মতমদনা হিন্না কপ্তুনা লেংথাজবি। মতৌ অস্থুম্না নোংম নোংমগী হৌথিনা লংদাম থাবুন তবাবোম ফাবক্লে, চহিগী পবীক্লা ঙম্নহুনা মৌপরানা সেংগু ইযাব অহুগা মচেনা ফোর্থ ইয়াব কাজবক্লে। মচা অনিনা পাশা ঙম্বগী পাউ তাবদা মমা অনিগী হপাওবা লেইজবে। মতম থাগা মতুংদা মচা অনিগী মপাল চাগান খঞহনা থম্বালগী মফমদা অনা স্থুঙাই অনি যেংনানা। মতম অমদা নতাক্লা রাখল অসি অঙাংপান, অরা-স্থুঙাই গলদা নংদা মাগী লাক্‌র। পোলমদি শিবা মযেক্লি রাবোই খন। বল্লা অরাবনা রাখল খাদোনপা ঙনজেনা, খুদাং পিফম হেনদনা নশক্প ওইবা নহাক আন উকৈথক্তা তোরনিন্নবম্বা চক্লনা শাদনানা নখুঙা নানা শেৎনা তাগ্রবা নাইতোম ঙাইবগা লাহবক থানা চেক্লাগুম্বান।

# তীর্থ ভাব

মৈতৈ হিন্দু বৈষ্ণব ধর্ম্মগা চপ মান্নবা আশাপুরগী প্রজা-শিংনা তীর্থ চৎপা মতম য়ৌশিল্লক্লে। মাধবকী ঈমুংগী পুরোহিত ওইরিবা অজ্ঞাহল অহুনা নোংমা থম্বালগী মনাক্তা লাক্তুনা হায়খি, "ঈবেম্মা থম্বাল, নপুরোইবগী চিন্তামনিনা মতম কুইনা ফক্লাংদা থেক্তুনা থম্বা হৌনদে, অপরাধ দোষ লাকনি! নুপীগী অথোইবা ধর্ম্মদি মপুরোইবগী সেবা মতোল লোমনা ফংজবনি, মহুদি—চিন্তামণি অসি পুহুনা তীর্থ চৎপা, তীর্থস্থান খুদিং দর্শন তৌজরগা গঙ্গাগী শেংলবী গর্ভদা লুপ্তুনা স্নান তৌজরুবা অহুগা চিন্তামণি অহুস্থু ঈমা ঈবেম্মগী মফমদা শিন্নরমহুনা শান্তি পীবীনবা নিজবনা অচুম্বা মরম ওইগনি। ঐনা হায়রিবা অসি লৈখিদ্রবা ঈনাও অহুগী প্রেম য়েংহুনা অহুগা নখোয়বুস্থু ঈচা-ঈনাওগী রাখল খন্দুনা হায়বনি, লৌগনি খল্লি। কনাগুম্বা মীদি শোরাৎ হেক লোইবগা চৎনবা অহুগা কনাগুম্বনা হেক লৈতবা নুমিৎ নিনি-হুমনি চনবদগী চিন্তামণি পুহুনা চৎলগা আদা কর্ম্ম অহুম তৌরুবা য়াওনরিবনি। কদায়, নখোয়গী পৈশা-নুংশা খর ফংজে হায়বা অহুদি লোইগ্রবরা? খরখিৎ লৈজরবদি ঐনা চৎকদৌরিবা খোঙফম অসিদা নহাকস্থু সেবা ফংনবা হোৎনহৌসিদনা।" অসি-গুম্রবা ব্রাহ্মনগী নরুবা রাঙাও তাবদা হাক্কচবদা খুৎ থাজিনবা অহু মঙাইরে। চৎনীংবনা হৌ-হৌ চোংহুনা মপুরোইবগী সেবা

মতোল লোম্লগে খন্দুনা শোয়দনা চৎচরগনি ঐবু হন্দোকপীরম্লগন্নু হায়হুনা অরেপ্পা পাউথুম পীগ্রে।

মচা অনিমক কলেজদগী কুম্লক্ত্না মাগী মাগী মথৌ তৌনরগা নুমিদাং চাক-ঈশিং চানবা লোইরবা মতমদা বৃন্দাবন চৎনবা ৱাফম অসি হৌদোরকলে অমস্নং বেক্কতা থম্লিবা শেল অহুগী তম্বাই চামিরোম অমদি নপাগী কর্ম্মগীদমক্তা ঈমাদা পীরো হায়হুনা শেংবী থম্মোইদগী থুম্লবী য়ারানা তক্লক্লে। মমাগী ৱাঙাঙ তাবদা মচা অনিগী মিত্তগী পি তারক্লে অমস্নং অরৈবা 'পুম্বা ঈমাগী নরম্লি, চিংনবা লৈতনা শীজিন্নবীয়ু হায়হুনা মচা অনিগী পাউথুম পীরক্লে। মচাগী ৱাঙাঙ তাবদা মমাগী নুংঙাইবা পন্দোম্লে, মিত্তদি পিগী ঈরা কংদনা মোমোন তৌরহুনা মচা অনিবু তুমলুরসি খেঙলে হায়হুনা থেম্লক্লে। তুম্বা চঙনগ্রে।

মীথোইনীংলবী আশালতানা মজাতিগী ধর্ম্মদা অসিগুম্বা তৌদবা য়াদবা থবক লৈবা অসিদি লায়রবা, অনংবশিংদদি য়াম্না রানগ্রে; করিগুম্বা শমজিনবা য়াবা মরম লৈরম্লবদি সমাজদা থোইনা রারম্মোইদবনি হায়না খঞ্জখি। মহাক্না খলম্বদি মহাক্কী মহৈ তম্বা মপূং ফারগা মমা-মচা মখোয় অহুম পূন্না তীর্থ স্নান তৌজগে খলম্বনি, অদুবু—মমাগী নীংলিবা আশাদা নীংশিংলুরগা অপনবা পীহুনা দোষ পাপ লাক্লগনি খঞ্জখিবদগী মাগী ৱাখল থম্মোইনুংগী লাইজ ঈরোম্ন্ংদা লুপ্ত্না তাইবং কনা খঙদনা মাঙখি। মহৈ মপূং ফাহুনা চাউরক্লবা মতমদা অসিগুম্বা সমাজগী থৌ অসি শমজিনবা য়ানবা হোৎনগে হায়নস্নু খনখি।

মহাক্না মমুন থাদোক্লুনা চংখ্রিঙৈদা করম্না মচা অনিনা লৈহৌগনি খনবদা মবুক্কিংদা থোইনা রাজখি, অতুবু চত্তবা য়াদবা মতাং ওইনা থোকখিবা মরমদগী অরা-অনা 'পূম্বা খাঙহুনা নীংলিবা আশাবু পাঙথোক্লবা হোৎনবা তাখি। অকক্লবা নুমিৎ নকশিল্লক্লবা মতমদা চৎপদা পুনবা মপোৎ মচৈ'পূম্বা থৌরাং তৌজখ্রে। য়ুমগী থবকপূম্বা মচেগী মফমদা শিন্নরক্লে অমস্তুং মমামক্নি খন্দুনা মমা-বোক্কী সেবা তৌ অমস্তুংময়াথং ইন্নু হায়হুনা নুংশিরবা মচা অনিবু পাউতাক পীবীরি। মচা অনিনা মমাগী য়াথং লৈখা তাহঞ্জরোই হায়হুনা পলেমগী পুক্কিং পেলহঞ্জরি। যাত্রা তৌগদবা হয়েংদা ঙাইশিল্লক্লবদা ময়ুমদা উংসব মচা অমা কচ্চর অহুগা মথংগী নুমিৎকী খোঙশান্নবগীদমক শেম শাখ্রে।

---

১৪শুবা পন্দুপ

# অমম্বা

ঙসি নিংথৌকাবা নুমিৎকী অয়ুক অঙনবা নুমিৎ থোকত্রিঙৈ মতম্নি। মচানুপী অয়ুক য়েন্দা অঙনবদা হৌহুনা লাইজ ইপাল লোক্লগা পলেম মমানা চানবা তরা লুকোই হৌজরি। পলেমগী য়াথং মতুং ইন্না মখোয়'পূম্বা ঈরুজহুনা পূন্না পরেং কন্নগা তরা লুকোই চামিন্নরি। ঙাইহাক পুঙ্গোই লৈরগা চাবা লোইহুনা যাত্রা

পুংক্ষম ঙাইখি। মপারী-মমোম অনিবু থাদোক্কুনা লায়রা থাং-পোক থনম্নগা লোইবী চীং লান্দুনা বিদেশ খোঙদোয় হুনখিগদোবা থন্নুবদা মমাগী থম্মোই কায়খরে। থাম্বী মৈথু খুত্রবা, কোরৌ-থক্তা লৈখ্রবা মপুরোইববু কৌহনা মিৎস্না থম্বাল লক্কাদা তরংগী লাইজ শিন্থরি। ব্রাংলেন পুংথায়'মুক হিক্সা কপ্পা য়াবা খোঞ্জেলনা লায়রা থাংপোক অহু পুমনিল নিনখ্রে। চীংখৈ ফিহুপ হুম্নক্কুনা কাক্কী লাম্বাউ শীল্লক্লে, নোংপোক থংবা অতিয়াদা কোরৌ হনবা নুমিৎনা তরং তরং হুন্দোরক্লে। পোম্বী চেক্লাশিংগী য়াকায়রোম্না মালেম'পুম্বা নিল্লক্লে। ঈমুং মাঙ্গোল'পুম্বা ধুপ-থাউমৈনচিংবা থান্দুনা তাইবংশেম্বা মপুগী চরন্দা মঙ্গোলগীদমক ভক্তি কচ্চরি। বৃন্দারাণী মখোঙদসু হৈরুক-পানা-লৈশুনচিংবা থাহুনা লাইজ চোম্না খিন্দুনা পলেমগী মঙ্গল ওকচরি। পলেম মমানা মপুরোইবগী চিন্তামণি চেৎনা কোল্লগা পোৎয়োম মচা অমা মনাক্তা থমহুনা লায়রা মঙ্গোল খেঞ্জোংলাংদা ক্ষমহুনা খোঙবু ময়াম ঙাইহুনা লৈরি। ঙাইহাক লৈরগা মী পিকথন্না তোংলবা গাড়ী অহু লাক্কুনা থরাই খোঙ্গান্দা থুংলরে অমসুং কৌখোরক্লে। মীয়ামগী খোঞ্জেল তাবদা য়ুমলৈমা লাইরেম্বী খুরুম্লে অহুগা বৃন্দারাণী খুরুম্নগা তাইবং শেম্বা মপুনা ভাবনা লমজিং ওইহুনা থম্বাল খোঙশান্দোরক্লে। মপারী-মমোম অনিনা পলেমগী পোৎয়োম পুহুনা মমাগী মতুং ইঙ্গরক্লে। পোকমিম্নবী মচেবু খুরুম্লে, মচা অনিসু মমাবু খুরুম্নগা চিঙ্গোই পাউমেম্নহুনা বিদায় তৌনরগা গাড়ীদা তোংখ্রে। থুনমক গাড়ী খোরক্লে অমসুং য়েংন-য়েংনা খাপতোকখিহুদা চেংলৌ শকক্সম

উনখিদ্রে। মখোয়সু মরান য়াইদা চঙলক্কুনা হিক্না নাওওই তমদুনা অরাবা মৈচাক খাঙজরি। পূং ৯ তাশিল্লক্কুনা গাড়ী অমমম তোংদুনা কলেজ কানখ্রে। পাক্লবা সনা লমজাউ অদু মচীন-মৌপরাগী মকমদা শুক্না মম্বা অথুবা লৈরককুম্না নীংখ্রে, সুংশিরবা মরুপ-মপাংগী চেংলৌ শককমশিংদু য়েংবদা খোউরাংখ্রে, মরমদি—লাইবক থীবসি মচীন-মৌপরানি, পম্ভৌ লৈতবা মচা তোল্লিদা হায়বা রাখন খনখিবদগীনি। কলেজদগী কুম্নক্লগা মচেনা কোলদা কমদুনা চরৈ কি শাখ্রে, মৌপরানা য়ুমগী মকুপ মতা নোমদুনা মমাবোক্না মমোমগী থৌবাংদুনা য়ুম পুবগী মথৌ পাঙ-খোক্লবা হোৎনদুনা লৈজখ্রে।

লম চৎলক্লবা মতমদদি জাতিগী চৎনবী ধর্ম্মবু ঙাক্না চৎনবা হোৎনবদা অরাবা কোঙ্গাই খেংনদুনা অপনবা পীবা হৌরক্লে। আশাপুরগী হিন্দুশিংদি ধর্ম্মবু য়াম্না ঙাক্না চৎপা প্রজাশিংনি, নোংমা করিগুম্বা ঈরু মাইথজদ্রবদি তরা মখেল্ল খক চাদে। অদুবু ঙম্নরকত্রদুনা ধর্ম্মগী পন থুগাইদুনা থরাই পুবা ঙম্নবা হোৎনখি। ময়ামগী খোঙবুরক্তগী ধর্ম্মগী মকোক ওইরবা পুরোহিত অদুনা ময়ামগী চিংনবা কোক্লবা হায়রম্মী, "ঐখোয় মীওইবা অসি মাগী মাগী জাতিগী ধর্ম্ম ঙাক্না চৎনরি অমস্তুং চৎনবা হোৎনৈ, অদুবু ঙম্নকত্রবা মতমদদি—লম চৎলক্লবা, নারক-য়েক্লক্লবা, শা-লাল খোকলক্লবা মতমদদি অদুগুম্বা ধর্ম্মগী নিতিগী নিয়মদু ঙাক্না চৎপদগী আত্মা কম্নবা হোৎনবনা ঈশ্বরনা পেনবী অমস্তুং ধর্ম্ম।শং অদুবু শন্দোকলম্বা মহাত্মাশিং অদুনসু শাউদে। মরম অসিদগী

হৌজিক্তি ঐখোয়পুম্বা ঈমা অমত্তগী, ঈমুং অমত্তগী পোকমিম্নবা ঈচীল-ঈনাওক্নি খন্দুনা চৎমিম্নগদৌবনি। অসিনচিংবা ৱাঙাঙ কয়া ঙাঙখাত্তুনা ময়াম'পুম্বা পুকচেল তিম্নবা হোৎনরিবা পুরো-হিত আজ্ঞাহুগী হৈশিংব'হু থাগত্তবা ঙম্লোই। মতৌ অম্মুম্না লাকপনা শ্রীধাম বৃন্দাবন য়োগদৌবা পুংখাই অমদগী খরা হেনবা লমদা মঙাইশিলক্লে। ওন্থোকপনি, মীওইবগী অশোয়বা খুদোং-থীবা অসি পুংজা খুদিংগী, মিকুপ খুদিংগী, মফম খুদিংদা লৈমাল্লে। মখোয়না তোংলিবা রেল গাড়ি অহু তালিদগী নাম্থোক্ত না গুরুং চৎলে, রেলডবা অহুম-মরি ওম্মহুনা মী য়াম্না শোকলে, পোৎ-চৈ মাল-চাং য়াম্না মাঙলে। তোংলিবশিং'হুগী মনুংদা মী ৬০ খরা শোকখি, মী ১০না য়াম্না থীনা শোকখি, মী ৮ শিখি, মহুগী মরক্তা থম্বাল য়াওখ্রে। থম্বালগা চৎমিম্নবা খোঙবুগী মরক্তা মাগা থানা মী অনি শিখি, অহুম অমনা খরা শোকখি অহুগা অমনা য়াম্না থীনা শোকখি। মতৌ অম্মুম্না মখোঙনা মমং থিবা চৎপা ওইনা খোকলবা মখোয় অহু কনাগুম্বনদি মরাইবক ফৈদা শ্রীহরিনা চানবীহুনা চঙনা লৌশিনখ্রবনি হায়নবম্মু ময়াওই, অহুবু থম্বালগী মফমদদি মচা অনিগী কর্ম্ম লোইরমদবা মরম্না খ্বাইদগী হেন্না মরাইবক থীবনি। অশোক-অনাশিং অহু অনাশঙদা পুহুনা লাই-কম্নখ্রে অহুগা অশিবা নিপাল অহু সংস্কার তৌখ্রে। খুদোংথীবা পাউ অসি খবরদগী লৈবাক খুদিং য়োখিহুনা আশাপুর লৈবাক্তা কলেজ তম্বা কারিবা মচীন-মৌপৱাগী মফমদা থুংখ্রে। মীশক মমিং পুন্দবুগী মরম্না অওইবা পরিচয় খঙজখ্রবা মচীন-মৌপৱানা

করি থোক্লগবা খঙ্গহনা মিহুল চেঙ্গুম-চেঙ্গানখ্রে। মমঙ মহানগী ঈরাঙ লাঙবনে অশোয় অঙাম'পূম্বা ঙাকপীয়ু হায়হনা ঈশ্বরগী মফমদা থুরুমজখি। কলেজ ছুটি থাবক্তনা ময়ুমদা কুম্নক্লগা নিতিগী তৌগদবা মথৌ লোইরগা মচীন-মৌপরা চাক চাহনা তুমখ্রে।

অহিং মমৈ ওইরকপা থোমলে তুমথুন হুল্লিঙৈদা মচীন-মৌপরাগী মমঙদা পলেম মমাগী আম্মানা লাক্তনা মপারী-মমোম অনিগী মফমদা চি.ঙ্গাই পাওমেম্নবরে। মৌপরাগী মমঙদনা চরৈ অনুবা শেক্তুনা মশম মনা ইকা ফানা লাকলগা 'নচেগী য়াথং হিক্তোকয়, নহৈ কন্না তম্মু, ঈমাদি নপাগী মনাক্তা চত্তবা য়াদ্রে।" হায়রন্নগা মমায় মখা পাংনা অদুম চৎখ্রে। মচীন-মৌপরানা কপ্পুনা তান্নবদা হন্না য়েংলমদনা মমাগী খোঙচৎনা লাপখিবনা উনা উনা. তানবা ঙমদহুনা কপ্পুনা লৈহৌই। মমা শকপী মমাবোক্কী মমঙদনা ঈমুংদা মী য়াম্না চঙলক্তুনা ঈরাঙ লাঙহুনা মফম মরাং খঙলমদে। মচে আশালতাগী মঙদনা অকিবা থৌথোক অমা থোক্লম্মী, মহুদি—মচীন-মৌপরা সাইকল তোংহুনা কলেজ কারম্মী। ঈখঙ খঙহৌদনা অতিয়াদা লৈচিন্ন অমুবা অমা পাইরক্লম্মী। অকনবা নুংশিং অমা লাক্তুনা লৈচিন অহু হুমখিহনা অতিয়া শীনখিরম্মী অমম্পুং মিকুপ খরগী মনুংদা মালেম্ন পৃথিবী মমশিল্লক্তুনা অকনবা নোংনুংশিংনা অরাবা শীরম্মী। মমাঙনা উবিবা শঙ অহু য়োনবা থোরগা ঙাইহাক্তুং থুপচগে শন্দুনা কন্না গাড়ী থোরম্মী। য়োগদোবা খরদা ঙাইরকলবদা

খোংনাং অচৌবা অমগী মখোঙ হেক য়োরগা তমথীরবা নুংশিৎ অহুনা হুমহুনা অচৌবা উজাও অহু মখোয়রোমদা তুথরক্কু্না নললম্মী। চৈনাখোল মৈচাক খাঙবা ঙমদ্রহুনা অকিবা খোঞ্জেল্লা কল্লা লাউবদগী তাবক্কুনা মাবু হৌদোরক্লে। মখোয়'পুম্বা হিপ-লম্বদগী হৌগত্তুনা ফক্তা ফম্লগা মঙগী থৌথোক লীনহুনা ঙাকপীহৈবা শ্রীহরিগী চরন্দা খুরুমজখি। ঙাইহাক লৈরগা নোংঙাল্লকতুনা উর্তি খোংবদা থোঙ হাংদোকতুনা হৌগৎলগা বৃন্দারাণী খুরুমহুনা মমঙ লীবগা ঙাকপীযু হায়না নিজখি। অহুগী মতুংদা য়ুমগী থবক তৌরগা লাইবিক ঙাইহাক ঔবাইরগা চাক ঈশিং চা-থক্কুনা কলেজ কানবা থৌরাং তৌগ্রে। মচীন-মৌপরা সাইল ইন্দুনা থোরকপা কোম্হোং য়ৌবদা ডাক-পিয়ন অমনা কোম্হোং মপান্দা আশালাতাগী লৈফম হংলক্লে। মমিং পনবা তারদা মখোয় অনি স্বাই লাউগ্রে অমস্তুং মফম অসিদনি করিনো হায়হুনা হংজখি। থিরক্লিবা য়ুম অহুনা চুম্নরবদা ডাক-পিয়ন অহুনা টেলিগ্রামগী চে পীরক্লে। মচীন-মৌপরানা পাবদা বজ্রনা কোকথক্তা তাবগুম 'মাঙলে মাঙলে ঈমা!' হায়না অফিং অফাই লাউরম্লগা আশালাতা লৈমাইথক্তা রাম্থগ্রে। ডাক-পিয়ন অহুস্তু হুন্দোকতুনা চৎপা য়াদবা তাম্ফম ওইহুনা ঈশিং খবা পুখ্রিদগী লৌরুরগা লরাইদা চাইহুনা আশা-কুমারগা লাক্করিঙৈদা ঈমুংদা লৈহৌরিবী মমাবোক্তা মীনিল্ল তাখি হায়হুনা থোরকপদা থেংনহুনা কপ্পগী মহুত্তা নুংশাথীবগা লোয়ননা লাক্কবদগী হীদাক ঙাম্হক অমুক লৈরগা জ্ঞান তারক্কু্না কপ্পরক্লে। ফরক্লবা অহুদদি লায়কল্লবা য়াওরম্বা ডাকপিয়নস্তু চৎগ্রে, মমা-মচা

মখোয় অহুমস্তু খোঞ্জেল রাংনা কপ্ত ্না ময়ুমদা অমুক চঙলক্লে। মফম খঙদনা কপলকপগী পাউ তাবদা অমমম-অনি'নি লাকপনা মীনা শূমাঙ থল্লক্লে। লাক্লিবা মী'পুম্বা মখোয় অনিগী মতৌ উবদা থম্মোই শোক্তবা অমস্তুং কপ্তবা য়াওখিদ্রে; মখোয় অনিগীদমক্তা খনবদা রাবীখি। কর্ম্মদি বৃন্দাবন্দা অহুম শোল্লক্লগনি হাযহুনা পুরোহিতনা টেলিগ্রামদা হায়রকই, অহুনা জাতিগী চৎবী মতূং ইন্না লাইরিক লাইশু তাহুনা মফম মরাং খঙদনা নুমিৎ অহুমা অহুম হৌখ্রে।

শোরাৎকী নুমিৎ য়োৎরক্লবদা তুমিন্না তোকপা নুংঙাইতে হায়হুনা মপা শক্লবা তৌমচৌ বাবুনা শীন্দুনা পালা তরামুক কোয়হুনা মী য়াঙ্খে-চামরোমদং তিন্দুনা মমাগী আত্মা শান্তিগী-দমক্তা হোৎনজখি। পাক-চাউরবা আইবংদা পলেম শকপী মমাবোক্কা পম্থৌ শমপা তৌমচৌ বাবুগা অনিনা থরা তেঙবাংবী-বদগী হেন্না মচীন মৌপরাগী কনা লৈজখিদ্রে। নোংদোল তম্বা তেগ্না লম্মখাংদা তেক্তুনা মালেম পৃথিবীদা হাইথরক্ত ্না মাঙবগুম মচীন-মৌপরাগী মীথোই মীহেনবগী আশা অহু অরেম্বদা মাঙখিবা তারে খনবদা অরাবগী মশক্লি। থা অনি অহুম লৈরগা মতম ওইরকতুনা চহিগী পরীক্ষা থাখ্রে। রাখল নুঙাইতবনা মরম ওইখিবদগী উচিন্না পাসতা মওইখ্রে, মীকোক থোংবদি ঙমখিদ্রে। মস্তুং-মতম চাদনা পলেম-পম্থৌ কায়নহুনা কনা লৈখিদবদগী ছাত্র জীবন্দা অপনবা ওইখিহুনা অসিগুম্বা ফিভম অসি মখোয়দা থোকখ্রিবনি। মতৌ অস্তুম্না থোকখিব। নীংবা কায়বা কয়াম্থ মখীং

থীবা ভুমদনা লৈরমগনি ; থল্লুবদা অরাবনি অসিগুম্বা তাইবং লীচৎসি। হৌজিক মচেনা বিঃ এঃ অদুগা মৌপল্লানা আইঃ এঃ পাস তৌজরে। মৌপল্লাবু মহৈ মপুং ফানা তমহল্লগে, মহাক্তি মল্লাইবল্লা য়াক্রমাল্লে য়ুমগী থবক শূহনা মৌপল্লাগীদমক শেল তাল্লগে হায়না মিসনা থল্লক্লে।

## ১৫শুবা পন্দুপ

# অঙকপা ৱাখল

ধর্ম্ম-অধর্ম্ম, পাপ-পূণ্য অমস্তুং ঈশ্বর লৈ-লৈতে হায়বগী ৱয়মদা আশাল তাগী ৱাখল থনবা হৌরক্লে। মহাক্কী মমা-মপানা ধর্ম্মবু য়াম্না থাজনা চৎথি অমস্তুং ঈশ্বর হায়বা অসি থাঙ্গৈশেংনা লৈ হায়না থজখি। অঙকপদি, অদুগুম্বা ধর্ম্মবু থাজ্জরবা মমা-মপানা মচা অনিগী জন্ম কুটিদা পাঙ্খিনা কলম তারক্লগা খুং-হোংকী ফলশিংবু থাজদবগুম লৌদনা ঈশ্বরদা অক-কত্ত অপূম্বা শিন্নরগা নিতি কর্ম্মবু চুম্না চৎলবদি অনীংবা'পূম্বা থুংবা ভুমই হায়না থাজখি অমস্তুং থাজ্জবগা লোয়নন্না হোৎনরম্মী। ঈশ্বর হায়বা অসি থাঙ্গৈশেংনমক লৈম্নিগন্দ্রা। অদুগা জাতিগী ধর্ম্মবু থাজরুবা কাম্নরিত্রা, ধর্ম্মগী থবক থাদোক্কুনা পাপকী থবক্কু তৌদুনা মশাগী ফলনথতা' থল্লিবশিং অদুনা করিত্রা অমস্তুং পাপ

পুণ্যগী থবক হায়বা অসিনা কন্নিনো থ.ঙৈশেংবা মরম শিরগে হায়না শিসনা থল্লক্লে।

মহাক্লা থনখি, মীওইবদা নত্তনা সংসারগী জীব পানবা পুম্ন-মক্না পোক্লিবা অসি সৌরজগৎকী নুমিৎ, গ্রহ অমসুং উপগ্রহশিংগী খোঙচৎকা মান্না মরী লৈনৈ। সাইন্সকী বিজ্ঞান হৈবশিংনা মখোয়গী খোংচৎশিং অহু অক্তনা হোৎনগা মহুগী মরী লৈনবগী মতুং ইন্না অফ-ফত্ত ফল অহু থঙনৈ। হিন্দু ধর্ম্মদনা মখোয়শিং অসিবু তাইবং মীগী শক্তম পুবা লাইশিংনি হায়না থল্লি অমসুং পূজা তৌনরি। মুন্না থিজিল্লুরবদি হৌজিকী সাইন্স অমসুং হিন্দুগী জোতিষ বিদ্যা অনি'সি চপ মান্নে। অনি'সি থুংফমদি চপ মান্নবা লম্বীদি তোঙানবা মকম অমগুম্বনি।

পাক-চাউগ্রবা মালেম অসিদা পোক্লিবা তাইবংগী জীব'পুম্বা নুমিৎকী শক্তিদগী ফংবা অঙৈং-অশাগী মতুং ইন্না খেন্নৈ। ভূগোলগী মতুং ইন্না পৃথিবী অসি বিষুবরেখাগী লমদমশিং অহুনা মান্না শাই। পৃথিবী অসি মতুম তাবা পোৎশক অমনি, অসিগুম্বা পোৎশক অসি অশাবা লমদম, অঙৈং-অশা মান্নবা নুংঙাইবা মকম অমসুং অঙৈংবা লমদম হায়বা চাউরাক্লা মখল অহুম খোক্লা খায়দোকই। মসিগী মনুংদা ময়াই ওইবা বিষুবরেখাগী লৈইনা তাবা মফমশিংনা খাইদগী হেন্না শাই অহুগা খা অমসুং অন্নাং মেরুগী লমদম্না খাইদগী অমুক হেন্না ঈংলি। মসিগী কুপশিনবশিং অসি গ্রেখোয়না ভূগোল পারগা নীংখিনা থঙবা ওম্মী। মান্না শাবা লমদমদা লৈবা মীশিংদি কুচু মান্না মুই, মান্না শাঙ্গল্লি অমসুং লীচং-

শাজৎ ফজদে অদুগা চাওখৎপা জাতি অমা ওইগন্দে। হায়রিবা মফমশিং অসি বিষুবরেখানা তাবা মফমশিংনি। অশাবা মফম ওইরবসু রেখা অসিদগী খরা লাপ্পা লৈবা মফমশিংনা খরা ফৈ।

অঙ্গং-অশা মাল্লবা লমদমদা লৈবা মীশিংদি কুচু ঙৌই, চাউ-শাংই, শাউগন্দে, লমচৎসু ফজে অমসুং চাওখৎপা জাতি অমা ওইগল্লি। অঙ্গংবা লমদমদা লৈবশিংদি য়াম্না চাওখৎপা ওইগন্দে, কুচুদি ঙৌই অদুগা মখোয়গী মফমদদি খৎন-চৈনবা অমসুং শাওনীংবা অসি তাঙনা থোকই। হায়রিবা মওংশিং অসি সৌরজৎকী মরু ওইরবা নুমিৎকী শক্তিদগী থোক্লিবনি। হিন্দুশিংগী ধর্ম্মদা মসিবু সুর্য্যদেব হায়না মীগী শকুম লৌবা লাইনি হায়না লৌই। অসিগুম্বা নুমিৎকী মৈশা অমসুং শক্তিগী মতুংইন্না অঙ্গং-অশা, নোংজু-নুংশা মহৈ-মরোংগী অফ-ফত্ত, শা-লাল থোকপা, খৎনচৈনবা থোক্কনবা অসিনচিংবা মথল মখা অয়াম্বা পৃথিবীদা লৈরিবা লেওন্নি-পাল্লিবা জীব'পুম্বগী অন্না-নুংঙাই ওইরি। অসিনচিংবা থোক্লিবা মরমশিংসি জগৎ অসিবু শেম্লিবা ঈশ্বর মহাক্কী থৌশীল মতুং ইনবনি। পৃথিবীদা লৈরিবা জাতি খুদিংগী ধর্ম্ম খুদিং অদুগা হৌজিক্কী মিৎনা উবা লাইগুম্লবা সাইন্স বিজ্ঞান হৈরবা মীশিং পুম্নমক অসিনা ঈশ্বর লৈ হায়না অতুম লৌরি অমসুং মহাক্কপু খুরুমজরি। মীওইবনা মাগী পোকপা নুমিৎ অদুগী পুংকম থেংফম অদু মরী লৈনরিবা নুমিৎ-গ্রহশিংগী কোঙচৎকা য়াম্না মরী লৈনবদগী মী অদুগী চাওখৎপা নুংঙাইবা, মরল লৈবা অমসুং অফ ফত্ত'পুম্বা ওইরিবনি হায়না

হায়রিবা রাকমশিং অহু চুম্মী অমসুং মমাঙভৈদগী চুন্নকলি।" অসিনচিংবা মরম কয়ামুক খন্দুনা চুন্নবা মরমশিং অসি মখোয়গী মকমদদি শোয়বিবা কবিগীনো, অচুম্বা মরম থিরগে খন্দুনা মচীন-মৌপর। অমসুং মম-মপা মখোয় মরিগী কুঠি মরি অহু লাপ্পা লৈবা হৈববা পাঞ্জি অমদা য়েংলুনবা চৎখ্রে। মহৌশানা পুকচেল তিংবী ওইবা মবম্না খুপ্তুনা মখোয়গী কুঠিদা লৈরিবা পোকপগী পুংকম পুংখাউ অমমম হুন্না। অমসুং কোন্থনা হোৎনীবগা মখোয়না হৌজিক ওইববা অক-হুংঙাইশিং অহুগা চানবা য়াবা মরম লৈব্রা য়েংবীয়ু হায়জরুরে।

মাগী মন্না তাবদা ওঝা পাঞ্জি অহু নোকপনা পুক্রি তিংখ্রে অমসুং জোতিষ বিদ্যাগী খুৎহোৎ ফলদি লাইগী মপাওনি, শোয়দবা ঙাক্তনি, থাজদবা তৌগনু পাপ লাকনি হায়খি। পুকচেল তিংলবী আশালাতানা মশাওবা লৈতনা মহাক্না নীংলিবা মরম'পূম্বা হায়জহুনা মহাক্তি ধর্ম্মবু থাজনা চৎচবী নুপীমচা অমনি চুন্না য়েংবীয়ু হায়জখি। পাঞ্জিদা হায়রকই, "করে অহুদি নুপীমচা, অহুপ কুপথনা য়েংবা তারবদি মতম য়ান্না শাংনা চঙপল্লি। অযুক অযুক পুং অহুম অহুম খোৎপদা থা অমা চঙগনি অহুগা অযুক-নুংথিল পানা মস্নিদা খোৎপদা মুমিৎ তরানি চঙগনি। মহুগী অরামন লুপা চনি লৌগে খল্লি, লুপা চামা অমা হান্না পীয়ু নত্রবদি ঐ ভগ্নোই।" অসিগুম্নবা রাহৈশিং অসি তাবদা হয়েং লাকচগে হায়রম্নগা মহাক চৎখ্রে। পাঞ্জিসু থৌথোক অসি শোয়দনা খোক্লগদ্রা খন্দুনা নোক্ত্না লৈহৌই অহুগা মহাকসু

মঙল মতুল খন্দুনা লাক্লগা ময়ুমদা তান্নরবে। মৌপরখোযন খাম্বদা অচুম্বা মবম থিবদা মহৌশাদগী অহনবা অমসুং অকিবা লৈত্রবী মচেগী মবুক্তা শোয়দনা ভোগে খনখ্রে। নোং ফুং ভানবগা লুপা চামা পুন্থনা ওঝা পাত্নিদা খুকম্লগা নীংথিনা য়েংবীয় হায়থুনা কৎলে। ওঝাথুস্ন অবেম্বদা হায়জিল্লুরে, য়াম্না লুপ্রবা খবক্লি খন্দুনা অকিবা অমা পোকখি, অদুবু হায়গ্রবা রাফম ওইবনা লৌদবা য়াদথুনা শেল অছু লৌবে।



**য়াবনা পন্দোল লোম্লবা মীশিংদি ধর্ম্ম, কর্ম্ম অমসুং ঈশ্বর্ কাওবা থাজরক্তে।**

মুমিৎ অদুগী অয়ুক-নুংথিল পানা আশালতানা হেক চৎখি-বদগী হোৎপদা অকগী ফলগা চপ চানবা ফল ফংলে। ফলশিং

অহু চেদা ইহুনা পাঞ্জিনা থমখ্রে। মিসনা তৱানি শুবগী অয়ুক্তা লাক্ত্না অচুম্বা পাঞ্জিগী ফল তাকপীরো হায়জরৱে। চেদা ইহুনা থনম্লিবা মরোংশিং অহু পাবদা খঙখি, মহুদি—মপা মাধবতি মপুন্সি শাংনা খোয়ৱেন্দদি তমখি অহুবু গ্রহশিংগী খোঙচৎ মতুং ইন্না পুংক্ষম অহুদা পোকপা মীনা চেকশিন্দবা নক্ষত্রগা নিতি-কর্ম্ম শোয়ৱবদি খাংউথক্তা মাঙউ লৈ হায়না ইৱম্লে। মহাকপু পোকপী মমাস্থ মপুৱোইবগী সেবা মতোল লোম্না ফংজহুনা মচা-মশুগী মপাল চাহুনা চহি কুইনা পুন্সিযু তম্লিবী নুপী অমনি। সঙ্গদগী নক্ষত্রগা নিতি-কর্ম্মদগী মাঙউ হায়বা লৈ হায়রম্লে। মচীন-মৌপৱা-গীদি মহৈ-মশিংদা অপনবা য়াম্না লৈ, অহুনা চাওখৎপা ঙমদহুনা তোক্কনি। পুকচেল চুম্না নিতি-কর্ম্মবু কায়দনা হোৎনরবদি কোক্কনি হায়রে।

ৱারমশিং অসি পাবা লোইরগা ঙাইহাক মরু লুক্ত্না খল্লগা মোমোন নোক্ত্না হায়রকই, "ওঝাগী অসি ঐ ভাব তাবা ঙমজদ্রে। কুঠি খুদিংগী গ্রহগী ফলবু সঙ্গ অমস্থং নিতি-কর্ম্মনা হেক হেক ককথৎপগী মৱম কৱিনো তাকপীয়ু।" নোক্ত্না খুম্লকই, "ঈবেম্মা, সংসার অসিদা খ্বাইদগী হেন্না লুবা থবক্তি সঙ্গ অমস্থং নিতি কর্ম্মনি। বিধিনা ৱাউ, সুংঙাইয়ু, কৌ-কন্থ হায়না তম্লবস্থ সঙ্গ অমস্থং নিতি-কর্ম্মনা লায়না ককপা ঙম্মই। মসি ঈশ্বরনা ঐখোয় তাইবং মীওইবা অমদি জীব পুম্বদা পীরকপা অঙকপা শক্তি অমনি। মসি তাইবং মীনস্থ য়ারবা ঈশ্বরনস্থ য়ারবা ৱাকমনি, থক কাউফদে।"

হায়বিবা অকোনবগী রাক্ষম খরা অসিদি মহাক্না নিতিগী তমথিবা লাইবিক্তুস্থ তত্তনা থেংনৈ অমস্তুং চুমই খন্দুনা ঙাক্না চৎচরক্লিবনি। পৃথিবীগী জাতি খুদিংগী ধর্ম্মদা হায়বিবা রাক্ষমশিং অসিদি য়াওবা ঙাক্তনি অমস্তুং চাওখৎপা পান্বা মীপুম খুদিংনা ঙাক্না চৎনবা ঙাক্লি। পূম্নমক অসি খঞ্জরুরগা অরাবা রাখন্না লাহত্তুনা ভাব চোক্টববী অমস্তুং মশানা মশাবু থাজবকত্রবী অমা ওইরক্লে খন্দুনা রাজাখ। মমৈথংদা মশামক পেঞ্জবহুনা অকোনবদা পুরকপা লুপা চামা অহুস্থ ওঝা অহুদা কৎলে। পুকচেল শেংলবী মহাক্কী মতৌ উবদা পেল্লহুনা শেল অহু লৌ হান্নবা য়াদ্রে অমস্তুং হান্না লৌথ্রবা লুপা চামা অহু ফাওবা পুথোক্তুনা অমুক হন্না পীথোরক্লে। মখোয়'নি লৌ লৌবোই ঙাইহাক ঙাঙনবগা ঈবৌ লৌদ্রবদি নুংঙাইরোই খন্দুনা মী মবি য়েংবগী লৌক্ষম থোকপা লুপা অমত্তং লৌবগা অতৈদি আশালতাদা পীখি অমস্তুং খুকমহুনা ভাক্ত কৎচরগা লৌজখি। মিসনা হৌজিক মহাক্কী মজাতিগী ধর্ম্মবু থোক্টদোক্না থাজখি অমস্তুং কিনা চৎচখি। মহাক্কী পুক-চেল চাংয়েংবদা অওইবা খঙলবা ওঝা'হুনা পেল্লহুনা মাগী ববদগী লেম্না মাঙলগনু অমস্তুং অথোইবা মী অমা ওইজরো হায়হুনা বর ফংলবী আশালতানা হরাওনা মমুমদা হুল্লকই।

পৃথিবীগী মনুংদা চাওখৎলবা নোংচুপলোমগী জাতিশিংনা মখোয়গী ধর্ম্মবু হৌজিক ফাওবা শন্দোকপা লোইদ্রি। মখোয়না মখোয়গী ধর্ম্মবু ঙাক্না চৎলি অমস্তুং অতোপ্পা জাতিশিংবুস্থ মখোয়গী ধর্ম্ম চৎহন্নীংই। মখোয়গী ধর্ম্মগী নিতি-নিয়ম ঙাক্না চৎপদগী

চাওখৎপা অমুম হেনগৎলক্নি। মখোয়গী মতৌগুম্না ঐখোয় ভারত মচাশিংনা ঐগী ঐগী ধর্ম্মবু থাজনা ঙাক্না চত্তুনা ঈচীল-ঈনাও পোকমিন্নবগুম্না নুংশিনন্থুন। পুকচেল তিন্ননা হোৎনরবদি অমুক হেন্না চাওখত্তুনা অতোপ্পা মীরৈবাক্কী জাতিশিংনা ভারত মচাশিংবু লাকচবা ঙম্লোইদবনি হায়না মহাক্না থনখি। থাঙ্গৈ-শেংবসু মসি অচুম্বনি, ধর্ম্মবু ঙাক্না চৎলবদি পাপ-পুন্য মশক খঙদুনা ধর্ম্মনা য়াদবা হিংসাগী থবক থাদোক্কুনা অফবা অমদি চাওখৎপা ওই। আশাপুর লৈবাক্না লৈখা তাবম্বদগী মিসনা পোক্লকবা মতমদা চাওখৎলক্লুবা অসি ধর্ম্মগী নিতি নিয়ম ঙাক্না চৎলকপদগীনি।

ভাবতবর্ষ অসিদা জাতি-ধর্ম্ম যাম্লিবা অসি ধর্ম্মশিং অদুবু শন্দোক্লম্বা ঈশ্বরগী মহুৎশিনবা মহাপুরুষশিং অদুনদি মীপুম খুদিং মখোয়না শন্দোক্লম্বা ধর্ম্মশিং অদুবু চৎহন্নীংই। মখোয়গী মতুংদা লাকপা ধর্ম্মগী খুজি পায়বা কাঙবুশিংনা রাখন থেনবদগী মাংই-শেংই হায়দুনা অমগা অমগা নুংশিনহন্দবনি। পাঙলগী জাত্তা পোক্লবা হবিদাসপু মহাপ্রভুনা অথেতৈবা ভক্ত ওইনা লৌশিনখি। অসিগুম্লবা মমল য়াম্লবা পুকচেল অদুবু কার্ডিখদুনা মাংই শেংই হায়বা পঙলবা পল অমনা রাংনা খাদুনা তিন্নবা য়াদনবা থম-খিবা উবদা ঈশ্বরনা পল অসিবু থুগায়দুনা ভারত জাতিপুম্বা অমগা অমগা তিন্ন-তোৎনবা য়ানবা হায়দুনা মহাক্কী মহুৎ শিনবা নিপা অমা মতম কুইনগী মতুংদা থারকই। মহাক্কী মমিং মহাত্মা গান্ধী কৌই, মহাক অসি অনৌবা ভারত জাতিবু পোকপা

ঈপানি। মহাক্না চৎলম্বা অহিংসাগী লম্বী অমস্তুং গান্ধীজমগী মতেঙনা হৌজিক ঐখোয়না অমগা অমগা নুংশিনবগী অনৌবা প্রেম পুন্নকপা ওয়ে। ভাবতকী মন্নুংদা লৈবা তোঙানবা জাতি-শিংনা মাগী মাগী জাতিগী ধর্ম্ম্বু ওাক্না চৎলবস্থু করিগুম্বা অপূনবা দেশকী ওইবা খন্নরকপদা নত্রগা পূন্না তিন্নবকপদা গান্ধীজমগী মতেঙনা পূন্না চামিন থকমিন্নহুনা নুংশিনবা ন্নাখল খন্দুনা পুকচেল তিন্ননা থবক তৌবা ওস্বগী শক্তি লৈবিবনি হায়না মিসনা খনখি।

ঈশ্বব হায়বা অসি লেপ্পমক লৈবমগনি, মহাক লৈত্রবদি জগৎ সংসার অসি লৈবয়োইদবনি। চাওখৎলবা সাইন্সকী যুগতা বিজ্ঞানগী মতেঙনা মীওইবনা ঈশ্ববগী খুংশেমদগী হেনগৎলক্লে খন্নরি, মন্থ ঐখোয় তাইবং মীনা ঈবুংঙো মহাক্কী ফিদম লৌহুন শরুক খরদং পাঙথোকচবনি। কবিগুম্বা মতমদস্থু ঐখোযন ঈবুংঙো মহাক্কা খক মান্নবা ওম্নবোই। মসি খঙলবা বিজ্ঞান হৈরবা মীশিংনা তত্তনা ঈশ্বরবু খুরুমজরিবা মরম অসিদগীনি।

মহাক্না খনখি, "ঈচীন-ঈপন্নানা হৌজিক ঈমা-ঈপা কায়নবগী মৈচাক্না অন্নাবা ফংলিবসি নহানমুক্কী মপোক্তা ঐখোয়না ঈমা-ঈপাদা ধর্ম্ম কায়না চত্তুনা মীন্নাইন্নকপদগী কর্ম্মগী ফল ফংলিবনি। ঐখোয়না তৌজন্নকপা কর্ম্মগী ফল ঐখোয়না ফংজরগা অমুক ন্নাক্লবগী কান্নদে; নিতি কর্ম্ম চুন্না চৎলগা ঈশাগী, লৈকাইগী, দেশকী অমস্তুং পৃথিবী'পুম্বগী চাওখৎনবা অমস্তুং ফনবা হোৎনরবদি মতুংগী মপোক্তা ঐখোয় অফবা ওইগনি হায়বা অসি শোয়দ্রবা ঈশ্বরগী পাউত্রাকনি। ঐখোয়না হুন্নান-চীম্বী, মীনম-শোরিবা,

মীহাৎ-মীপুন্নচিংবা তৌরবদি ঈশানা মহুগী কর্ম্ম ফল অহু ফংগনি। করিগুম্বা মতমদা খুদক্তা ফংগনি, করিগুম্বদা খরা তপ্না ঈশাদা নত্রগা ঈচা-ঈগুদা ; মহুদসু নাম্হোকথ্রবদি মতূংগী মপোক্তা মহুগী ফল অহু শোয়দনা ফংগনি। মরম অসিনা বিধিনা নহান অমুক্কী মপোক্কী ফলনা অহুম ওইরুরো হায়হুনা থারকপনা ঐখোয়না অরাবা ফংলিবনি ; অহুবু ঐগী নিতি কর্ম্ম চুম্না চৎলবদি মহুগী অরাবশিং অহু য়াবমখৈ কোক্কনি অহুগা মতূংগী মপোক্তা ফরুগনি। বিধিবুদি কর্ম্মনা হেন্না কল্লি হায়বা অহল-লম্মনগী পাউরৌ অহু শোয়দবনি।

পৃথিবী অসি মমাঙডৈদা দেশ খুদিং, লৈবাক খুদিং নিংথৌ লক্ষ-লিশিংনা শাসন তৌরম্মী। কনাগুম্বা নিংথৌ থরনা প্রজা-নীংবা য়াওথ্রবসু অয়াম্বনা ফত্তে, প্রজাশিংবু য়াম্না ওৎ-নৈখি। মরাল লৈত্রবা প্রজা কয়া কয়া অরাবা ঈপাক্তা তাহুনা রানখি। চহি মতম কয়ামুক ঈশ্বরনা মখোয়বু য়েংবীরম্মী, করিগুম্বদা অরাবা পীহুনা ৱাররক্লগা জ্ঞান তানবা হোৎনখি। মখোয়না ভাব ঈতা তাদহুনা ওৎ-নৈবগী লমচৎ অসুম চত্তুনা লৈখিবদগী হৌজিক্কি মতিক চাবা ঈশ্বরগী ৱায়েন-চৈরাক ফংখরে। পৃথিবীগী মকম খুদিংদা নিংথৌ পানখিত্রে, করিগুম্বা লৈবাক্তা নিংথৌ হায়বা মমিং অহু লৈরবসু মহাক্কী করিগুম্বা শক্তি অমত্তা লৈত্রখিত্রে, শক্তি'পুম্বা প্রজাশিংগী মখুত্তা লৈত্রে। শম্না হায়রবদা হান্নগী অকননা নিংথৌগী শক্তি প্রজানা পায়খ্রে অহুগা অশোনবা প্রজাগী শক্তিনা নিংথৌনা লৌখ্রে। অহুগা, ধর্ম্ম-অধর্ম্ম খেন্নবগুম্না ফলসু

খেন্নৈ ; ঐখোয়না তৌজবা কর্ম্ম মতুংইন্না ঐখোয়না ফল ফংজবা শোয়দ্রবনি, লান্ননা থক ফংবা য়াদে।"

রাখলশিং অসিগা লোয়ননা মমা-মপানা তাক্লম্বা পাউতাকশিং তাহনা মহাকপু হেন্না হেন্না কন্না পুনশিনখিহনা মৌপরাবু মতিক চাবা মী অমা ওইনবা মমা-মপা শক্তুনা শেম্লগে হায়না থনগ্রে অমসুং মশাগী অরাবা'পূম্বা কাউথোক্লবা হোৎনগ্রে।

---

# অরেপ্পা রাখল

বিঃ এঃ পাস তৌরবা মিস স্বর্ণ আশালতানা মৌপরাবু লাঙ্গোন্দুনা থার্ড ইয়াবদা মহৈ তমহল্লি। মৌপরানা অরাবা রাখল থন্দুনা মহৈ তম্বা কায়দনবা মখল মখা অয়াম্বা পাউতাক পীহনা মহৈদা পুক্লিং থৌগৎপী। অসিগুম্বা মহৈগী গুন্না লৈতেংবী মচে অমা ফংজবা অসি মহাক্কী মরাইবক ফবনি। মহৈ-মশিং হৈবা ঈনাকখুনবা মচা কয়াক্কী পাউ পুবক্তুনা মপা শক্লবা তোমচৌ বাবুনা থাজনবা হোৎনৈ। মহাক্কী লেপশ্রবী পুকচেলগী মমাঙদা অমুক হন্না পনবা ঙম্দনা তোকখি। মপা লৈরিঙৈদা লৈনরম্বা প্রেমজী ঈচেল অহু মাঙখিবা তারে থন্দুনা হায়বদগী মচা নুপী যামিনিবু মৌপরা আশাকুমারদা পীবগী রাকমদি লেপ্পহনা থমখি অহুগা মৌপরা তারবদি পাপকী রাখল চঙলকপা য়াই থন্দুনা তাহনখিদে ; অহুগুমহনা মনাও নুপী ওইগদৌরিবী

যামিনিবুম্থু তাহন্দনবা হায়তুনা মহাক্না কন্না মেঞ্জহুনা মচীন-মৌপরাগী প্রেমগুম্না হঙ্গৈাইনদনা চৎননবা হোৎনখি। মহাক্কী অসিগুম্নবী মমল য়াম্নবী তোপ-তোপ্পী রাখল অসি উবদা মপা শক্লবা তোমচৌ বাবুনা মাবু থাগত্তবা ঙমখিদে।

অনিশুবা, মপাগী লৌ পরি অনি'থু য়োম্থোক্ত্রনা মহুনা কান্নবা থবক্তা শীজিন্নরগে, মানা হৈজবা হৌজিকস্থু ময়ুমদা হোৎনরিব। হেণ্ডলুমগী থবক অসি ফজনা চথগে অহুগা মৌপরাগী মহৈ মপুং ফানা তমহনবদা তেঙবাংগে হায়না মহাক্না থনখি।

অহুমশুবদা, আশাপুরগী প্রজাশিংনা চীং-তম তোঙানবা রাখল খন্দুনা নুংশিনদ্রিবা অসি কোক্লবা হোৎনগদৌবনি। নিপাগী পুক্লিং ফাবদি নুপীনি, নুপী ওইরবী চীং-তমগী প্রজা ত্রখোয়না পুকচেল অমত্তা ওইনা তিন্নদ্রিবা মখৈ খক চীং-তম চান্নবা য়ারোই। মরম অসিনা মহিলা সমাজ অসি চীং-তম অপূনবগী সমাজদা ওন্থোক্ত্রনা চাওখৎনবা হোৎনগদৌবনি হায়না মহাক্না খনথ্রে।

মরিশুবদা, আশাপুবদা শেৎলি-ইল্লিবা ফিরোল অপুম্বা আশাপুরগী চীং-তমগী নুপীশিংনা শাগনি। য়ুম খুদিংগী হেণ্ডলুমগী থবক চাওখৎহনগনি। চীং-তম'পুম্বা লশিং থাহন্দুনা নুপী-নিপা অয়াম্বা কান্নবা ফংহনগনি। চাওখৎপা মীরৈবাক্তা লাম্বা য়ানবা লং অমস্থুং ফিশা মেচিন ফাওবা থম্নবা হৌৎনগনি ; মহুদা শূকা অহুনা পোৎথোক ফগৎলক্ত্রনা মীরৈবাক ফাওবদা থাদোক্কনি।

মঙাশুবদা, সরকারগী কর্ম্মচারী ওইগ্রবদি থবকশিং অসি

পাঙথোক্নুনা দেশকী সেবা তৌবা ঙমলোই, অদুনা মানা তৌবা য়াবা তলব চাবগী থবকশিং অদু খক তৌররোই হায়না মানা, খনগ্রে।

তককশুবদা, থৌরমশিং অসি পাঙথোক্লগা পুকচেল তিন্নবা মতিক চাবা জ্ঞান লৈবা নিপা অমগী সেবা তৌদুনা য়ুম্বানবগী লম্বীদা খোঙদাগনি হায়বা অসি মিসকী অরেপ্পা পুকচেল ওইখ্রে।

---

১৬শুবা পন্দুপ

# মথৌ পাঙথোকপা হৌবা

ছাত্রীগী জীবন লোইরদুনা পুন্সিগী থৌদাংদা চঙলকপা হৌরবী মিস স্বর্ণ আশালতানা মচীন-মৌপরা তানদুনা লৌ পারি অনি অদু লুপা লিশিং অনি শিন্নুনা য়োম্হোক্লে। লুপা লিশিং অমা বেস্কতা থমগ্রে অদুগা চামঙা অমনা চহি অমগী চাবা ওক্নবা ফৌ রানশিল্লগা অরেম্বনা হেঙ্গুলুমগী থবক্তা হাপচিন্দুনা খুৎপায়শেল মপুং ফাহল্লে। মমাবোক অদুস্তু থোইনা অহল ওইদবা মরম্না ফিরোল নীংথিনা শাবা য়াওদুনা মমা-মচা থবক শুমিল্লে। অয়ুক ওন্না হৌদুনা মশা-মঙ, কোল-লিক, রাইরম্নচিংবা শেংবা লোইরগা কিশা কোলদা কমদুনা ফি শাই। মহাকনা শাবা কিশিং অদু অচঙমন্দলী হেল্লা শিংলি, মরমদি অরুবা লৈরোংনচিংবা হৎলি অদুগা কিশাস্তু মখল মখাগী পুথোকই।

মী পূম্নমকনস্থ মাগী ফিবু য়াম্না পাম্মে। অস্থুম্না মহাকনা থা অমদা লুপা চহুমদগী হেন্না ঈরায় লায়না তানবা ওমই।



**মমা-মপানা তাক্লম্বা পাউতাক ইন্দুনা মচীন-মৌপবা মী ওইনবা হোৎনরি।**

থা তরেৎ নিপাললোম অস্থুম্না লেম্লকপা মতমদা ফি শাহুনা ক্ষমহুনা লৈথোকপা য়াদবা থবক অমা মহাক্কী আত্মাদা থুংলম্লে। মহিলা সমাজ অসিদা শুনমক মিং চল্লগে শল্লহুনা মমা শক্লবী অমাবোক্তা অঙম অঙম্বা থরদুং শাবীয়ু হায়না শিম্নরগা লুমিং অকবা অমা য়েংহুনা মহিলা সমাজদা মমিং চনখরে। মহাক্কী মগুণ হায়নস্থ শঙবীবা মরমনা খোঙ্ক লাওনা হাংদোক্কনা ওকলম্মী

অমস্তুং সেক্রেটবিগী থৌ পুৰে। হাযদুনা ময়াম্না শিন্নরে। হৰাওবগা লোয়নননা মহাকনা ফম অদু লৌজবে অদুগা মহিলা সমাজগী হান্নগী নিয়মশিং অদু অমুক হন্না শেমদোকসি য়ানদুনা শেমদোক্লে। মহিলা সমাজগী নুপীশিংনা য়াবদুনা চৎনরগদোৌবা হীবমশিং অদুদি ঃ—

## নুপী মরুপ

মমিং ঃ— হান্নগী মহিলা সমাজ অসি তমগীদমক্তা শেম্বা ওইবসি চাওখৎপা থাক য়োৌবা ঊমলোইদবা উবদুনা চীং-তম্নগী অপূনবা ওইনা শেমলে অদুগা মমিংস্তু "চীং-তমগী নুপী মরুপ" হায়না থোল্লে; মসিগী অশম্বা মমিংনা "নুপী মরুপ" হায়না কৌরে।

নিয়ম ঃ—(১) সহর অমস্তুং অবাপ্পা তমগী লমদম 'পূম্বদা লৈকাই খুদিংগী নুপী মরুপঃ লিংখৎলগা মাযকৈগী ওইবা খবা পুনবা মরুপ শেম্লগা ময়াই ওইবা অপূনবা মফম অমদা পুনগনি। মতৌ অদুম্না চীংগীস্তু মফম খুদিংগী মরুপ থম্লগা খবা পূনবা মাযকৈগী ওইবা মফমদা পুল্লগা ময়ামগী পুনফম ময়াই অদুদা পুনগদৌবনি। মফম খুদিংগী নুপীশিংগী তিম্নফম শঙ থমগনি, মমিংনা লমশিংগী মমিং লৌদুনা থোনগনি, খাইগী ময়াই অদুনা নুপী শঙলেন কৌগনি।

(২) মতমগী মতুংইন্না লৈকাইশিংগী নত্রগা মায়কৈগী মীছুৎ "নুপী শঙলেন" দা পুনগনি। খবক পুনবা চীংগী মীছুৎ নুপী ২৪, তমগী ২৪ পুম্না ৪৮ মতম 'পূম্বদা নুপী শঙলেন্দা লৈগনি। মপুগী মরমদি মখোয় অপূনবা শক্তি লৈনবগীদমক্তনি।

(৩) মিংজলশেল লুপা অমা পীহুনা চীং-তমগী নুপীপুম্বা মিং চনগনি। শঙলেন্দা লৈবী মীহুংশিংদি মতিকচাবা মরুপকী শেল লৈত্রিব। ফাওবা মশাগী শেং-চাবগী খরচশিং মবমগী মীশিংনা পুগনি অহুগা লৈফম, মৈ থান্নবা, ঈশিং, কোল-লিক অমস্থুং ফমুংনচিংবা শেল তিংদনা লৈগনি।

(৪) মফম খুদিংগী প্রেসিডেন্ট, সেক্রেটরি লৈবনা অপূনবগী ওইবা অমুক খনগনি। অপূনবগীদ শঙলেন্দা লৈবীদগী খনগনি অহুগা সহবগী অনকপদা লৈবী ওইববাদ তূম্ব-চাবদি মযুমদা য়াগনি। অনি অসি চীংদগী অমা, তমদগী অমা ওইগনি অমস্থুং মতেঙ পাংবী অমমমস্থু খনগনি। চহি মঙা থৌপুবশিংগী মতম ওইগনি অহুগাময়াম্বা খল্লবদি মথং মথ, অহুম ওইবা য়াগনি।

(৫) কনাগুম্বী অমনা মরুপকী নিয়ম কায়না চত্তুনা ময়ামগী ওন্নবা থবক্তা চৎলক্লবদি মশা অহু থা ৬ নত্রগা চহি ১ মরুপ্তগী তাম্থোক্কনি। শঙলেনদা লৈবীশিংনা থা ২ খুদিংগী নুমিৎ ১৫ নি মবমদা চত্তুনা পুকচেল তিন্নবা অমস্থুং চাওখৎনবা হোৎন-গনি। লৈবাক্কী ইলেক্সন লেপ্পস্থু য়াগনি।

(৬ সবকাব অমস্থুং প্রেজাশিংদগী মরুপকী মতেঙ ফংননবা হোৎনগনি। শঙলেন্দা লৈবী নত্রগা লাক্লবী কনাগুম্বী অমবু উনবদা প্রেসিডেন্ট নত্রগা সেক্রেটরিগী হুকুম লৌগনি নত্রবদি জরি নত্রগা দণ্ড ফংগনি।

পাঙথোক্কদৌবা থৌবম :—(১) চীং-তমগী নুপীনা চান্নরবা মতমদদা অনি অসিগী নিপা মখৈস্থু চান্নরক্কনি অহুনা নুপীপুম্বা চান্নহুনা নিপা মখৈস্থু চান্নবা হোৎনগনি।

(২) নিপা-নহা, মচা-মগুশিংনা য়াওনীংবা রাজনীতি য়াও-বদা নুপীশিংনা খুৎথিংজিনবা য়াবোই। মাগী মাগী পার্টিগী মতূং ইন্না চীং-তম চাপ্পনবদি হোৎনহনগনি। নুপীশিং দ "নুপী মরুপ" অসিদগী হেন্না অতোপ্পদা য়াওবোইদবনি, কনাগুম্বী অমনা য়াওরম্লবস্তু তোক্লক্লগা য়াওরবা য়াগনি।

(৩) ফিবোল শাবা, লোনবা খোৎপনা নুপী মরুপকী মথৌ অমা ওইত্তুনা শেল তানগনি। মফম খুদিংগী হেগুলুমগী থবক্ল-চিংবা শূত্তুনা লং নাইবনচিংবা পাঙথোক্লবা হোৎনগনি। মত্তুগী-দমক চীং-তমদা লশিং মখল খুদিং থাহনগনি। অরুবা মেচন্ন-চিংবস্তু হৌদোক্তুনা মীরৈবাক্কা লান্থা তৌগনি অমস্যুং পাৎথোক অত্তু মীরৈবাক কাওবা থাদোক্কনি।

(৪) হৈতবা লম খুদিংদা তম্বীনবা অহৈবী নুপী থাগনি, মত্তুগী তলব মফম অত্তুগী নুপীশঙনা পুগনি। মীবৈবাক্তা মতিক-চাবী নুপী খন্দুনা ট্রেইনিং থাগনি। হায়রিবা তলব অমস্যুং খরচশিং অসি য়ারবদি গোভর্ণমেন্টনা পুবীনবা হোৎনগনি।

(৫) লুপা ২০'০০ (কুন) না সেয়ার অমা ওইবগা সেয়ার ২০ ফাওবা লৌত্তুনা শঙলেন্দা নুপীশিংগী অপূনবা শিনশঙ অমা থমগনি। সেয়ার লৌরিবীশিংনা মত্তুদা লাক্তুনা থবক তৌরবদি নোংমগী খুৎশূমন ফংগনি। সেয়ার লৌবী অহৈবী অমনা ওঝা ওইরবদি মাগী তলব ফংগনি।

(৬) সেয়ার হোলডরশিংনা চহি ৫ গী মতুংদা শেন্দোং লৌথোকপা য়াগনি। য়ারবদি শেন্দোং য়াম্না চাওখৎহন্দুনা ইহৈ অমস্যুং খুৎশূমন ফংনবা হোৎনগনি।

(৭) Women's weaving Company, হায়বদি 'নুপী-শিংগী ফিশা মরুপ' কৌহুনা সরকারদা রেজিষ্টার তৌগনি। মখোয়দগীসু শেল পুহনা থবক পাঙথোক্কবা হোৎনগনি।

(৮) সহরগী মনুংদা মফম চাবা অমা সরকারদগী লৌরগা শঙ মশীং য়াম্না শাগনি। হূরান-চীন্থী ডাকুনচিংবা ঙাক্নবা পোলিশ অমসুং সিফাই মতম'পূম্বদা থম্নবা হোৎনগনি।

অসিনচিংবা মিসকী নুপী মরুপকী বিষয়শিং অসি ময়াম্না পাম্নহুনা য়ানরে। থা অমা চুপ্পা তমগী মফম খুদিং অয়ুক-নুংথিল মিটিং তৌহুনা নুপী মরুপকী কমিটি লম-লমগী মমিং লৌহুনা শেমখ্রে। মিসনা মকোকচিংবী হৈ-শিংবী নুপী ২০ না থবক অসি পাঙথোক্নবা শীনখ্রে। মহাক নত্তনা অতৈদি ময়ুম পাল্লবী ঙাকনি, অহুবু অঙাংনি হায়হুনা মহাকপু কনা অমত্তনা ব্যবহার তৌদবা য়াওখিদে, মসি মহাক্কী মীথোই-মীহেনবী গুন্ননি। অনি-শুবা থা হৌগৎলকপদা মতৌ অহুগুম্না চীংগী লমদম'পুম্বা থা অমা মখায় চঙনা হোৎনবদা লৈরমলিবীশিং অহুনা হরাওনা য়াহুনা লম-লমগী কোমিটি শেমলম্লগা সহরদা হল্লক্ত্না থবকশিং অহু পাঙথোক্নবা হোৎনরক্লে। সহবগী মতাই ওইরপ্পদা মাইল অনিরোম শাংবা মাইল মখায়মুক পাকপা মফম অমা লৈ। দরখাস্থ থাহুনা লৌরগা মফম অহু তেমথোক্ত্না শঙ পরেং শাখরে অহুগা অকোয়বদা শম্বল খাহুনা গেট মরিখক পানখ্রে। নুপীশিংনা থবক্তা মথরাই য়াওবা উবদা আশাপুরগী নিপা। খুদিং দলা-দলি নাইদনা চানবীখ্রে অহুগা অঙম্বশিংনসু থরাই য়াওনা তেঙবাংবীখ্রে।

নুপীশিংনা খায়রকপা সেয়ারশিং অদু পূম্না লুপা কোটি অমা ক্ষারে, অপূনবা মীশিংনা লক্ষ অমা খল্লা হেল্লি। মদুগী মথক্তা 'নুপী মরুপ' অসি গোভর্ণমেণ্টনা রিকোকনাইজ তৌবীদুনা লুপা লক্ষ মঙাস্থ আশাপুর সরকারনা ভারত সরকারদগী পূদুনা পীবিরে। থৌরাং'পূম্বা লোইরদুনা থা ৫গী মতুংদা থবক তৌবা হৌরক্লে। কয়াদা থুগ্রবা নুপীশিংগী থবকনো, নিপাশিংনা ঈকাইনক্ষমনি। মমাঙভৈদা নুপীশিংবু অথোৎপী লৈশিংগা প্রমাণ তৌবীদুনা থম্বাল মানবী, হা লৈরাংমান্নবী হায়বীদুনা মকেদা শেমদুনা লৈ মান্নবা হোৎনরম্বা অদু হৌজিক্তি তোকখ্রে। মদুগী মহুত্তা নোংশা মানবী অকনবী, লৌশিং লৈবী হায়নখ্রে।

অঙকপনি, মতৌ অস্মুন্না জগৎ অসি হোংদোক-হোংজিল তৌই। ঙরাংদা চাওখৎলম্বা অদু ঙসিদি লৈখা তাখ্রে অদুগা লৈখা তারম্বা অদুনা হোৎনবা কনবদগী চাওখৎপা জাতি অমা ওইখ্রে, শোয়দবনি।

## চীং-তম পূনবা

নুপী মরুপকী ফিশা মরুপনা চাওখৎলকপা অসি নোংমা নোংমগী হেনগৎলক্লে। চাওখৎলকপগী মতুং ইন্না তত্তনা শাগৎ-লকপনা অদুক চাউরবা মক্ষম অদু শঙনা থনখ্রে। হান্না য়াও-রমদরা চীং-তমগী নুপী অয়াম্বা সেয়ার লৈদুনা য়াওনরক্লে। নুপী পুম্বা লাক্ক্ুনা মক্ষম অদুদা থবক শূররে, থাঙ্গৈশেংনমক মক্ষম অদু শিলশঙ অমা ওইখ্রে। অহৈবী নুপীনা ওক্সা ওইনা তাক্ক্ুনা

থাগী তলব ফংই অদুগা হৈত্তবশিংনা তমই। অতম্বশিংনা হৈরগা খুৎশূমল থাগী তলব ফংই। খুদোং চানবা বস গাড়ী মক্ষম খুদিংদা চেন্দুনা চৎথোক-চৎশিন য়াম্না খুদোং চাহল্লে। অয়ুক পুং ৫ ফাওবা ফি শাবগী মতম্নি। থবকশিং অদু য়েংশিন্নবা উইভিং ইন্সপেক্টর মণ্ডা থমই। লং নাইবা, ফি শাবা-লোনবা মখল মখলগী থবক শূই। লং নাইনবা অমস্তুং শানবা মখল মখা অয়াম্বা মেচিন মচা মচাস্তু থমই অদুগা ঈয়োং অমস্তুং ফিশা-কোল মখল মখলস্তু ব্রাত্তনা থমই। অৱাৎপা মচাক্না মীরৈবাক্তগী চেল্লি অদুগা মরৈবাক্তস্তু মক্ষম খুদিং লশিং থানরক্লে।

চীংগী নুপীশিংদি অয়াম্বদা শণ্ডলেন্দা লৈ অদুগা তমগীদি নিতিগী হঙ্গৎ হন্দা চৎনথোক্লা তৌই। মীরৈবাক্তস্তু সরকারগী মতেঙ লৌদুনা ট্রেইনিং থারি অদুগা অরাপ্পা চীং-তমদস্তু তম্বীনবা অহৈবী ওঝা থাবি। অশাবা, অরোনবা ফিশিং অদু শণ্ডলেনগী অকোয়বদা হুদান পরেং থমদুনা য়োল্লি, অরৈবা লাক্তুনা লৈরে। চান-থরুবা য়োনবা হুকাল অমস্তুং হোটেলশিংনা শণ্ডলেন্দা ভারা পীদুনা য়োল্লি, মখোয় অদুস্তু নুপী ওাক্তনি। শণ্ডলেন্না সরকারদা অপূনবগী ওইনা লমগী থাজনা থী, মরমদি—শণ্ড অপুম্বা নুপী মরুপ্পা শাবনি। মতৌ অস্তুন্না হোৎনরকপদগী নুপী মরুপকী ফিশা মরুপ অসি শেন্দোং য়াম্না য়ামখৎলক্লে। থবক অসিগী মরু ওইবা থৌশিং'দু মিসনা পুই অদুগা মুমিদাংদদি ময়ুমদা কুম্বদা এসিষ্টেণ্ট সেক্রেটরিনা মাগী থৌ পুহৌই।

মখোয়বু ওাক্লবগীদমক নিপাগী সিকাই থম্বা অদু মিসনা

য়েংবদা পেঙ্গদ্রে অমস্তুং নুপীশিংস্তু নিপাগুম্না থবক তৌহলনীংলদুনা কোমিটি তান্নদুনা নুপীগী সিফাই চামা থম্বীয়ু অদুগা মখোয়গী হেড ওফিসস্তু শঙলেন মনাক্তা থম্বীদুনা মখোয়বু মতিক চাবা খুৎলাইন-চিংবা তম্বীয়ু হায়না দবখাস্তু থাবে। সবকাবনস্তু য়াবীরদুনা।



**নুপী শঙলেন্দা চীং-তমগী নুপী'পূম্বা পূন্না থবক তৌমিন্নরি চীং-তমগী প্রজা'পূম্বা পূকচেল তিন্নখে।**

হাপ্তা অমগী মনুংদা হান্নমা N. C. C. য়াওবী লাইরিক হৈবী লৈশাবী চামা সিফাই হাপখ্রে, শঙ শাদ্রিডৈদা শঙলেনগী মনাক্তা ডম্বুর্ খন্দুনা লৈহনখ্রে। মখোয় অদু মতিক চাবা ট্রেইনিং পীখ্রে, আশাপুরগী নুপীনা সিফাই খনবসি মসিনা মহাল্লে।

মখোয় অহুস্থু সেয়ার কুন কুন লৈহুনা ফিশা মরুপ্তা য়াওখ্রে অহুগা নুপী মরুপকী থাঙ্গেশেংবা মেম্বর অমা ওইবদি থিংই, মরমদি—সরকারগী থবক তৌবশিংনা রাজনীতি য়াওদবা অকায়বা খরা লৈবদগীনি। মতৌ অস্থুম্না "নুপী মরুপ" হায়বা অমা, "নুপীশিংগী ফিশামরুপ" হায়বা অমা, শরুক অনি খায়দোকই। ষ্টেট এমপ্লোয়ি নত্তুনা অতৈদি শরুক অনিমক য়াওই।

শঙলেন্দা শূরিবা থবকশিং অসি নত্তবা অরাপ্পা শঙমচাশিংদা শূবিবশিং অহুদি লৈকাইগী মবম্নাই শূজবনি। মরুপ্পা তম্বীনবা ওঝা থাখিবা অহু সবকারনা তলব অহুম পী, মখোয়গী অমাও অতোংদা মরুপ য়াওবে।

অস্থুম্না নুপী মরুপ্পা চাম্ননা থবক তৌমিন্নবকপদা চীং-তমগী নুপী-নিপা'পূম্বা পুকচেল তিন্নখ্রে। মসিগী মমাঙদদি কাঙবু অনি অসি খাইবুং খাইবুং তৌহুনা খৎনবগী পাউ তত্তুনা তারম্মী; চান্নদবদগী চীংগী কাঙবুনা তমদগী খাইহুনা চীংলৈবাক শাসন অমা তোঙান্না লৈজগে হায়হুনা ঈরাঙ লাঙনবম্বা অহু তোকখ্রে অমম্নুং আশাপুরগী চাওখৎনবা চপ মান্ননা হোৎনখ্রে। নুপী মরুপকী শৈহৌ ঈশৈ অমা লৈ, মিটিং খুদিংগী মসিনা শৈহৌ ওইরগা "ভারত জাতিগী ঈশৈনা" শৈরোই ওই। ঈশৈ অসি মিস মশানা লেংবনি, অঙ্গৈবা স্থুরগী খোঞ্জেল্লা যন্ত্র-তান্নচিংবা হাপ্ত্ুনা শরুকপদা মী খুদিংগী থম্মোইদা ঈহৌরক্ত্ুনা প্রেমগী ঈচেল চেন্দুনা লিংজেল মান্নবগী সাগরদা তিলহনবা ঙম্বা ঈশৈনি।

অহুগুম্বা ঈশৈ অহুদি :—

## শৈহৌ

ঈ-মা, চরৈ অমনবা শেত্তুনা
লায়র খাংপোক্লুংদা লৈরিবী,
থুদাং পিকম কংদ্রিবী ঈমা !
আশাপুর-জাতি পোকপী পলেম—ও !

নপারি-নমোম য়াম্না পোক্লগা
দলা-দলি রাখল থন্দুনা
চীং-তম নাকপাক তানরত্তুনা লৈখিবনা
মচাগীদমক্তা রাজরবী ঈ-মা !

নমোমশিংনা উজরে ঈমানা রাবা,
লাকচরে থুজেং পালোইনত্তুনা ঐখোয়,
চরৈ হোংবীরো, তরা লুক হাবীরো,
ভারত মাতাগী মমোম আশাপুর পলেম !

বঙ্গ, আসাম, বিহার, উরিষ্যা,
উত্তর, অন্ধ্র, বোম্বে, মদ্রাজনচিংবা
কৌরি ভারত মাতাগী মমোমশিংনা
তত্তনা নহাকপু শান্নসি হায়না।

চীং-তমগী ঈবুং-ঈপরাশিং !
ইনবীরক্লো থীল্লগনু নচনশিংগী তুংদা
পুকচেল অমত্তগী লীচিংদা ঐখোয়
ঈমাগী সেবা তৌরসি রাজরবী ঈমানি।

চহিগী অধিবেসন নুমিৎ নিনি শঙলেন্দা ফম্মী, অহানবা নুমিৎনা নুপী ঙাক্না ফমদুনা মখোয়না পাঙথোকখ্রবা অমস্তং পাঙথোকখিগদৌবা মরম খৈন্নে। অনিশুবা নুমিত্তা চীং-তমগী রাজনীতি দলশিংগী মীহুৎ মখৈ বার্ত্তন তৌদুনা কৌরগা নুপী মরুপকী এইমস অমস্তং ওবজেক্টশিং লীদুনা তাহল্লি অদুগা লৈরিবা দল খুদিং অফবা ঙাকনি, পুকচেল শেংনা থবক পুবীদুনা আশাপুরগী চাওখৎনবা অমদি প্রজাশিংগী নুংঙাইনবা খনবীদুনা থবক তৌবীয়ু হায়না তত্তনা পাওমেঞ্জে। নুপীশিংগী রাঙাঙশিং অসি তাবদা তিল্লিবা নিপা'পুম্বগী থম্মোই পেৎখ্রে অমস্তং শোয়দনা ঙাকনি হায়না রাশক লৌখি। থবক অসিগী নীংথিজবা থৌশীলশিং অসি উবদা মখোয়না মাবু থাগৎখি অমস্তং মহাক্কী মমিং "রাণী মিস স্বর্ণ আশালতা" হায়না অনৌবা মিংথোল অমুক পীখি।

য়েংবীয়ু, নুপীনা লাইরিক হৈবা মহাক নত্তবা য়াম্না লৈরি; মহাক্কি বিঃএঃ পাস তৌবদনি, এমঃ এঃ পাস তৌবা মখোয় অতৈস্মু লৈরিবনি। মখোয়দি স্কুল, কলেজনচিংবগী ওঝা-প্রোফেসার অমস্তং ওফিসারনচিংবা ওইদুনা মশাগী তলব চাদুনা প্রজাগী সেবা তৌরি অদুগা মহাক্কি মশাগী ওইজবা থাদোকতুনা মশা অমস্তং প্রজাগী চাওখৎনবা খন্দুনা অরাবা শরুক খাঙদুনা দেশকী সেবা তৌজরি। চীং-তমগী প্রজাশিংনা নুপী-অঙাং ফাওবা মাগী মমিং খঙদবা অমস্তং নুংশিদবা য়াওদে। কয়াদা মতিক চাউথ্রবা মহাক্কী মগুন্নো। মতুংদা মহাক্না করিগুম্বা ইহেক্সন লেপলক্রবদি শোয়দনা ভোৎ পীদুনা খনগনি হায়না প্রজা নুপী-অঙাং ফাওবা লেপ্লখ্রে।

লল লৈবা মীনা মাগী মবল অহু শীজিন্নদনা লোন্তুনা থম্লবদি মীনা মাবু কুবেরগী মরল শঙবা অবিকপা মী কৌই অহুগা লাইবিক য়াম্না তম্লবা মীনা মহৈগী মঙাল অহু শীজিন্নহুনা মশাবু অমসুং সমাজবু চাওখৎহনবা ঙমদ্রবদি লাইবিক্তি হৈবা কান্নদ্রবা মীনি হায়না মাবু পাউথোকই। অনি অসি মু। খঙলবী মিসনা মশাবু অমসুং সমাজ'পুম্ববু মহৈগী মমিং পাঙনবা হোৎনজবি। অসিগুম্লবী তৌমথিল শাৎপী লৈবাং অসি মতম কুইনা পুন্সি তোলোযনা পান্দুনা মবৈবাক সেবা তৌখিনবা ঈশ্বরগী মফমদা নিজসি।

১৭ শুবা পন্দুপ

## ডাক্তুনা বৈষ্ণব ওইরকপা

ঈবেমহলগী ব্রাথোক্তা মীরৈবাক্তা লৈখিবা মখোয নিপাল অহু চহি নিপাল চুপ্পা লৈবদা মানা মানা তম্বা বিদ্যাশিং অহু মপুং ফারক্লবা মতমদা কালা সাহেবনা লুচিংহুনা আশাপুব অমসুং ভাবত গোভর্ণমেণ্টতা হায়জহুনা দণ্ডি চহি অনি কোকপীরহুনা মযুম পোকনফম লমদমদা থোরক্লে। ড্রাইভর অহুদি হাম্না ক্লাস আইথ পাস তৌরবা মীনি, মহাক্তি হিন্দী লোলদি নীংথিনা খঙই। চহি মরি অমদি হরা গাড়ী শাবা—খোৎপা তমহুনা মহৈ য়াম্না হৈরক্লে অহুগা চহি মরি অমনা মখুৎনা থবক শুবা

য়াওহুনা লুপা লিশিং নিপাললোম মযুমদা পুথোরকই। অতৈ অহুস্থু বিঃ এঃ পাস তৌবা য়াও, মেট্রিক পাস তৌরগা করিগুম্বা খুৎকী থবক তৌহুনা শেল পুরকপা য়াও লোইনা তৌই। মখোয়না জেলদা তারুরিবা অহু জেল নত্তে, থাঙ্গৈশেংবা লাই-রৈবাক্কি নত্রবদি মখোয় নিপাল অস্থুম্না ওইরকলমলোইদবনি। লৈবদি জেলদা লৈহল্লগা কোয়না চত্তুনা মহৈ তমহল্লি। মখোয়না ফংবা শেল অহু মশাগী খরচ খরা পীরগা গোভর্ণমেন্টনা পুন্না থমজিনবীরগা থোরকপা মতমদা পীরকপনি। মমাঙৈদা বৃটিশনা পাল্লিমৈদদি অসিগুম্বা মিয়াৎ তাবশিংদি ৱানা মতম লেন্দুনা মপুনসি কেম্লগা থোরকপনিনা মশাদা করিগুম্বা অমত্তা চাওখৎপা উখিদে, হেন্নহুম ফত্তবা মী ওইরকখি। হৌজিক্কি ভারতনা নীং-তম্লবা মতম অসিদা অস্থুম্না দণ্ডি পীবা অসিদি মীবু শেন্বীবনি।

হূরানবা মীবু ঈকাইহুনা তোক্লবনি হায়হুনা কৈথেল খুদিং পুহুনা ফূরগা লম্বীদা থবক শূহলম্বা বৃটিশকী ৱারক অহু ফবদি হায়রুগনু লমচৎ অহুদা হৈনখিহুনা হেন্না ঈকাইবা খঙদহুনা হেন্না হেন্না ফত্তবা ওইখি। পূক্লিং লূরবদা মীগী লমচৎ শাজৎ লুরক্কদৌবনি নত্রবদি খক ফবা য়ারোই। মতৌ অস্থুম্না অ-াং ৱারকপদস্থু পুক্লিং লূনবা হোৎনগদৌবনি, মতম'হুদা লমচৎ লূবকতুনা অফবা মী ওইরক্কনি।

মখোয় নিপালগী লুচিংবা কালা সাহেব অহু আইঃ এঃ সিঃ পাস তৌরগা ইঞ্জিনিয়ারিং পাস তৌহুনা মহৈ মতিকচানা হৈবা অচৌবা মী অমা ওইরক্লে। মপানগা মরল্ল য়াম্না লৈবনিনা

মেচিন শা-খোংপস্থু চহি অমা তম্নকতুনা জ্ঞান মতিক চানা লৈরবা আশাপুরদা খ্বাইদগী মীথোই মীহেনবা নিপা অমা ওইখ্রে। মরৈবাক আশাপুরগী চাওখৎনবা খনবা নিপা অমা ওইখ্রে। মহাক্কী হান্নগী শাগী লমচং মানবা শাজৎশিং অহু শেল পীহুনা থেম্নবস্থু হৌজিক মহাক য়াররোই অমস্থুং মথস্তা নীংশিংজবদা মমিত্তা পি তারক্কদৌই। মহাকপু অমস্থুং মখোয় তরেৎপু মী ওইহল্লিবা অসি আশালতাগী মপান্দগীনি হায়বা অসি মহাক্না খক কাউখিদে। মহাক্না রাণী মিংথোল ফংহুনা মরৈবাক জাতিগী লুচিংবী অমা ওইহুনা লৈরিবা মতম অসিদা মহাকপু থাগস্তবা ঙমখিদে। মহাকপু লুহোহুন। মহাক্কী থম্মোয়গী শেংলবী নুপী অমা ওইবা ঙমজ্রবদি পুান্স আসম। মথুম পাল্লরোই হায়না মহাক্কী আত্মাগী কল্লবা রাশক অমা ওইখ্রে। খোরকপা মতুং থা অমা লৈরগা গোভর্ণমেণ্টতা দরখাস্থ থাহুনা ইঞ্জিনিয়ার সাহেব ওইহুনা থাগী তলব লুপা চানিপাল চাহুনা থবক তৌবা হৌখ্রে। ফক্তবা কয়ানা মতৌ অমুম্না চাওখৎখিবা অতাঙবা খুদম নক্তে হায়বা হৌজিক্তি ঐখোয়না উরে।

---

## ১৮শুবা পন্দুপ

# সাহেব অমসুং রাণী

ইঞ্জিনিয়ার সাহেব ওইবা থা অমা মখাই গুরকপদা নোংমা কালা সাহেবনা মথাগী থবক তৌবা মী অহুম-মরি পুহুনা

নুপী মরুপকী ফিশারোনশাগী থবকশিং অহু য়েংবা কার অমদা তোংহুনা চৎলম্মী। গেত্তা লৈরিবী খুৎলায় পায়বী ইউনিফোম শেৎপী নুপী অমনা চঙনবগী ফোম অমদা মমিং-মথা অমস্থুং চঙনবগী মরম ইয়ু হায়হুনা পীরে। মখোয়শিং অহু পূন্না ফোম অমদা ইবগা শঙল্লিবী অহুনা সেক্রেটবিদা য়ৌনবা থাগ্রে অমস্থুং চঙবা য়ানবগী 'ওরডর তৌবক্ত্না গার্ড অমা লাক্ত্না মখোয়বু পুশিল্লগা শূবিবী নুপীশিংগী থবকশিং অহু পূং অনি চুপ্পা য়েংখি। মফম মফম খুদিংদা মিৎকম হোংবা য়াখিদ্রেবা থৌবমশিং অহু উবদা সাহেবনা পেনগ্রে অমস্থুং মহাক্না মীবৈবাক্তা তমলুরিবা জ্ঞানশিং অহুদগী রাণীগী পুক্লিংগী মঙালগী লমজিং অহুনা হেন্না ফজে অমস্থুং হেল্লি হায়বা অসি থাঙ্গেশেংনা খঙখি। নুপীশিংগী চাওখৎনবগীদমক্কি হায়হুনা লুপা ল্লিশিং অমা দান তৌরম্লগা মখোয় অমক হনখি। রাণীনস্তু লাক্লিবা নিপা অসি মমাঙভৈদা গুণ্ডা মকোক ওইরম্বা মী অহুনি হায়বা খল্লুবদা অঙকপা অমা ওইখি।

রাণীগী লমচৎ ফজবা, রাঙাঙরাতা তপ্পা অমস্থুং হৈশিংবা অহুগা ডাঙখোরকপা খুদিংগী লংলবী য়াতোন্না মীগী পুক্লিং শুম্নাৎপা ওইবী শকফম অহু সাহেবকী মমিত্তা উহুনতা মবৈগ্রে, কাউবা খক ঙমখিদ্রে। নোংঙানবগা মরুপ-মপাংশিংবু মমা-মপাদা হায়হন্দুনা অহল-লম্মন থারক্লে। মমা শক্লবী মমাবোক্না পাউ অহু তমহুনা রাণীদা রা হংবদা ময়ুম পানখিরোই হায়না পাউখুম ফংহুনা মখোয় ঈকাই ঈকাইনা হনখি। নীংগ্রবদা পাঙখোক-ত্রবদি পোখাবা হৈত্রবা সাহেবনা মী অতোপ্পা অমুক থাহুনা

মপা শরুবা তোমচৌ বাবুদা হায়বদস্থু অদুম ঈকাইবা ফংলে। কান্নবা ফংদ্রবদা উপায় লৈরকত্রদুনা নুপী মরুপ্তা য়াওবী মশক নাইবী খরদা চঙজদুনা পুক্নিংগী অনীংবা আশা'পূম্বা কোঙ-দোক্তুনা লীজরুরে। বাণীবু য়াম্না কিবা, হঙ্গোইবগা লোয়নবা সাহেবকী পাউ অদু তমজরুবদা মোমোন নোক্তুনা মরু লুকখ্রে অদুগা ঙাইহাক লৈরগা নোক্তুনা হায়বকই, "ঐনা পুন্সিগী লৈমিন্নদুনা সেবা তৌগদৌরিবা মী অদুগীদমক্তি মীনা অমুক পাউ পুনদ্রবস্থু ঐ ঈশাগা উনদুনা ঙাঙনবনা হেন্না কৈ, অদুনা নুমিৎ অফবা অমদা ঐনা থবক কাবকত্রিবৈঁদা লাও হায়যু।" মহাক্কী রা তাবদা মখোয়স্থু নোক্লে, মাস্থু নোক্তবা ঙৰ্মখিদ্রে অমস্থুং "কৈ কৈ হায়জগে" হায়দুনা মাগী মাগী মখৌ অদুম পায়নখ্রে। মতুংদি ঙাঙলুবা য়াদে, মরুপকী নিয়মদা যান্না অকাইবনি হায়না মখোয়না খনখি। পাউ অদু তাবদা সাহেবস্থু নোক্লে, অদুবু মহাক নত্রবাদি পুন্সিগী মযুম পাল্লরোই হায়ববনিনা ঈকাইবা'পূম্বা খাঙদুনা হৌজিক মশাগী নুপী হায়বা চৎপা তারি। লুখ্রেদা, মমাঙবৈঁদা রাবী লাইরিক্তাদি মতাখি; হৌজিক কনিদা মহাক অমা থোক্কদৌরেদো।

## মশাগী নুপী হায়বা চৎপা

পাউ ফংবা মতুং নুমিৎ হুমনি শুবদা পুংকম খেনকম য়েংদুনা কার তোংদুনা ড্রাইভরগা মখোয় অনিদা মরাক্লে। মহাক্তি ডিউটিগী মতুং ইন্না লোংপেন্ট উপ্পা রাবনি অদুবু সমাজগী

চৎনবী মতুং ইম্না কৈজোম ফুরিৎ লূনা শেৎ-চাহনা লাকই। লাকমিন্নবা ড্রাইভর অদু ফাওবা চঙমিন্নবদা করিগুম্বা ঈকাইবা নংবা য়াই খন্দুনা থনম্লগা চঙলক্লে। শূমাং মচি হেক য়ৌবদা খোঙউপ তোংলম্বা লৌথোক্তুনা মাঙ্গোল তাম্না অপনবা লৈতনা মরু লুক্তুনা চঙলক্লে। মমাবোক্না ফক অমা থারম্লগা মচানুপীদা মী অমা লাকই হায়দুনা তাকলুরে। হাইক্ষেৎ য়েংলকপদা লাক্লিবা মীশক খঙলদুনা কনামতা থোরক্তনবা হায়রম্লগা লাইরিক অমা পায়দুনা থোবক্লগা মাঙ্গোলদা থাবিবা টেবল চৌকিদা চঙলক্তুনা ফম্লরে। হীদাক ঙাম্থকমুক কনা অমতা রা হৌদোক্লবা ঙমদ্রে, মবমদি মহাক লাকপা ফাওবা রাণীনা কৌবমদে। সাহেব কাবন্নুংগীনো খন্দুনা মরু লুক্তুনা অদুম ফমদুনা লৈরে, সাহেবকী অদুগুম্বা মতৌ অদু উবদা রাণীনা রা ঙাঙনবগী লম্বী ফাৎপা হৌরক্লে।

রাণী ঃ—( মমিত্তি লাইবিক্তা যেংদুনা মখুৎ হাইদুনা টেবলদা ফুবগা ) করিনো, অপাৎপসু লৈতনা পাইথ্রেদা হয়িংসে। (মক্ষি কন্দুনা) চৎলোনে, ঈকাইবা খঙখিদ্রেদা।

সাহেব ঃ— ( মথক্তা ) ইসঃ, ঐঙোন্দনিসে মানা হায়রিবা অসি। মসি খুমসিরা খুমন্নুসিরা। হুম, খুম্বা তারে নত্রবদি ঐবু মানা মী ওইনা খনথ্রোই। ( তপলপ্না ) হয়িং হায়বা জাৎ অসি মখোয়গী জাৎ য়েংলুববদি তুক্কচবগী মশক্কি, অদুবু —ফত্তবা মরক্তা তোংবা হয়িংশিংদি মহিক-মতাং, অমাং-অশোয়-নচিংবা পুরক্তুনা মাঙলবগী মশক ওইহল্লি। অদুগা, পোকফমদি

মাগী জাৎকী মতুংইন্না ফত্তবা মরক্তা পোক্লবসু মবাইবক ফবদগী অচৌব্বা হরি মন্দির অমগী মন্নুংদা পাইশিন্দুনা লৈখিবদগী মপান ইথোক থোকখিদ্রবনিং অহুন্দি ঈশ্বরদা কংলবা লূক অহু সাধু-বৈষ্ণবশিংনা ফংদ্রৈদা হান্না মফংজে। কবিগুম্বদা মানা কনা-গুম্বা অমদা ফত্তনবা থোকহল্লোই।

বাণী ঃ—হাঃ হাঃ, অহুবুদি অহুনে, অহুদা—হৌজিক কালগী হাযজেনগী মবম খণ্ডবা মহৈ হৈবা বামোন্না সেবা চণ্ডলন্নবদি হযিং অহুবু কিনা কন্দুনা লাপ্না তান্থোক্লনি। অসিগুম্বা ফংলবদি ফূহুনা ক্লাৎকনি। কবিগুম্বা নান্থোক্তুনা চৎথ্রগনা মাগী হান্নগী হযিংগী লীচৎ অহু কাযদনা চত্তুনা ফত্তবা অহুম মওইংথ্র। হযিংগী লীচৎ চৎপশিন্দি শাওবমনি।

সাহেব ঃ—হাঃ, মপুন্সি লোইবগা শিজবা হাযবহুনি, মবৌ চাওবা হযিং ওইবন্নবদি মানা ঙমদুনা অহুম লৈখিগনি। অহুগা মনম্না পুক্লিং শুন্দাংলবী লৈবাংশিংসু অমাংবা মবক্তা হৌববদি চিংনবা তুক্কচবদগী হবি মন্দির চঙবা য়াদে।

বাণী ঃ—মপোক ফত্রবী লৈবাং অহু পুকচেল শেংবা অফ-ফত্ত খণ্ডবা কনাগুম্বনা চৈনা কোত্তুনা হেক্লগা মনম নম্বা যাই অহুগা নাপদা থেত্তুনা মীমাঙদা লেন্নবা য়াই। ব্লাংনা হৌবী লৈবাং ওইবন্নবদি কৈরাক থাহুনা হেক্লগা লাপ্না হুল্লকতুনা অশেংবা মালেমথক্তা তাহল্লগা খুন্দুনা শ্রীগোবিন্দদা কৎপা য়াই, পাপ লৈতে। করিগুম্বা অনেম্বদা শাৎপী ওইরন্নগদি মীপূম খুদিংনা পাম্মুই শোন্নগনি। লৈবাং মগুণ অহু মাঙদনবা মফম

অদু শেংদোকতুনা অনৌবা লৈচাক হাপ্পুনা লৈরাং লৈখোঙ শেংদোক্কনি, হাঃ হাঃ।

সাহেবঃ— মীয়াম তিনবা মফম অমা নাপী হৌবা লমদম ওইরমদুনা নাপীশিং অদুস্থু কংবা মতম ওইরমদুনা খঙহৌদনা নাকল অমা মৈজাও হৌদুনা চাক্লক্লবদা কল্লবা মতম ফংদুনা লাপ্না চেম্বোকতুনা লৈকোক কংলে। হন্না য়েংলকপদা মমিৎ-তাঙবা



**মপুরোইবা ওইদুনা পুক্সিগী লৈমিন্নরগদৌবা নিপাগী অরেপ্পা পুক্নিং খঙনবা চাং য়েংলি।**

নিপা অমা কপ্পুনা মৈ তন্না চেনশিল্লিবা অদু কল্লবা মতম লৈরবদস্থু অঙম্বা মীনা মাবু খক কল্লরোইদ্রা ?

রাণী ঃ—নিপা অহু মমাঙঙৈদগী মমিৎ তাঙজবকপা নম্ভগা করিগুম্বা থোঁদোক অমদগী তাঙখিবা অকবা মী ওইববদি শোয়-দনমক কনখিগনি। অহুগা, মহাক অহুনা কবিগুম্বা মীহাৎ মীপুন য়াম্না তৌবকপা ফত্তবা মী ওইবম্বদগী কবিগুম্বা তাঙখিবা ওইরবদি মহাক্না মৈ তম্না হোৎচিনবা অহু মহাক্না তৌখিবা পাপকী থবকশিং অহুনা মাবু লৌশিন্নবগীদমক মৈ ওইনা চাক্লকপনি খন্দুনা ময়াম্না হন্না য়েংলমলোই। তঙাইফদবা মবী-মতা, মকপ-মপাং য়াওরম্নবদি খঙদ্রে।

হাঃ হাঃ, নোক্লীংবা রানি। শাহিং চাবা নোংশা-কৈ ফাওবা মতম খবা শিকার তম্বীবগা শিকাব মপুনা মীমাঙদা পুথোকতুনা লেম্নবা য়াই ; অহুগা— নিতিগী তাইবংমী তোৎনববা হৌদোং হায়বা শা অহুদি ফনা তাকই য়াদে, মপুনা চেৎনা থমজবা ঙা-চাক শঙ্গোম্নচিংবা হেক্তা মচাথোকই। অঙকপনি শেম্বা য়াদবা মখোয়গী লীচৎ অহু।

সাহেব ঃ—হাঃ হাঃ, কৈ খল্লিবা শাশিং অহু মীপুম খুদিংনা পাম্নদে অহুগা ফত্তে খল্লিবা অহুবুদি মীপুম খুদিংনা যুমথোং খুদিং লোইনহুনা তাইবং শরা শল্লি। হৌদোংগা মাম্নরবা কনাগুম্বা অহুবু হৌদোংবু চানবীবগুম্না চানবীফম থোক্লোইদ্রা ?

রাণী ঃ— কনাগুম্বা মীনা চানবীরবদি চানবীকম থোকই অহুগা মহাকপু তুক্কচরবা মীশিংদদি হৌদোংমক্কি খন্দুনা মাবু অহুম তুক্কচরগনি। মসি তাইবং লীচৎ ওইরমাল্লে।

সাহেব ঃ—( মথন্তা ) অম্নুম্না চীন্দাম্নবসি মানা লাকচগ্রগনি।

(লাউনা) আশালতা, কান্নদে, নহাকপু নত্তনা ঐনা কনাগুম্বী অমগী মশক য়েংলরোই হায়না রাশকখ্রে। মমাঙঙৈগী ঐগী লমচৎ অদু নহাক্না ঈমিৎ পাঙহন্দুনা ঐ ভাব লোইনা তারে। ঈকাইবা কোঙ্গাই থাদোকতুনা নংগী নকমদা চঙজরক্লিবনি, হৌজিক হায়য়ু, লাল্লুরবা ঐগী ইরাল ঙাক্তুনা চঙজরক্লবা ঐবু চানবীয়ু।

রাণী ঃ—মমাঙঙৈগী তমথীরবা লীচৎশিং অদু খল্লুবদা ঐহাক কাউবা ঙমদে। ঈতা ঈবেমহলনা ঙসি মহৈ তম্বা মপুং ফাখিদ্রিবা অসি অতৈদগী নত্তে, নিপা'পুম্বা তমথীবা পূকচেল চেল্লমগনি খনখিবদগী লায়রবা মীনুংশি খঙবা অমগী সেবা তৌরিবনি হায়তুনা ঐঙোন্দা তত্তনা হায়। অদুগুম্বা তমথীরবা পুকচেল অদু মহৈ-মশিং হৈরবসু কোকলমখিরোই খনবদগী কিদবা, চিংনরোইদবা লৈতে।

সাহেবঃ—ঐনা রাশকতুনা হায়রিবা অসিনি। মমাঙঙৈগী ঐগী তমথীরবা লীচৎশিং অদু করিগুম্বা চৎকে খনগ্রবদি ঈমা-ঈপা হাৎপগী পাপ পুগ্রগে, অঙানবগী মখাদা পানবা ঙমদনা অদুম মাঙগ্রগে।

রাণী ঃ—হাঃ হাঃ রাশক্তি ফনা মকজরে, পুকচেলসু মখঙজরে ; অদুবু—অচুম্বা পুকচেল পুথোকপদি লুপ্রবা পোৎনি।

সাহেব ঃ—(হৌগত্তুনা শাওরপ্না) রাণী! নহাক্না ঐবু খক রাহল্লগনু। হয়েংমক অহল-লম্মন ময়াম থারক্কনি, ঐগী মায় ঙাক্লকউ। করিগুম্বা নংনা য়ারকত্রবদি অমুক হন্না হায়ররোই অদুগা পুন্সিগী য়ুম পানগ্ররোই, করিগুম্বা মতমদা নংনা য়ারক্লবা ফাওবদা খম্থররোইদবা অচুম্বা রাশক লৌবা নিপা ওইগ্রগনি।

( ৱাহৈশিং অসি হাযবল্লগা শাউরপ্পা মরু লুকতুনা চৎখিবা অদুগা আশালতানা ঙক্না য়েংহুনা লৈহৌবা। )

ৱাণী ঃ—( মথক্তা ) ঐ হৌজিক কবম তৌবা তারি। মাগী পুকচেলদি তশেংনা খঙবা ঙমলে অদুগা ঈতা ঈবেমহল্লনা ঐবু কবি অমুক খনখিবা। মহাক্কী নীংলিবা অসি থুংনবা হোৎনবদা ঈতাগা প্রেম কায়নখ্রগদ্রা। ঈগানা ঐবু ৱাবৌহুনা নত্তবা ৱাখল খল্লবস্তু ঐগী মকত্রবা প্রেমগী থৌবীনা পুন্দুনা থাপ্পা চৎখিদনবা হোৎনবনা ঐগী ঈথৌ ওইগদৌ৷বত্রা। নত্রগা, কবম তৌবা……

( অসিনচিংবা ৱাখল মফাং মফাং খন্দুনা লৈহৌই। )

---

# নীংবা থুংনবা

মতুংগী নোংঙানবদা কালা সাহেবনা লৈকাইগী সঙ্গ তৌবা মী ময়ামগা লোয়ননা হৈজিং হৈবা পুহুনা মমা-মপা থারক্লে। অহনবা লৈতবা মখোয়গী শক্তি অমস্তুং প্রেম উবদা খাঙবা ঙমদ্রহুনা হৌজিক সাহেবকী মফমদা ৱাণা থাজবা তাখ্রে। থাজবা হায়বা মশক অদুদি ওইরে অদুগা ৱারেপ অমদি—মৌপরানা মহৈ তম্বা লোইদ্রিফাওবা নিপাগা লোয়ননা ৱাণী মপামদা লৈহুনা মৌপরা কোনবা তাখি। মসিদা য়ানববদি কুঠিনচিংবা য়েংনরগা থাঙ্কেশেংনা পীনবা হায়বা ৱাফম অসিনি। সাহেবকী লেপথ্রবা ৱাখনগী মতুং ইন্না য়ানহুনা পক্ক-ৱাইন য়েংনরগা

মঙানি চনবা নুমিত্তা লুহোংবা তাখ্রে। লৈবাক্কী অখোইবী রাণীবু মমৌ ওইনা ফংজবদা হরাওগ্রহুনা সাহেবকী মমা-মপানা মচাগী নীংবা থুংনবা হোৎনখি। অহুগুম্বী মহাক্না মমৌ ওইবদি ফত্তবা খক ওইরক্লোই, মশাগী অমদি সমাজগী চাওখৎপা ওইগনি হায়না সাহেবকী মমা-মপানা খঞ্জখি।

অকক্লবা লুহোংবগী নুমিৎ লাক্লবদা পলেম-পন্থৌ রাখল নীংশিংলকপদা মচীন-মৌপরা অমস্তুং মমাবোক্কী থম্মোই পুবা ঙমজখিদ্রে। মখোয় অহুম কপ্তনবা, অরাবা রাখল থাদোক্লবা অমনা অমবু রাররুরগা নাইতোম তারক্লবদি কপ্তবা ঙমজখিদ্রে। মপাগী মরুপ মপা শক্লবা তোমচৌ বাবুনা মখোয়গী থৌরম'পূম্বা শীনবীহুনা মরুপ্পা আত্মা লালমদাইদা শিন্নরম্বা থৌদাংপূম্বা কায়দনা পুবীরি। অসিগুম্বা মরুপকী পূকচেল অসি অতাংবনি, ঐখোয়না থাগৎতবা ঙমলোই।

তরেৎনি চনবগী অয়ুক্তা পূং ৫দগী মাইক খোংহুনা রাণীগী লুহোংবগী পাউ সহর অপূম্বা তাখ্রে, অবাপ্পা চীং-তমগী প্রজা নুপী-অঙাং ফাওবনা মতম কুইনা নুংঙাই-য়াইফনা পালহনবীয়ু হায়দুনা য়ুমথোং থুদিং ঈশ্বরদা প্রার্থনা তৌজরক্লে। মতৌ অস্তুম্না নুংথিল পূং ২দগী দেশকী অচৌ-অশাংপূম্বা লাক্তুনা লুহোংবা য়াওখি। ময়ামগী মমাঙদা ফজনবগীদমক মঙানিদি নিপা ময়ুমদা লৈরগা চাককৌবা নুমিত্তগী মপামদা লৈবা লেপ্পহুনা হরা গাড়ী-জীপ-কারনা মুকথ্রবী পাইবগুম পূমনোম নোমগ্রে। অচৌবা শামু মথক্তা কস্তা রাণী খোঙনেৎ ওইহুনা নুংশিরবা যন্ত্রগী খোঞ্জেলগা

লোয়ননা মপুরোইবগী যুমদা থিনখি। আশাপুর দেশকী মন্নুংদা মসিনা খ্বাইদগী চাউবা লুহোংবা অমা ওইখি। বর, কন্যা অনিগী ঈমুংদা লুপা মশীং থীবা ঙমদনা চঙনখি অদুগা পোৎয়েংসু য়াম্না তানখি। তোমচৌ বাবু অমসুং সাহেবকী ঈমুংনা তান্নদুনা রাণীগী অচঙবা খরচ অপূবা পুবীখি অদুগা অবাকপা রাণীগী পোৎয়েংশেল লুপা লিশিং মঙারোম খরা হেনখি। শেলশিং অদু তোমচৌ বাবুনা মৌপন্না আশাকুমার অমসুং মমাবোক্তা শিন্নখি।

অতৎপা লৈতবা মতমগী খোঙচৎনা নোংমা নোংমা হৌখিদুনা মঙানি চাক্কৌবা নুমিত্তগী রাণী মপুরোইবগা লোয়ননা মৌপন্না কোন্দুনা মপামদা লৈখি।

সাহেব হায়বা নিপা অসি অহানবদদি য়াম্না ফত্তবা নিপা অমা ওইরম্বনি, হৌজিক্তি—যুম্বাললোল খঙবা, মীনুংশি খঙবা অমসুং সমাজগী ফনবা খনবা নিপা অমা ওইখ্রে। মপুরোই-বগী নীংথিবা লমচৎশিং উবদা বাণীগী পুক্নিংদা ঙমখৈ লৈতনা পেঙ্গখি অমসুং সতী ধর্ম্ম ঙাক্তনা নুপীগী লমচৎ ফজবী'পূম্বনা মশাদা লৈতেংদুনা মপুরোইবগী সেবা তৌদুনা মৌপন্নাবু কোনখি।

হৌপ্রবা কাউদবা, থোক্লগদৌবা থবকপু হান্না উবা মীশিংবু মহৈ হৈবা, রাখল লৈবা অমদি অশিংবা মী কৌই। মসিবু অয়াম্বনা ভূত ভবিষ্যৎ বর্ত্তমান হায়না য়াম্না কিনা থাজনৈ। অনি অসিগী খরদং খেন্নবদি অকোনবগী অসিনা মীপুম খুদিংগী ফল হেক্তা হায়বা ঙম্বগী বিদ্যা অমদি লৈ। পোকপদগী অসিগুম্বা গুণগী শরুক য়াওরক্লবী রাণীগী মতৌ উবদা ঈবেমহলগী জ্ঞান

তারক্তুনা মথন্তা ঈকাইজখি। রাণীনা মতাগী পুক্নিং খঙহনা হঙ্গোইদনবা হোৎনৈ, মহাক্কী শেংলবী প্রেমগী থৌরীনা পুন্দুনা মমি ক্লাওবা তৃক্কচরম্বা কালা সাহেরপু মবুংগী মতৌগুম্না খনখি।

লুহোংবা মতুং থা অনিরোম শুরকপদা তোমচৌ বাবুনা নীংঙমদবা রাখল অমা লাকতুনা মাগী মবুক্নিংগী পামলিবা থবক অদু থুংনবা হোৎনগে খল্লক্নে। মহাক্না খনখি, "সংসার অসি (সৌর) জগৎকী লেপ্তবা অহোংবা খোংচৎকী মতুং ইন্না সমাজগী খোঙচৎ অমদি মীওইবগী লীচৎ-শাজৎস্থু তন্তুনা হোংই। খঙবা ওৎদ্রবা সংসার অসিদা ঐগী ঈচানুপী যামিনিবু আশাকুমারদা থাজহৌদ্রবদি, করিগুম্বা শোয়খিবা তারবদি মরুপকী প্রেমগী



**মহৈ মপুং ফানা তম্লবা অমসুং নীংবা থুংলবা ঈমুংদি চাওথৎপা অমসুং নুংঙাইবগী মশক্নি।**

থৌরী অদু অস্লুম অস্লুম লাপথোকখিবা য়াই, অদুনদি থুনা খজেহৌকম থোকই।" রারমশিং অসি মচীন্না থোক্না রাণীগী মফমদা লীহুনা মচা নুপী যামিনিবু মনাও নুপী ওইনা থুনা লৌশিনবীনবা হায়জখি। মপা শরুবা তোমচৌ বাবুগী পুকচেল

## মতম[illegible] মঙাল

শেংজবা [illegible]শ্রিবা রা তাবদ্রা [illegible] লৈরবী বাণী মতম রাংলি থল্লবসু য়াবী [illegible] অসুম্মা তৌদবা য়াদবা তাক্ষম লাক্লবদি অক-ফত্ত কৌউ[illegible]কুলা তৌবা তাবা থবকশিংসু পিকথন্না লৈরি।

মতম অসিদা আশাকুমাব অমস্তুং যামিনিদি এমঃ এঃ পাস তৌরে। থুগ্লবা থস্মোইগী কাচিন্দা মঙাল য়াওদনা পিক্লা লৈবম্বা আশাগী থাউমৈনা অচাকপা থাউ হাপ্পীত্নুনা মৈরি থোক্লা ভান্না চাক্লক্ত্নুনা পুক্নিংগী আশা থুংলবা অনিমক্কী হবাওজবা ঙমথৈ লৈজখিদে। অফবা নুমিত্তা শাবী শানৌ অনিগী শুভ-বিবাহ ওইত্নুনা মপুবোইবগী মবাল য়াইদা যামিনি লৈরাং মকা ফম্না শাংচখি। এমঃ এঃ সিঃ পাস তৌবিবা আশাকুমার মকুবোক অমস্তুং মবাইগী মতেঙ লৌত্নুনা ইংলণ্ড, আমেরিকা, জর্ম্মন অমস্তুং রুসিয়ানচিংবা লৈবাক্তা মথং মথং ওইনা সাইন্স বিজ্ঞান তম্বা চংপা তাখি; অত্নুগা যামিনিনা মযুমদা অত্নুম লৈহৌত্নুনা মপু-বোইবগী য়াইফ ঙীবী কোন্দুনা লৈহৌবা তাখি।

অসিগুম্লবা ঈমুংশিং অসিগী মহৈগী মঙাল ফংলবা মখোয়না আশাপুর লৈবাক্কী চাওখংপা থাক্তা লমজীংত্নুনা আশাপুর অমদি ভারত মাতাগী অথোইবা মপারী-মমোমলক্কুগী মৈবা পায়বা লুচিংবা ওইত্নুনা পৃথিবী থুংনা মমিং তাবা অমদি ভাবত মাতাবু ঙালহনবা ওইনবগীদমক্তা ঈশ্বরগী থুয়াদা নিজরি অমস্তুং ভারতবাসী 'পুম্বনা মখোযবু পুন্সি তোলোযনবা ঈশ্বরগী মফমদা চঙজসি।

[illegible] ভারতকী অমম্বা কাচিন্দা ঙাল্লিবা মৈরা'সে।
[illegible] ভারত শীনথুংনা মতমগী খোঙলৈ মতুং ইন্না;
ঈমাগী মিংচং শনখিসনু মালেম পৃথ্বী শীনথুংনা।

জয় হিন্দ, বন্দে মাতরম।

লোইরবা